# পাহিরকখিদ্রে চেক্লাচাদো



এন কুঞ্জমোহন সিংহ

# পাইরকখিদ্রে চেক্লাচাদো

নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ

সুনন্দা পাব্লিকেসন
উরিপোক, ইম্ফাল - ৭৯৫০০১

***Pairakkhidray Cheklachado* :** A collection of short stories of N. Kunjamohan Singh in Manipuri. Sunanda Publications, Imphal.



**অহানবা ফোঙবা : ২০০২**




**লাইরিক ফংফম: দেবলা বুক স্টোর**
**মসজিদ রোড, ইম্ফাল - ৭৯৫০০১**

**মমল: লুপা ৬০.০০**

**ময়েক শাজিনবা : এস কে মেডিয়া**
**উরিপোক খাইদেম লৈকাই,**
**ইম্ফাল - ৭৯৫০০১**

**ছাপা নম্ফম: গিরিজা প্রিন্টার্স**
**গুৱাহাটি**

অতাং ওইরিঙে
সাহিত্য জগৎতা শানমিন্নরকপা
মরূপ মাইম্নাম ভুবনদা

*অইবা অসিগী অতে লাইরিক খরা :*

বসন্ত মমৈগী কোকিল
ইলিশা অমগী মহাও
সোভিয়েৎকী লৈবাক্তা
জি দি আর ডাইরী
সন্ধ্যাথাউমৈগী মৈরী
সাহিত্যদা মিৎয়েং অমা
উরুবদা খরা নীংশিংলকপদা খরা

# য়াওরিবা ৱারী মচাশিং

# তাজমহল

পূর্ণিমা মতুংগী নীনি কোনবগী থাজনা তপ্না চপ্না খোঙদোই হল্লক্লি। মনা পূংলবা উপাল-ব্রাপাল মরক্তগী থাজগী মঙালনা কেকুলোৎপী শান্নরি। শরৎকী লৈচিন নোংফাই থাংদবা অতিয়ানি। নোংজু পাছাগী লাইজ-ইপান্দা ইপান লাংবদা ঙায়রিবী তাজমহলগী থোৎনা লংনা ঙৌরবা হকচাংদা থাবলগী মঙালনা তপ্নি তপ্নি ঙাল্লকপদা পূক্লিং তুজুংবা শক্তম অমা, অঙকপা ফংনা শুক্ষৎলবা সংসার অমা মাঙদা ফাওগৎলক্লি।

করম্নো খঙদে, অদুঙৈ তোয়না ফমখিবা মফমদুদা ইতোমতা ফমদুনা লৈরম্মী। ব্রাখলদা কয়াম কুইনা লুপলুরবনো খঙদে, কনানো অমনা মিৎকপ থোকহল্লকই, – "ক্যা সোচ রহে হৈ আপ ? বড়ে পরেশান লগতে হো ? শায়র ওইবিরব্রা নৎত্রগা কায়ন-মৈশা লাংলবা প্রেমিক ?"

ঐ ঙাইহাক খুমদে, মহাকপু মুম্না য়েংদুনা লৈ, অদুদগী হংগে হায়বা ব্রাখল থোইনা তৌদনা মঙোন্দা ওনশিন্দুনা হংঙি – "করিগীনো অদোমনা ঐবু অদুম হায়না খনবিরিবদুবু ?"

ঙাউরি-ফৈরি মাল্লি নুপাদো, মকোই-মরাং ইচোম চোম্বদুননি খঙদে, অহনসু হাইফেৎ ওইনা উই, খুম্লকই – "থাবলগী ইপোমদা অচিকপদা মতোমতা ফমদুনা তাজ য়েংবা হায়বসি শায়র নৎত্রগা কায়ন-মৈশা লাংলবা প্রেমিক নত্তনা কনা ওইগনি ? ঐ য়াম্না উরক্লবনি। ঐঙোন্দা নমথাক তৌবা য়ারোই .... ঐঙোন্দা নমথাক তৌবা য়ারোই ...."।

মতমগী ফীজং মরুমদা কুইনা কাউদুনা লৈরুরবা অহন অদো মাঙদা চোংথোরকই খঙহৌদনা। অদুঙৈগী অহন অদো। মহাকসু ঙাওরি-ফৈরি মানবনি, মকোই-মরাং ইচোম চোম্বনি।

চহী কুমজা কয়া হৌখ্রবা, অদুঙৈগী থৌদোক অদো ! মফম অসিমক্তদনি। ঙসিগী অসিগুম্নবা থাবলগী ইপোম হৌরবা নুমিদাংদনি। ঐখোয় অনী তাজ য়েংবা লাকমিম্নখি। মাদি কবিনি, শৈরেং লেংঙি, শৈরেং থিবা পামজে, শৈরেং ফজনা থি, অফাওবা কবিশিংগী ফজ-

ফজরবা শৈরেং কয়া চীনফা পুই। ঐদি কবি নত্তে, অদুবু শৈরেংদি পাম্মি, শৈরেংগী রস চুপ্লনবা হোৎনৈ।

"খণ্ডব্রা," মানা হায়রকখি, "তাজমহলবু শৈথাদুনা কবি কয়ানা শৈরেং কয়ানি ইনখিবা, খরনা হৌঙ্গিক ফাওবা তগৎ-ভগৎ তেক্কুনা লৈরি, খরনা মতমগী শহুম্না ছমদুনা পুখরে।"

ঐ করিমতা খুন্নমদে, মঙোন্দা মুন্না য়েংদুনা লৈরম্মী। মানা মখা তারকখি, "কবিগুরু রবীন্দ্রনাথনা করি হায়রম্মী খণ্ডব্রা –

তোমার সৌন্দর্যদূত যুগ যুগ ধরি
এড়াইয়া কালের প্রহরী
চলিয়াছে বাক্যহারা এই বার্তা নিয়া
'ভুলি নাই, ভুলি নাই, ভুলি নাই প্রিয়া'।

নঙগী ফজবগীদূতনা যুগ যুগ কয়া
মতমগী থোঙশংবদগী নাথৈদুনা
ফোংঙমদ্রবা ব্রাহৈনা পুরি কোলোয় মপাউদো –
'কাউদ্রিনে, কাউদ্রিনে, কাউদ্রিনে নুংশিবী'।

চিক্রবা মফম অদুদা কবিগুরুগী শৈরেং অদু মতেক-মতেক থিদরকখি, মৈতৈরোনদমুক হন্দোরকখি। ঐ করিমতা ঙাংলমদে। শৈরেং তানা তানা মঙোন্দা মুন্না য়েংদুনা লৈরম্মী, মরক-মরক্তা তাজমহলদসু।

ঙাইহাক ভূমিন লৈরুরগা মানা অমুক মখা তাথরকখি, "খণ্ডব্রা, ময়াম অসিগী মরক্তা মৈতৈ কবি অমসু য়াওরি, আর কে এলাংবম। মহাক্না করি হায়, খণ্ডব্রা –

শাহজাহানগী অরোইবা মিৎয়েংদা
তাজমহল নঙবু কোল্লগা মিৎকী পিগা লোয়ননা
'মমতাজ' হায়না অমুক্তং শোল্লম্বা
নুংশাসোর মপী অমা লৈহৌরে নঙগী থম্মোয়দা।

শৈরেংশিং অদু অসুম তারম্বদগী করি করম্বা ব্রাখলদগীনো, খঙহৌদনা ঐগী চীনদগী থোকখি -- "দিজ পোইন্টস আর টু মাচ রোমান্টিক, টু মাচ সেন্টিমেন্টেল।"

ঐগী কমেন্ট অদু মানা করি হায়না লৌখিবা খঙদে, ঈচেল অদু থৈদোরকখি, "খণ্ডব্রা, কবি অমখক্তি তাজবু অসিবু ওল্লোক্না ব্রারৌখি – উর্দুগী শায়র শাহীর লুধিয়ানভী, মহাক্না করি হায় খণ্ডব্রা –

৩

এক শাহনশাহ্নে দৌলতকা সহারা লেকর
হম গরীবোঁকী মোহব্বতকা উড়ায়া হৈ মজাক
মেরে মেহবুব কঁহী ঔর মিলা কর মুঝসে।

নিংথৌরেল অমনা মপান নাইদ্রবা লন-থুমগী মতেংনা করেম্নরি অপাম-নুংশিবু ঐখোয়গুম্বা লাইরবগী। অদুনা পাম্মুবী, নত্তে অসিদা, উম্নসি কদায়দনো অতোপ্পা মফম অমদা।"

"অদুদি ঐখোয় অনীসু, মফম অসিদা নত্তে, উম্নসিনে কদায়দনো অতোপ্পা মফম অমদা, শাবী ইনেম্মচা পাম্মুবী।" ফাগি-ফরাং ওই করি ওই ঐগী চীনদগী থোকখি। থোকখিবা ব্রাহে অদুগী অর্থ করি ওইবা য়াবগে হায়বদু ঐ মতম অদুদা খনখিদে। চীনদগী খঙহৌদনা থোকখিবা ব্রাহে অদুনা ঙসিদি ঐঙোন্দা তাশোন ওইররে।

তাঙ্গা অদুমক্তদনি ঙাউরি-ফৈরি মানবা অহন অদুনা কদোমদগীনো লাক্লুনা হায়রখিবদো, "করিগীনো মথোৎ কারক্লিবা শাবী-শানৌ নখোয়না থাবল ফরবা অহিঙদা তাজ য়েংবা লাক্লিবা, শাহনশাহ্ শাহজাহান ওইগেরা বেগম অঞ্জুমান বানু ওইনীংব্রা, কায়ন-মৈশা লাংলবা প্রেমিক-প্রেমিকা ওইগেরা, খঙদবরা নখোয়বু ....?" ঐখোয়বু ঙাইহাক মুম্না য়েংলমলগা মহাক্কী চোইরোল-পারোল অদু লোন্দুনা অদুম চৎখি। মহাক্কী চোইরোল-পারোল অদুনা লাইফাও ওইদুনা চহী কুমজা কয়ামুক মতুংদা নোংমা তমথীরবা শক্তম লৌদুনা ঐগী ইফমদা থুংলগনি, ঐঙোন্দা শাথীরবা চৈফু ওইরগনি হায়বসি কৈদৌনুংদা খল্লুদে।

মথম মথং চহী কুমজা কয়া হৌখ্রে। অদুঙৈগী অঙাও-অফৈ মানবা অহন অদু হৌজিক্তি হিংলমখিগনি হায়বা থাজদ্রে, খুদাতাল্লাগী খুয়া তাল্লম্রগনি। অদুবু অসুক কুইরবা মতুংদা অঙাও-অফৈ মানবা অমনমুক অদুঙৈগী থৌদোক অদু নৌহৌননা নীংশিহল্লবদৌনা তৌররিবসিবু করিগীনো ? ফকির ওইরিগদ্রা, দরবেশ ওইরিগদ্রা নৎত্রগনা নুংশি মৈচাক খাঙবা ঙমদদুনা অঙাও-অফৈ ওইনা চৎলবা থম্মোয় কায়রবা কনাগুম্বা আশিক ওইরিগদ্রা ? তাজ, অপাম নুংশি কায়নবগী শক্তমনি ঐগী ইফমদা ঙসিদি। অদুবু হম্না হম্না লাকনীংখি মাগী মনাক্তা, করম্বা য়াইথাবা লীচিংনো খঙদে।

মতম অদু কয়াম থেঙলরিগদবা খঙদে। তাজগী গেট ব্রাংমদা থোরকপদা মফম অসিগী হৌনবী পোৎ মচা-মশু হাবা ময়াম অদু চেনশিল্লকই – "অসি লৌ, অদু লৌ" তৌরে। মখোয়গীদি হিংননবগী লানফম্নি। হিংননবগী লানফমদা অয়ুক নুংথিল নুমিদাং চঙদে। লাপ্লপ্না মীরৈবাকমচা খরদনা মমল হেম্না য়োনশিল্লি, লুপা তরা পীবা

পোত্তা য়াখে য়োম্লনবা হোৎনরি। ফোয়দুনা লৌবিখিবা তারে খন্দুনা নুংঙাইতদুনা মখোয়গী মনাক্তা চঙশিল্লি। পোৎ হারিবশিং অদুদা ইথৌ অমা ওইনা চৈরুই –

"করিগীনো মমল অদুক হেন্না হেন্না হায়জিল্লিবদি ?"

"নথৌ করি লৈ ? নথৌ নত্তনা নথৌ শারনু, চৎপ্রো চৎলো।" পাখং মচা অমনা ঐঙোন্দা ঙংখৎলকই।

ইকায়বগা শাউনীংবগা ঐ হাইফেৎ উংঙি। পাখং মচা অদুগা খৎনগে তৌরুই। চাঙ্গা দুমক্তুদা লৈশাবী অমা ইনাক্তা চঙশিল্লকই, হায়রে "এক্সকিউজ মি,.... পাবুংবু স্বপ্নাখোয়গী ....।"

ঐ ঙাকচানৈ। ঐগী ঙকচানবদো উবদা হায়রকই "ঐ সনাতোম্বীনি পাবুং, স্বপ্নাগী মমাম্নবী। নীংশিবিদ্রবরা ?"

"ও .... সনাতোম্বী ! ব্রাংখৈগী ....।" ঐ ভাব তারকই অঙাং ওইরিঙৈদা স্কুলদা তম্রিঙৈ ঐখোয়গীদা য়াম্না তোয়না লাকখিবনি, য়াম্না তোয়না ইচানুপীগা চাক-ঈশিং চামিন্নখিবনি।

"নঙদি কদোমদগীনো ?" ঐনা হংঙি।

"পাবুং, ঐখোয় অনী তাজ য়েংলুসি হায়দুনা লাকপা। .... এন্ড দিস ইজ জোন, জোন এন্ডারসন ....। "মনাক্তা লেপত্তুনা লৈরিবা পাখং অদুবু মশক তাক্লকই।

মহাক্লা মখা অমুক তাথরকই, "ঐখোয় অনী লুহোংলে, হপ্তামুক ফারে। .... কানাডা মচানি জোন।" অদুদগী জোনলোমদা ওনশিল্লি, "জোন, দিস ইজ আংকল ....।" হায়বা লোইফাৎত্রিঙৈদা জোন্না ঐগী খুৎ শোক্তদগী তৌরকই।" "নো নো, অদুম হায়না নত্তে, লাইক দিস .... অসুম হায়না ঐখোয়গী চৎনবীদা।" হায়রগা সনাতোম্বী মশামক্লা ঐগী খোঙ শোক্তুনা খুরুল্লকই। মহাক্কী মতৌ তমদুনা জোনসু নোনথদুনা খোঙ শোক্লকই। ঐনা মখোয় অনীমক মকোক্তা নাছবিদুনা অহন ওইবগী হৌনবী আশীর্বাদ তৌই। নীংশিংলকই, মপূবোক অদো মৈতৈগী চৎনবী য়াম্না পামজবনি, অদুগী মমি খরতং ওইরসু মশূদা তাবা হায়বসি মহৌশানি।

"য়ূমলোমদদি পাউ খঙহনপ্রবরা ? কনা কনাদা খঙহনখ্রে ?"

"কনাদবু খঙহল্লুদগে পাবুং ?"

ঐ জ্ঞান খংতা তারকই। ব্রাহং অদু হংখৈ হংলুরগা ঐসু নুংঙাইরকত্রে। মমা-মপা লৈরসু লৈতবগা অম্মানি। মহাক্লা অঙাং ওইরিঙৈ, জ্ঞান তাদ্রিঙৈ মমাগা মপাগা খাইনখি, মখোয় অনীমক মানা মানা থোকপা ময়ূম পাম্নখি। মমা-পোকপা মপূ-মবেম্না অঙাং অসি য়োক্লকখি, লাইরিক-লাইশুসু মখোয়না তক্সাল্লকখি। মখোয় অনীনা য়াম্না লুনা তৌবিবনিনা অঙাং অসি

মমা-মপাগী অব্রাৎপদো থোইনা খনখিদে। অদুবু মাবু য়োকপি কোনবিরকপা মপৃ-মবেন অদুদি হৌজিক লৈখিদ্রে। কয়াদা মরাইবক থীপ্পবা !

"পাবুং, ইমাইবেমগা স্বপ্নাগদি কমদৌরি ?" সনাতোম্বীনা হংলকই। ঐ হেক-হাক খুম্বা ঙস্রমদে, করি হায়না খুমগদবা খঙদে, অদুবু খুম্বদি তাখি, "মখোয় অনীমক লৈখিদ্রে .... তুংথ-মাংথা .... চহী মরি-মঙা শুরে।"

"ওহ ওহোকপনি .... ! ব্রারৌবা য়াদে পাবুং। খঙদদুনা হংবা ব্রাহং অমনা পাবুংগী চৈনাখোল ফৎত্রিবা থম্মোয়দা অমুক নৌহৌননা ....।" মহাক মখা তাথবা ঙমখিদে। ঐগী মিৎলুদা ঈহৌরকপগুম মহাক্কীসু মিৎলুদা পিরাংনা থুক্কৎলকখি।

গাড়ী কাখৎলমদাইদা ঐনা জোনদা হায় "জোন ঐখোয়গী চৎনবীদা লুহোংবা মতুং নুমিৎ মঙা-তরুক্নি শুবদা মপাম চাক্কৌবা হায়বা অমা লৈ। অদুনা হয়েংসে ঐনা চাক্কৌবা তারে। নখোয় অনীমক ঐগী হোটেলদা লঞ্চকী বার্তেনি ....।"

"থেঙ্ক ইউ আংকল বার্তেনি অদুগীদমক্তা। অদুবু বার্তেনি অদু লৌবা ঙমজদবা তারে।" জোন্না হায়রকই। অদুদগী সনাতোম্বীনা অমুক মখা তারকই, "পাবুং, ঐখোয় হয়েং অয়ুক ঙন্না হৌগৎপগা দিল্লী চত্তবা য়াদ্রে। দিল্লীদা থবক খরা লৈহৌরি। মদু লোইশিল্লগা নুমিদাংগী প্লেনদা ঐখোয় অনীমক কানাডা পাংগদৌরিবনি।"

"অদুদি ঙসি নুমিদাংমক কৌবা তারে। ঙসিগী ডিনার অসি ঐগীদা। য়ারেকো।"

মখোয় অনীদো মাই হায়বা ঙমদ্রে। ঐখোয় অহুম ঐগী হোটেলদা চুমদ্রিং লাকমিন্নরে। চাবা থকপা লোইবদা নুমিদাং ফনা থেংলে। মখোয় অনীমক চৎনীংলক্রে।

করিনো ঐনা মখোয় অনীদা তমগদবা ! করিনো অমদি তন্নিখিদবা য়াদে। মহাক্কীনি হায়দুনা কনামতনা করিমতা তম্বিরকপা ভৌরক্ত্রিবনিনা ঐনা করিনো ইচম-চম্বা অমা তম্বিবদা মদু মঙোন্দদি হায়নীংঙাই লৈতনা মমল য়ামগদৌরিবনি। অদুগা ঐঙোন্দসু পুন্সিদা ইচানুপীগী লুহোং-খোংদোংবা অমদি অদুগুম্বা থৌদোক অদুদা ইচানুপীদা করিগুম্বা অমা তম্বিবা হায়বদো থোক্লরোইদবনিনা, ইচানুপীনা লুনা তিন্নজরম্বা মমান্নবী অমদা মহাক্কী লুহোংবদা করিগুম্বা পোৎশক মচা অমা তম্বিবদা ঐঙোন্দসু হায়নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইজবা পেঞ্জবা অমদি লৈহৌগদৌরিবনি।

ঐগী সুটকেস মনুংদা শাল অহনবা অনী য়াওরি। দিল্লীদগী ঐনা য়াম্না পামজনা লৈরকপনি। অনীদু লৌথোক্লে।

"জোন, য়েংভু ! ঐখোয়গী চৎনবীদা মচানুপীগী লুহোং-খোংদোংবদা অওং-অউন য়াম্বা খঙদে য়ামদবা খঙদে তম্লিদবা য়াদে, অদুনা অসিনা ইচানুপীগী, অদুগা মসিনা ইমাকনুপাগী।" হায়দুনা মখোয় অনীদা অমমম পীবিরে।

"থেঙ্ক ইউ আংকল। ইউ আর সো নাইস।" জোম্না হায়রকই।

"পাবুং, পাবুংনা ঙসি তৌবিরিবসি করি হায়না হায়সিগে ! ইমা-ইপা লৈতবগী অন্নাৎপদো পাবুংনা ঙসি মেনখৎপিরে," সনাতোম্বীনা হায়রকই। মপূক্তিং য়াম্না নুংশিরক্লে হায়বদু মহাক্কী নুংহিক্লরবা মখোল অদুদা খঙবা ঙমই। মমিত্তা পিরাং শিঙ্গরক্লিবদো তৈথোকই।

"সিলি গার্ল, ডোন্ট বি সেন্টিমেন্টেল," ঐনা মঙোন্দা হায়। অদুবু ঐসু সেন্টিমেন্টেল ওইদবদি নত্তে।

অহিঙ অদু হেক-হাক তূম্বা য়াখিদে। রাখল মওল মওল খল্লক্তুনা মিৎ উইশিনবা য়াখিদে। ঐগীসু স্বপ্নাদো লৈরম্লবদি থাজ-য়োঙবা হায়বদো তৌরদবনি ....।

মিৎকপ থোক্তরপদা পূং তরেৎ তারম্লে। মখোয় অনীদুবু ঙস্তা চৎকনি হায়বনি। চৎলমদাইদা শোয়দনা তাক্লমগনি, টেলিফোন তৌরক্কনি। ময়-মিৎ তাথোক্লগা চা চখোম অমা থকপা লোইবদা পূং তরেৎ-মখায় তারে। মখোয় অনীদুবু টেলিফোন তৌরকত্রিবসি করিগীনো ! টেলিফোন পায়খৎলে, কাউন্টরদা হায়" হোটেল তাজ-ভিউ কন্টিনেন্টাল, রুম নম্বর ৩২৫ অমুক্তা লৌবিয়ু।"

"সোরি সার" কাউন্টরদগী পাউখুম লাকই, "তাবিদ্রিবরা ঙসি নোংঙাল্লমদাইদা মৈহৌরক্তুনা তাজ-ভিউ শাথীনা চাকখ্রে। অশোক-অপন অশি-অনাসু য়াম্না য়াওরমাল্লে।"

"ও, মাই গোড। করি ব্রানো !" প্রপ-প্রপ কুমথৈ। হোটেল মমাঙদা লৈরম্বা টেক্সি অমদা কাখৎলে, "চৎসি হোটেল তাজ-ভিউ, প্রপ-প্রপ ....।

তাজ-ভিউ শাথীনা চাক্লম্লে। মৈ অদু খরা শোঙ্গরক্লবসু ফায়ার ব্রিগেডকী থবক লেপ্পমদ্রি। পুলিসনা ইকোয় কোয়শিন্দুনা মৈনা কাহৎলবা হোটেল অদু ঙাক্লি। মখোয় অনীগী ব্রা হংবদা কনামতনা হায়বা ঙমদ্রে। অশোক-অপনদি লোইনা হোসপিতালদা পুখ্রে হায়না পুলিস ওফিসার অমনা তম্মি।

অদুদি থীহবা কাম্নদ্রে। টেক্সিদা অমুক কাখৎলে "হোসপিতালদা প্রপ-প্রপ ....!"

লম্বীদা টেক্সিদগী উই তাজ, অয়ুক্কী কোরৌ মশেক্তা লংত্রিক লংখৎলক্লিবা তাজমহল। ফুম্বংনরবা ৱাখলদগী খঙহৌদনা থোরকখি—ঐঙোন্দদি অভিশাপ তৌদ্রেকো নঙনা, অঙাং অনীদুবুদি অভিশাপ তৌবিগনুকো, হে তাজ।

হোপপিতাল মী য়াম্না চিল্লম্মী। রিসেপ্সনদা কম্না হায়জদুনা উচিম্নাচিম্না থিদোকহল্লে, হায়রকই "বেড নম্বর ১৭৫, ফাস্ট ফ্লোরদা চৎপিয়ু।"

বেড নম্বর ১৭৫গী মনাক অদুদা মকোক ইফা-ফারবা পূক্লিং-হকচাং চোকথরবা জোন ভূমিম্না লেপভুনা লৈরম্মী। ঐবু উবদা য়েংলকই, ফুম্বংনরবা মিৎয়েংনি, ৱাদি ঙাঙলক্তে। সনাতোম্বীনা ফমুংদা।

য়াম্না থীনা শোকপা মাল্লি। ভূম্নিবরা ভূমদবরা খঙদে। হিদাক কাপশিল্লগা ভূমথহনবা মাল্লি।

"ইবেম্মা, সনাতোম্বী!" জ্ঞান-মেন তাদনা মনাক্তা চঙশিন্দুনা কৌরুই। ঐনা কৌরিবদো তাদুনবু তৌরিবরা তাদনবু তৌরিবরা মম্বিৎ পাঙথোক্লগা ঐঙোন্দা অমৃক্তং য়েংলকপগুম তৌরকখি। অদুদগী অদুম উইশিনখ্রে, কৌবা লাকপা ভাখিদ্রে।❑

*-নবেম্বর ১৯৯৬*



# পাইরকখিদ্রে চেক্লাচাদো

নহানমখৈদি পাইশিল্লকপনি মন্রি মন্রি হেক তৌরকপগা, তোংলবনি দ্রোইং রুমগী ভেন্টিলেটর মনাক্তা নপ্লিবা থাউমৈগী ফ্রেম মচা অদুগী মথক্তা। অতোপ্পা মফম অমদা খক তোংলুদে, খঙদে করি মরমগীনো। লৈতববুদি নত্তে কায়দোং ওইবা য়াবা অতোপ্পা মফম খরসু। অদুবু তোংলুদে অতোপ্পা মফম অতৈদুদা। মতোমতা অহিঙ চুপ্পা য়ারেকই থাউমৈগী ব্রেকেট মচা অদুগী মথক্তা। পলেম-পচৌ কায়নরবী মপাং কনা লৈজদ্রবী চেক্লাগী মপোক্তা পোক্লবী লাইবক চাউবী ওইরবোই – খল্লুবদা ঈহৌরকই থম্মোয় খঙহৌদনা। মফম-মতমগা চৃশিন্ননবা হোৎনবা হায়বসে ওইরমাল্লে হৌনবী তাইবং জীব পুম্বগী। হৈনরক্লে মাসু কা মনুং অদুদা। য়াওই নোংফাদোকসু থাউমৈ খংমুৎ মুৎপা অদুদগী অমুকসু ঙাহোরকপা। হৈনরক্লে মদুসু। ঙাইহাক পোৎথাবা ওইনা টি-ভি থাগৎপদা ওনশিল্লকই মাসু টি-ভি রোমদা। ঙাঙনৈ ঐখোয় অনী ফাগি ওইনা–য়েংবা হৈরমাল্লে মাসু।

যুমদা লৈরিবসি ঐখোয়নীতনি। অঙাং পূম্নমক মপান্দা থবক তৌবা য়াও, লাইরিক তম্বা য়াও যুমদা লৈতে অমত্তা। মরক মরক্তা শোল্লি মমানা মপূক্লিং নুংশিনা–ওম্থোকপগী লাইবকনি, ইচা মঙা পোকপবু অমত্তা লৈমিন্নবা ফংদবসিবু ! ঐঙোন্দসু ফাওদবা নত্তে ব্রাখল অদু।

নোংফাদোক লুহোং-খোংদোংবনি খঙদে, থবক-থনা অমগীনি খঙদে মরুপ-মপাংগীদা চৎলুরগা থেঙনা হৃঞ্জিল্লকপসু য়াওই। শো লোনশিন্দনা থমলম্বা যুম অদুনা ঙাইদুনা লৈরম্মী ঐখোয়বু মতোমতা তৃমিন্না অচিকপদুদা। ঐখোয় উবদা হরাওরমগনি শোয়দনা মাসু। ঐখোয়সু নুংঙাই যুম য়ৌরকপদা। অদুবু মথংগী মিৎকুপ্তা য়ৈরৈ থম্মোয়দা অচিকপদুনা তাশোন ওইদুনা।

থোঙ হাংদোক্লগা দ্রোইং রুমদা চঙবগা য়েংলুদে অতৈদা থোইনা, মিৎয়েং অসি য়ৌখি থাউমৈগী ব্রেকেট মচা অদোমদা হেক্তা। মতু-মমেন খীংলকই চেক্লাচাদুসু ঐখোয়গী শহুম ফংবদা, ঐ লৈরি হায়বগী মতানি। যুম শঙলম্মিদনা নঙনা ফাগি ওইনা ঐখোয়না হায়।

অহিঙ চুপ্পা লেকপদা অমাং-অশোই তৌশিল্লম্বা য়াই হায়বগী ব্রাখল

ঐখোয় থক তৌরুদে, থেংসু থেংনদে। নোং ঙানফুং ঙানফুং হেক তৌরকপগা ট্রিক-ট্রাক ট্রিক-ট্রাক খোংলন্নগা মানা ঐখোয়বু হৌদোক্লমগনি, অদুদগী পাইথোকখিগনি চাত্তামিন্নরুনবা মশুং-মমান্নবশিংগা। ঐখোয়সু অদুম হৌগৎমিন্নরে মাগা লোয়ননা।

লোন থোক্লা, ব্রাহেনা ফোঙদোক্লদ্রবসু মাগা ঐখোয়গগী ইরত্তা উবা ফংদবা মরী অমা নোংম-নোমগী অসুম-অসুম কনখৎলক্লে হায়বসিমদি ফাওরকই ঐখোয়দা । থব্রায় পানবা জীবনি, মঙোন্দসু ফাওরমগনি শোয়দনা। ব্রাহেনা ফোঙদোকপতনবু নুংশিবরা ? নুংশিবা হায়বসিদি থম্মোয় থম্মোয়দা ফাওনবনি। অদুনা ওইরম্বা তাই, নোংমফাদোক মানা হপ্তিল্লত্তবদা ঐখোয়গী পূক্লিংনা লাঙতক্লরকপা, লৈতাফম খঙলত্তবা – কদায়দবু চৎপ্রবা, কদায়দবু লেক্লিগবা !

মপান্দা লাইরিক তম্বা চৎলমদাইদা ইচানুপা অতোম্বনা কন্না পাওমেঞ্জরম্বনি – তাহোকপিখিনুকো শেম্বাং অসে।

কদায়দগী তারুবা ব্রারীনো খঙদে। মচে লৈখিদবগী নোংমনীনি মতুং শেম্বাং অমা পাইশিল্লকখি, মাঙ্গোনগী সিলিংদা ফেন পান্নবা য়াছরিবা য়োৎকী খুজি অদুদা কায়দোং ওইদুনা লেক্লখি। অঙাং ওইরিবা মৌপ্বানা থাজখি মচেগী থব্রায়না শেম্বাং ওন্দুনা পাইরক্লিবনি। নীংশিংলম্বা তাই উচেক লাংমৈদোংগী ব্রারী, মচেনা মঙোন্দা লীবিখিবদো। খান্বা ঙমখিদে মিৎলু-পিরাং শেম্বাং অদু য়েংল-য়েংলগা মৌপ্বানা। কৌরৌ শীংবুং কয়ানি মিৎলু-পিরাং তৈথোকচখিবা লোম্না লোম্না।

অদুবু নোংদম নাইদবা তাইবংনি। কৌরো নোংজা খরনি মতুং নোংমদি হল্লকখিদে চেক্লাদো। করিবু করি তৌপ্রবা, কদায়দবু চৎখ্রবা। হোরেন হল্লক্কদ্রা হল্লক্তে হয়েং হল্লক্কদ্রা হল্লক্তে –হায়না হায়না হল্লকখিদ্রে অদুম !

অদুদগীদি হায়না হায়না চহী কুমজা অমরোম হৌপ্রবা মতুং, নোংমদি খঙহৌদনা পাইশিল্লকখি চেক্লাচাদো, লেক্লখি ভেন্টিলেটর মনাক্কী থাউমৈগী ব্রেকেট মচা অদুদা কায়দোং ওইদুনা। মৌপ্বানা য়েংজৈ নুমিদাং লোম্না লোম্না, পাইথোকখিগদ্রা কিজৈ মপূক্লিংদা। ভাব তাই ঐখোয় খল্লিবদো মহাক্লা – লাক্লবনি অমুক চেক্লাচা অসি ওন্দুনা।

নোংমদি লোয়নরকই মপাং অমা। মনুং মতম য়ৌরদুনা পুরক্লবোই মপাং থিরুদুনা, ঙাঙনৈ ঐখোয় অনী। মথংগী মিৎকুপ্তা মমাগী শকফম খংহোং হোংখি, মমায় লৈথোকখি, হৌগত্তুনা চৎখি ব্রা অমত্তা হায়রমদনা মমিৎ নোইর-নোইরদুনা। থুক লাউবা অমা ফাওরকখিদবদি নত্তে ঐঙোন্দসু। থাজ য়োনজবা য়ারবা মতাংদনি ইমোম মাগা কায়নখিবদো।

পলেম-পম্ৰৌগী লাংলেন অহন্নি।

মপাং অদুদি দ্রোইংরুম অদুদা ইহৈ-হৈনদবগুম তৌই, য়াম্না মিপাইবগুম উই। চেক্লাচা অদুগী মনাক্তা তোংলম্বদগী ঐখোয় হেক উবদা পাইথোকখি, কা মনুং অদুদা অমরোমদা অমুক পাই, অমদা অমুক তোং তংদাফম খণ্ডজদে। খল্লি, ফজখিগনি নোংম-নীনি লৈরগা। অদুবু ফগৎলকপগী মতৌদি উখিদে, তং তাজদে নোংমতা মপাং অদু। নোংমদি অয়ুক মশুং-মমান্নবী খরগমুক্ত পুদুনা লাকই। চ্রিক-চ্রাক চ্রিক-চ্রাক কোয়লাং লাওলৈ। পূমনিল নিল্লি কা অদু। করিগীনো খণ্ডদে, মখোয়না অদুম হায়না হরাও-মথোই কাররিবদো ! থা-কুম শুরদুনা মমিৎ মমায় পাওলমদাই য়ৌরক্লদুনা মতা চাগদবা মফম থিবদৌনসু ভৌই, মহুম চেনশিল্লকপসু মাল্লি। কাচিনগী রেক মথক্তা থন্নিবা লাইরিক মরক অদুদা ঙাইহাক কাংদনা পাইশিল্লি। মমাগা ঐগা তান্নদুনা পোলাং মচা অমা চরু-চনাই খরা হাপ্লিরগা থম্বিরুই রেক মথক অদুদা।

মথংগী নুমিৎ খরনি অদুসু মশুং মমান্নবীশিং অদু পুদুনা লাকই, কোয়লাং লাওলৈ মখোয়গী হৌনবী।

নোংমদি মরুপ অমা কোয়রকই। মহাক্না ফন্নিঙৈদা মখোয় ময়াম অদু পাইশিল্লকই, কোয়লাং লাওলৈ। ব্রারী শানবা য়ারমদে।

মরুপ অদুনা হায়রকই – ভেন্টিলেটর অসি থিংজিন্দ্রবদি নখোয়গী কা অসি লোইবা তারে অমাংনে অশোইনে পূংচাই চাইরনি, ঐখোয়গীদি অমত্তা চঙহন্দে।

শেম্নহৌদবা মিৎকুপ অদুদা খণ্ডহৌদনা চীনদগী থোকখি—হায়গুম্মদুনা য়াম্না মথোং চাদ্রে, ভেন্টিলেটর অসি পূংথিন থিংজিনবা তারমাল্লে।

অদুদগী কোরৌ নুমিৎ খরনি মতুংদনি। কা অদু পূমচিক চিকখি। ময়াম অদু অমত্তা পাইশিল্লকখিদ্রে, হল্লকখিদ্রে চেক্লাচা অদুসু। নোংমা য়েংই, নীনি য়েংই, হল্লক্কদ্রা খল্লি, অদুবু হল্লকপদি মরৈখিদ্রে। নোংজু-নুংশা মরক্তা, নোংলৈ-নুংশিৎ মরক্তা অহিঙ চুপ্পা কদায়দবু য়ারেক্লিগবা! নিংথম উল্লেন মরক্তা করম্নবু খাওলমগবা !

ফাওরকই চৈনাখোল ঐখোয় অনীগী থম্মোয়নুংদা। খম্নে ঐখোয় অনীতা, করি তৌথ্রবা জাৎনো ! কদায়দবু থেমদুনা পুথ্রবা মশুং-মমান্নবীশিং অদুনা ? নৎত্রগা লৈকাইগী নাউরি পাইবা নুপামচাশিং অদুগী মখুৎতা থাথ্রবরা য়াইবী থব্রায় ? ওইথোকপা য়াবা ঙাক্তনি।

মথংগী মিৎকুপ্তা নীংশিংলকই নোংমা শেম্নহৌদবা মিৎকুপ অমদা

খঙহৌদনা চীন্দগী থোকখিবা ৱাহৈদো ! ৱারৌপ্রবোই মহাক্তি।

নীংঙমহৌদবগী নোংলৈ-নুংশিৎ অমনা ঈথক-ইপোম হৌহল্লে ঐখোয় অনীগী ৱাখল-ঈপাক্তা। ৱাহৈ খরা অদু ৱাখল খঙ্গরগা হায়খিবসু নত্তে। ভেন্টিলেটর অদু হৌজিকসু হাংদোক্তুনা থম্লি। অদুবু ৱারৌপ্রমাল্লে মহাক্তি, পাইরকখিদ্রে অমুক হন্না।

খঙদে, তারমগদ্রা মহাকপু মমোম কায়নরবা পলেম-পছৌগী থম্মোয়না তেংথারিবসেহল্লকখোনে চেক্লাচা, শান্নরখোনে লাইবক চাউবী নহাকপু পলেম-পছৌগী মশাইগোন্দা অমুক্তদি।

হে উপাল-ৱাপাল লৌবুক-লম্মাং উমং-ৱামং পাৎ-তুরেল, নখোয়বু করিগুম্বদা থেংনবরনে মাগা ? থেংনরবদি তম্বিয়ুকো মঙোন্দা পলেম-পছৌগী থম্মোয়-তেংথাখোলসে। হে অমম-অঙান, নখোয়দি থুংবদাইনে মফম খুদিং ! উন্নরবদি করিগুম্বা পুবিরকউকো মাগী নুংশিরবা কোলোয়-মপাউদো। ❑

*-ওক্টোবর ১৯৯৬*



# চিকমাঙনখি অসুম্না

ঐখোয়না খঙলকপদা থাংজমগী ইবোক অদো মতোমতা মল্লবা য়ুম মচা অদুদা লৈরম্মী। অব্রা-অনা কয়াগী খাম্বী মৈশানা কাথেক্লবী শক্তম্নি। ইনা-ব্রানা শাবা মল্লবা য়ুম মচা অদুসু নোংলৈ নুংশিৎ কয়া খাঙলকপগী চোকথরে। মরক মরক্তা থাংজমগী ইবোক্তা পাবোদা হায়রগনি-"ইবুঙো কৃষ্ণমনি, নোংলৈ নুংশিৎকী মতম য়ৌরক্লে, য়ুম্বী মখোঙ তৎপা য়াওরে, অশংবা মতমদা খরা শিন্দোকপিয়ু। য়ুমথক্কী য়াংলেন অসিসু ই য়াওদ্রে, নোং লাক্লবদি য়ুরনি।"

পাবোনা চহী খুদিংগী য়ুম মচা অদো শেমজিন শাজিনবি। অদুবু চহী খুদিংগী শোকথরকপনা হেল্লি। মতমগী চৈথেংবু কনানা ঙাকথোকপা ঙম্বগে? ঐখোয়গা য়াম্না নক্লবা মরী-মতা থোক্লববুদি নত্তে, চুম্না লৈকাইগী ইবোক্নি। অদুবু মরী-মতাদগী হেল্লি। মখোয়গী ইংখোলদা অব্রাথবী অমতং মুনবদা ঐখোয়গী ইবোক্তা পীজরগনি-"ইনম্মা, কুমশিগী অহানবা মুনবনি, লাইদা অমা কৎখ্রে, মসিনা ইনম্মগী।" মখোয়গী শুমাঙ মতোন দা হৌবা হৈনৌ পাম্বী কোকঙাংবী অচৌবদো কুম অমুক্তা লেপ্পে, হাউসু হাউই, তিনসু চাদে। অদুনা লৈকাই অঙাংশিংনা হেনৌ পাম্বাদা মদুগী মখোঙদা লুমদুনা লৈনৈ, নুংশি শিংলকপদা নৎত্রগা উচোক-ব্রায়ানা চিক্লগা কেল্লকপদা খুন্ননবা। হৈনৌ কেল্লকপদা খুনগদবগী অঙাং ময়াম্না লাক্লবদো কুম্মৈ অমনি, মরক মরক্তা পাখং মচাশিংসু য়াওই। নোং ঙাল্লমদাই মন্ত্রি-মন্ত্রিদা অঙাংশিংনা হৈনৌ খুনবসু পাম্বী অসিগী মখোঙদতা হাল্লা চঙনৈ।

ঐসে খরা পাঙ্গন্দে। অদুনা হৈনৌ খুনবদা অঙাং অতৈগা লাম্বা তৌনবা ঙমদে। নেংঙাল্লমদাই হৈনৌ খুনবসু ঐখোয়গী ইবোক্লা য়াওহন্দে-নোংঙাল্লমদাইদা দেউল খোংবনি, দেউল থেংনরবদি দেউলনা থোংবা তারবদি নাবা শোয়দে। হিংবগী ব্রা লৈতে। অদুবু থাংজমগী ইবোক্লা ঐগীদি হৈনৌ ব্রাংহলদে, খুন্দুনা হেক্তা থম্বিরম্মী। ঐনা খরা পাঙদবদুদা মহাক্লা খরা হেন্না লুনা তৌবিবা ওইরমাল্লে।

থাংজমগী ইবোক্লা লৈরিবা মওং অদু উরগা ঐঙোন্দা নুংশিবা অমসুং

নুঙাইতবা অমা ফাওরম্মী। ঐখোয়গীদি মী য়াম্বা, অহন-লমন অমদি অঙাং ময়াম অমা ব্রা-ব্রা তৌদুনা পানবা ইমুংনি। লৈকাইগী য়ুমথোঙ অতৈদসু অহন-লমন অমদি অঙাং ব্রাত্তে, য়াম্ব-য়ামদবনা অমনি। য়ুমথোঙ খুদিং অসুম হায়না লৈরগা থাংজমগী ইবোক্লা মতোমতা তরক-তরক লৈবদো উবদা ঐঙোন্দা শাথীনা নুঙাইতবা পোক্লম্মী। লাইর-ইনাকখুনবগী ব্রাদি থোইনা খল্লুদে। অঙাং ওইরিবনিনা মদুগী ব্রাখলসু লৈরুদে।

হোয়, ইপূসু লৈরম্মী হায়। লৌ-শিং লৈজদবনিনা মতৈ-মনাও ফৌশু-বেপার তৌদুনা সংসার চালাইমিন্নরম্মী। ইংখোলদগী য়েনঙ্গাং-নাপী খরা থোকপা অদুনা খরা মতেং ওইদুনা চাকখুমদা মৈ ফাওবদি মুৎলমদে। অদুবু চীংদা উ য়ানবা চৎপদা উনা ননবদগী মখ্বাং শোক্তুনা ইপূ অদো ফনা কুইনা ফমদা তাদুনা লৈরম্মী হায়। ইপূগী লায়েংবদা ইংখোল মচেৎ অমা বল্লান থম্বা তাখি, ষনবী মপী-মচা অদুসু য়োনবা তাখি। অদুদগী কালেনথা অমদা, পূকচৎ-লাইচৎনা খুন অসিদা লাক্লগা পাক্তক্লনা তক্লকপা মতাংদা ইপূসু য়াওখি। ঐখোয়বুদি খঙহৌপোৎ নত্তে। হোয়, মচানুপা অমসু য়াম্মা থেঙনা ফংজখি হায়। ঐখোয়দি উদ্রি।

থাংজম ইবোক্কী থমোয়নুংদা চাকিলবা মৈরীদা অঙাংনিনা ঐখোয় খঙলুদে। ঐখোয়না খঙবা হায়ববু মরক-মরক্তা মহাক্লা উংদুনা লৈবা, ফিজীনা মপি তৈথোকপা অদুতনি। ঐখোয়গী ইবোক্লা মরক-মরক্তা শোল্লি - 'ওহোকপনি, পুন্সি চুপ্পা নুংঙাইবা ফংদনা মিৎলু ঈরা কংদনা লেনবা হায়দো ওইরে। মব্রা-মপূরোইবা কায়নরে, মচা ফংঙি লৈন-লৈনা লৈমন্নবা ফংজদ্রে। ওহোকপগী মরাইবক হায়দুনি ।'

থাংজম ইবোক্কী মচানুপাদো, অদুমখক্তং য়াম্মা তাঙনা য়াম্মা থেঙনা ফংজবনি হায়। অদুবু ময়ূমদদি লৈতে, কদায়দনো লৈ হায়। করিগী য়ুমদা লৈত্রিবনো, মতোমতা পোক্লগা মমা-মচা করিগী লৈমিন্নদ্রিবনো হায়বা ঐখোয় ফনা কুইনা খঙলমদে। তপ্ন-তপ্না ফনা কুইরবা মতুংদা ব্রারী অদো খরা-খরা অসুম অসুম কাঙথোরকখি।

মচানুপাদুনা ফনা চাউবা ফাওবা মমা-মচা লৈমিন্নরম্মী হায় য়ুম অসিদা। মমান্নবশিংগা লাইরিক-লাইশু তম্বা স্কুলসু কারম্মী। চাব-থকপা মনীং থুংদ্রবসু মচানুপা অদুবু মমানা অয়ুক্কী কোরৌ নুমিদাংগী থাজ ওইনা য়েংদুনা পাঞ্জরম্বনি। অদুবু লইরবদা লাই চঙই হায়নবদো মমা-মচাদা থোক্লখি। মচানুপা অদুনা ষঞ্জেন-শনঙাক ঙম্রকপগী অদুব্রাইদা মমাগী মকোক্তা নোং খাক্ত না বজ্র অদো তারকখি। মাইব-মাইবীনা লায়েংবা ঙমদ্রবা শাথীরবা

লায়না অদো মচানুপাদা পক্লে হায়বা খঙলকখি। লৈকাই পুম্বা য়াওনা য়াম্না নুংঙাইতনা ঈশ্বরবু ব্রারৌখি—ওহোকপনিদকো হে ঈশ্বর, অসিবু নঙগী অচুম্বা বিচাররনে ? অদুবু ঈশ্বর মহাক্লদি তাবিখিদে।

লায়না অদুনা নোংম-নোংমগী অসুম মপাঙ্গল হেঙ্গৎলকখি, হেন্না হেন্না মশক উৎলকখি। অদুদগী মমা-মচাবু নুংশিরবসু লৈকাইগী অহন-লমম্না মচা-মশূশিংবু থাংজম ইবোক্কী মচা অদুগা তিন্নহন্নিংলখিদে—লায়না অদু অরাইবা লায়না নত্তে, শাথীখ্রবা লৌনগনবা, হায়বদা তু-চুংবা লায়নানি। থাংজম ইবোক তৌফম খঙখিদে, খনফম থোকখিদে। মচানুপাসু জ্ঞান তারকখি মাগী লায়না অসি করিনো হায়বা। মাইব-মাইবী অখঙ-অহৈ কয়া কৌদুনা লায়েংজৈ, ঈরাৎ-চবান থাদোকচৈ, মন্ত্র-যন্ত্র কয়া শীজিম্নৈ- অদুবু করিমতা কান্নবা ফংখিদে।

নোংমদি আলিপুর মিশনদা মচানুপানা মমান্নবশিংগা শঙ্গোম থিনবা চৎপদা সাহেব হনুবা অদুনা কৌশিলক্লকই। চীংচেপ্তা হৌরিবা জাম পান্থী অদুদা কাখত্তুনা জাম চারিঙৈদা মী থাদুনা কৌরকপনি। ক্বিনা কিনা মনাক্তা চঙই লোন্না জাম কাদুনা চাক্তবগী চৈরক্কদ্রা হায়দুনা। মনাক্তা চঙশিল্লকলগদি উপু মনুংদগী চেদা য়েকপা লাই ফজখ্রবা অম-মম পীরগা হায়রকই "সে পামব্রা ? ফজব্রা ?" অদুদগী থাংজম ইবোক্কী মচানুপানী মশাদা ফদোরক্বিবা লায়না-লাইশক অদু মুন্না য়েংলগা হংলকই, "কয়া কুইহরব্রা অসিদি ?"

সাহেব হনুবদো মৈতৈবোল ফজনা থোকই। কদায়দগী তম্লরিবনো কনাসু খঙদে। লাকপদি মা-সমুদ্র রাংমদগী আমেরিকা হায়বা লৈবাক অদুদগী লাকপনি, যিশু খৃষ্টনা থারকপনি হায়। সাহেব হনুবতা নত্তনা সাহেব অতৈসু মেমশিংসু লোইনা ঙৌশ্রোক ঙৌই। মপোয়না ঙৌশ্রোক ঙৌবগী মরমদি মখোয় ঈশিংগী মহত্তা শঙ্গোম থকই, মখুৎ-মশা হাম্বা ফাওবা শঙ্গোম্না হামই—অখঙবা শাবা খরা চাউবা অঙাংনা বারী তৌবনি। অদুননি মখোয়না শঙ্গোম য়াম্না লৈরিবসি।

নুমিদাং-ব্রাইরম সাহেব হনুবা অদো মহাক্কী মী অম-নীগা লোয়ননা খুঙ্গংলোমদা চখোরকই। থাংজম ইবোক্কীদা ফনা কুইনা শুমাঙদা ফানশাং অমদা ফমদুনা ব্রারী তৌরম্মী—লাইনা অসি ঈশ্বরগী অভিশাপ নত্তে, মমা- মপাদগী লৌনবসু নত্তে। মতম অমদা য়াম্না কিনরম্লবসু হৌজিক্তি লায়েংবা ঙম্লে। অদুবু য়ুমদা লৈদুনা লায়েংবদি য়ারোই। অসিগুম্বা লায়না অসি লায়েংবগী মফম অমা অরাপ্পদা হাংলে, মদুদা লৈরগা লায়েংবা তাই। শেন অমত্তা চঙলোই, অদুবু মতমদি চঙগনি। প্রভু যিশুবু খুরুমসি, মহাক্লা

শোয়দনা নুংশিবিগনি। তাইবংপানবগী অব্রা-অনা পূম্নমক মহাক্না কোকপিবনি।

অদুদগী সাহেব হনুবা অমদি মহাক্কী কাণ্ডবু অদু উবদা চেল্লক্কুনা কোয়শিল্লিবা অঙাংশিং অদুদা লাই য়াওবা চে খরগা লাইরিক মচা খরগা অম-মম য়েল্লদুনা হাইরকই, "নহাক লাইরিক পাবা হৈব্রা ? নহাক পাউ তাসি।"

অঙাং অমদমুক লাইরিক মচা অদুগী মমিং অদু পাউ হায়রকই। অঙাং অদু ইকাইদুনা মমায় লুকথখি। অতোপ্পা অঙাং অমদমুক পাননবা হায়। অঙাং অদুনা য়াম্না ব্রানা বানান শাজিল্লগা পারকই- 'অরান খুভম ফংননবগী লম্বী।' লাইরিক্কী মমিং অদুগী অর্থদুদি করি হায়রিবনো অঙাং অদু খঙদে।

অদুগী মতুংদা সাহেব হনুবা অমদি মহাক্কী কাণ্ডবু অদু তোয়না লাকখি থাজম ইবোক্কীদা। হন্না হন্না হংলখি, "করি খল্লিব্রা ? নচা অসি থুনা লায়েংনবা তৌবা ফগনি। কুইথরগদি য়াম্না হেন্না ফৎলক্কবা য়াই।"

থাংজম ইবোক তৌফম খঙখিদে, খনফম থোকখিদে। লৈকাইগী অহন-লমন তান্নজে। মখোয়স্ হায়কম খঙদে। করম্না জাৎ তারুগো হায়না ঈনশিল্লুনি। হায়রিবা মকম অদদা লায়েংবা লৈরুবা তারবদি জাৎ তাবা শোয়দ্রবনি।

নুমিদাং ভূম্নমদাই খুদিংগী মমা-মচা শন্নজে। মচানা হায়, "করিগী জাৎ তারুগদগে ? মতম খরা অতোপ্পা জাৎকী মী খরগা লৈমিন্নরুরগা জাৎ হেক্তা তাগদ্রনে ? হয়েং হল্লক্রগা শেংদোকপস্ য়াইদনা।"

মমা ওইবীদো খুম্বা ঙমখিদে। সমাজগী কল্লবা চৈরাক মহাক ফজনা খঙই।

মচানা মখা তাথরকই, "অদুদি ইমা, নচা শিবনা ফব্রা নৎত্রগা... ?" মমাগী থম্মোয়দা ব্রাহৈ অদুনা মচিন তুম্নবা তাশোন ওইনা থিল্লখি।

"করি ব্রানোনে ইমাগী ইবুঙো, ইচানা হায়রিদুবু ?" খঙহৌদনা মমাগী মিৎলু অনীদগী মপি চদুম চদুম খাম্বা য়াদনা শিহুরকখি।

ও-খোংনা কপ্পুনা অয়ুক্কী কৌরৌ নুমিদাংগী থাজবু পাম্বৈ লৈত্রবী পলেমনা শিন্নজখি সাহেব হনুবগী মখুক্তা, -"ইচা অসি থুনা ফহনরিকউকো সাহেব।"

নোংমদগী নীনি, নীনিদগী চয়োল, চয়োলদগী লোইদাম থাবুম, অদুদগী চহী কুমজা কয়া– নুংশাসোর ফুইনা ফুইনা হোন্দুনা খাঙখি শাংলবা মতম। থাংজম ইবোক্কী মশম-মনা পুমঙৌ ঙৌরক্কখি, মমায়-মমিৎ খুইজিল্লকখি,

কংবা লৈত্রবা মিৎলু অনী মণ্ডাল শাত্রকখি। মরক-মরক্তা সাহেব লাকখি পাও পীরখি। "নিপামচা উম্নরকই, ঐ চৎলুই। মশা য়াম্না ফরে।" পাউদম অদুনা থোইনদুম থাংজম ইবোক্তা কাইহৌরবা ওইনা থোক্লে, থম্মোয়নুংদা মৈচাক হাপ্লখি।

চহী কুমজা কয়াগী মতুংদনো খণ্ডদে, শজিবু চৈরাওবগী অদুব্রাইদা ওইরমাল্লে, ময়াম ব্রা-ব্রা লাউনরকই- "নিপামচা লাক্লে, নিপামচাদো লাক্লে।" মমিং অতৈ লৈতে মপা-মমানা নুংশিনা কৌখিবা নিপামচা হায়বা অদু নত্তনা।

ঐখোয় অঙাং ময়াম চেনশিন্দুনা য়েংলুই। শুমাঙগী মচী অমদা উরুম ওইরপ তৌবা শিঙ্গারে পাম্বী অচৌবা অমা হৌরিবা অদুগী মখোঙদা মখোয়গী ফানশাং অদুদা পাখং অমা ফমদুনা লৈরম্মী। মশক-মতৌ ফজে, ভৌপ্রোক ভৌই, শেৎলিবা ভৌপ্রোক ভৌবা খোঙগ্রাউ হাফ অদুগা য়াম্না পকচরম্মী, ফুরিৎ অদুসু হাফনি ভৌপ্রোক ভৌই। ময়াম ভূমিন-ভূমিন ঙাঙনরকই - 'সাহেব মচাবু মাল্লি।'

কুইনা ফম্নমদে। ইমুং চঙবদি লায়রদুনা মাঙ্গোল ফাওবা কারমদে। ময়াম ভূমিন-ভূমিন ঙাঙনৈ, জাৎ তারবনিনা মাঙ্গোল কাবা য়াদ্রে। মাঙ্গোল কারবদি য়ূম মৈ থাদোকপা তাবনি। মহাক্তা মাঙ্গোল কাখৎলুরগা মমানা তাহৌগদবা দশাদো মহাক খঙলম্বা তাই।

চহী খরগী মতুংদা মচানুপাদো অমুক্তা লাকখি। মশক-মতৌ হান্নদগী হেন্না ফজরকই, মশাদো অমুক্তা হেনা নাল্লকই। মমাদা হায়রে, -"ইমা ঐ হন্দক্তি পুংফ ফরে। লাইরিক-লাইশুসু মখোয়না তমহনবদগী খরা হৈরে, ইংরাজীসু ইবা-পাবা হৈরে। হিদাক-লাংথক্তী ট্রেনিং অমা চৎলুরগা ঐ অতৈ অমুক চৎলরোই।"

ট্রেনিং লোইরগা লাকখি মচানুপাদো। ময়াম্না ঙাঙনরকই, - "নিপামচাদি খৃষ্টান ওল্লবনি, নোংখ্রং ঈরুপগ্রবনি।"

থাংজম ইবোক্তা কোয়চেন চেন্দুনা খুনগী অহন-লমন তান্নজরুই, লৈবাক্তী মচীন চৎপশিংদা হায়জ-নোনজরুই - "অচঙবা শেন চঙজসনু ইচা অদো অমুক্তদি শেংদোকপিয়ু।" অদুবু সমাজগী অশেং-অমাংগী চুপ্নি পায়রিবশিংনা করিগুম্বা মতেঙ অমত্তা পাংবা ঙমখিদে -'জাৎ তাদুনা মলেছ ওল্লবা মীনা করম্না অমুক মৈতৈ ওনগনি, শাস্ত্রদা মদুগী বিধান লৈতে।'

নহানমখেদি আশাগী মণ্ডাল মচা অমত্তং ওইরবসু লৈরম্বনি, হৌজিক্তি

মঙাল মচা অদুসু পূংমুৎ মূৎখ্রে।

অহন ওইরবী থাংজম ইবোক মৈচাক অদু খাঙবা ঙমখিদে। পংকুই কুইদনা ফমদা তাখি। মচানুপানা সাহেব হনুবা পুদুনা লাকখি। ময়াম চঙদুনা মমাবু মাঙ্গোলদা থাংদোরকখি। মচানা শুমাঙদা লৈরগা মমাগা ব্রারী শানৈ। সাহেবকা তান্নরগা হিদাক-লাংথক পীরম্মী। অদুবু থম্মোয়গী লায়নাবু হিদাক-লংথক্লা করম্না য়েংবা ঙমগনি ?

নোংমদি থাংজম ইবোক্কী অরোইবা মিৎকুপ য়ৌরকখি। পাউ তাদুনা মচানুপাদু লাকখি। খাঙেনফমদা লৈরিবী মমাবু মনাক্তা অমুক্তা চঙদুনা খুরুমজগে হায়বদা অহন-লমনশিংনা উন্নহনখিদে। খুরুমগে হায়রবসু লাপ্না অদুম খুরুম্মু হায়রকখি। উপায় লৈতদুনা মচানুপানা লাপ্না খুরু-খুদক কুন্দুনা ও-খোংনা কপতুনা মমাবু অরোইবা বিদায় পীখি।

মং কৃম্বদা মচানুপাদো য়াওহল্লবসু মৈ কোয়বদি য়াওহনবিদ্রে। অদু ওইরবসু অহিঙ থেঙলবা ফাওবা মমাগী হকচাংনা তুমদ্রি ফাওবা মচানুপানা লাপ্তক ফমদুনা লৈবদো ময়াম্না উখি।

নোংঙাল্লগা সাহেব হনুবা অদো লাকখি। লৈখিদ্রবী থাংজম ইবোক্কী আত্মানা শন্তিগী লমদমদা লৈরুনবা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌরখি। অদুদগী নিপামচাবু উবা ফংদবদুদা হংলকখি, -"কদায় মহাক্তি ?"

ময়াম্না খুমই,-"ঙরাং অহিঙ মমাগী পোৎলোইবা লোইরগা চৎখিবনি। মিশনদা হল্লকখিদবরা ?"

মিশনদসু হল্লকখিদে। কদায়দা চৎখিবা কনাসু খঙদে। মমাগী অরোইবা নুমিৎ অদুনা মহাক্কীসু খুন অসিদা অরোইবা নুমিৎ ওইখি। নুমিৎ অদুগী মতুংদা মাবু কনানসু উবা ফংখিদ্রে। কদায়দা চিকমাঙনখিবা কনাসু খঙদে। ❑

-মে ১৯৯৮

# পোক্নফম লমদম

মখোয় কনামতা য়ৌরকপা লৈখিদ্রে। লুহোংগদবদি হয়েংতা ঙায়রে। মচেগা মবাইগদি শোয়দনা লাকফম থোকপনি। মখোয়গী লাকথোক-লাকশিনগী অমদি লুহোংগদৌরিবী নুপী অদুদা ফিরোলনি খঙদে করিনি খঙদে করিগুম্বা খুদোল তম্নিংলবসু হায়দুনা শেলসু মতম লৈরিঙৈদা থাখিবনি মবাইগী মিংদা লুপা লিশিং কুনথ্রাগী ড্রাফট অমা কক্নুনা। মদুগী মতুংদা চিঠি অমগসু থাখিবনি। অদুবু করি তৌরবা ! তোমচা খনফম থোক্তে। মমানা অমদি মরী-মতানা হংই, "কৈদৌরে মখোয় হৌজিক ফাওবা থুংলরদ্রি সিবু ?"

নোংঙাল্লগা লুহোংবা নুমিৎকী অয়ুক অদুদা ডাক পিওন্না এনভেলপ অমা পীরে। তোমচানা রেজিস্টার তৌদুনা থাখিবা চিঠিথাউ অদুমক্কি, মথক্তা মুক অঙাংবনা ইরি- রিডাইরেক্টেড, ঠিকানা অসিদা মিং অসি কৌবা মী লৈতে।

লুহোংবা নুমিৎকী হরাও-নুংঙাই মরক অদুদা তোমচা ব্রাখল খংহন হহুখি-ঈহৌরকপগী ঈরাওখোলগা লোয়ননা চেল্লম্বা তুরেল খঙহৌদনা তপথখি। তিল্লরিবা মীয়াম অদুগা উন্ননীংলক্তে, কাচিন অমদা ফন্নগা মওল মওল খল্লকই - মচেগা মবাইগদু কোয়চেন-চেন্দুনা লৈপ্লবা জাৎলা , নৎত্রগা মখোয়সু সিফাইগা কাপ্লবদা ....অদুগা তাতোনসু....।

নীংশিংলকই কয়াতা ব্রানা মণিপুরদা মখোয়গী খোঙ্গুল লীরুবা ! খঙন-চান্নবা কনাসু লৈতবা, লোনলি খঙনদবা লমদম অদুদা মখোয়বু থিবদা কয়াতা ব্রাখিবা। রিক্সাদা খরা চৎ খোঙনা খরা চৎ হংঙু হংঙুবদা কনামতনা খঙই হায়রকখিদে । তৌবগীদি সহরগী হৌনবীনি, য়ূমলোন্নবা ফাওবা খঙনদবা য়াওই। লৈকাই অদুগী মমিং অদুতং নীংশিংলবসু ফগদবা, অদুবু মহাক্তি অমত্তসু নীংশিংবা থোক্লমদে। মহাক্না নীংশিংবা হায়ববু-ইম্ফাল ক্নাকৈথেল বাজার হায়বা অদুতনি। মদুসু বাবুজীনা চহী কয়ামুক মমাঙ্গা ময়ূমদা ইবা অদুঙৈগী চিঠি অমা থেংনরুবদগী খরা ময়েক শেংনা নীংশিংলকখিবনি।

ক্নাকৈথেলবুদি ইরাহ-লাইনা থিবা ফংখি। অদুবু ক্নকৈথেলগী অকোয়বদা অনকপদা অরাপ্পদা লৈকাই কয়ানি লৈরিবা—অপিকপসু অচৌবসু। লৈকাই অদু ....

থিফম খঙখিদে। অদুঙৈ মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদা লৈরম্বা মঙ-ওই হা-ওই উখিবা য়ূম-কৈ লৈরক- কোন্সাংগী ফিভম অদু কায়দনা লৈরম্নগসু

খরমখৈদি নীংশিংবা থোক্কদবা, অদুবু লোইনা ওল্লম্মে। চহী তরাতরুক তরাতরেৎ অদুদা পূংওনওল্লম্মে, লম্মিৎ-তুমিৎ পূম্নমক মিত্রংদৌনা লোইনা ওল্লম্মে। লৈরক-কোন্সাং অয়াম্বা খুজিল্লম্মে, কোয়লাস থাদবা পূঙয়াও য়াওদ্রে, লম্বী মপানগী খোংবান-লুকপান অয়াম্বা ফুনজিল্লম্মে, ফুনজিনদ্রিবশিং অদুসু পিকশিল্লম্মে, পুম্প্রি মচা-মচা কয়া অমা লৈরম্বদুসু কদায়দা মাঙখ্রবা খঙদে, লম্বী মপান্দা হৌরম্বা অচৌ-অচৌবা উপাল-ব্রাপালশিংদুসু লৈরমদ্রে।

মপূক্লিংদা চিংনবা পোকলকখি, চাম্বনা থিবা ফংদবা তারিব্রা ! অসুক কুইরবা মতুংদা অসুক আশা তৌনা কল্লবা ঈখৌরাংবা অমগা লোয়ননা লাক্লগা নীংবা কায়বগী পোৎলুম পুদুনা হনবা তারিব্রা !

ইথা-থাজদনা মমাঙমক্তদা অহন ওইরবা খোংনাং পাম্বী অদু লেপ্লবগুম তৌথি মহাক্কী অব্রাবদু খঙদুনা মীনুংশিগী শক্তম লৌদুনা। মানি, অদুঙৈগী খোংনাং পাম্বী অদুনি। মাগী মখোঙদা লুকমায়ফম্বী অমা লৈরম্বনি, মঙোন্দগী মরক-মরক্তা চিনি তোৎপা লৈবাক-হব্রাই ব্রাতীম্নচিংবা লৈদুনা মমাম্নবশিংগা চামিম্নখিবনি। অদুবু অদুঙৈগী লুকমায়ফম্বী অদুদি উদ্রে, কনানা খঙনা ঈশ্বরগী খুয়া তাল্লম্বসু য়ারে । য়োৎলি অহুম-মরি চৎলগা থোঙ্গাল অমগী মচীন্দা পান-দুকান মচা অমা উই। চঙশিল্লি, মশক-মতৌ হাইফেৎ লৈবী, নুপা-নহা চিংশিনবা য়ানা কেরবী মৌনহাদুনা জর্দা-পান-চুরুপ লৈগদৌরিমাল্লে খন্দুনা তরাম-তরাম মমিৎনে-মনানে কৌশিল্লি, "করি তপচরকউগে চারশো বিশ.... চুরুপসু...?"

মৌনহা অদুনা হংলিবদু চপ-চানা খঙদ্রবসু ভাবতি তাই। অদুবু হংলিবদুগী পাউখুম পীবা তৌদনা মহাক্না ওনশিল্লগা হংই, " ইয়ে ঘর....?

মহাক মণিপুরী খঙদে হায়বসি মৌনহাদু ভাব তারমাল্লে, হিন্দীদা খুন্নকই, " মালুম হৈ নহী।"

মাগী হিন্দীদুগী অর্থ তোমচা লৌফম খঙদে - খঙই হায়বিব্রা খঙদে হায়রিব্রা ? মৈতৈরোলনা হংগদবসু উপায় লৈতে । মহাক্না খঙলিবা মৈতৈরোল হায়ববু মহাক্কী মমিং তোমচা হায়বা অদুতা মঙায়রে। মদু ফাওবা মৈতৈরোল ওইরক্রে। মফম অসিদা লাকপদগী তোমচা 'তোমচান্দ' ওইরকখি, অদুদগীদি শমজিন্দুনা চান্দ খক্তং। হৌজিক্তি মহাক মফম অসিদা চান্দ হায়বা নত্তনা খঙনদ্রে।

চহী কয়াগী মতুংদনো মহাক্না মণিপুর চৎলুবদো, মাগী পোক্লফম লমদম, মাগী খোয়রী-নাউফম তাফম মণিপুরদা ! চহী তরা-তরুক তরা-তরেৎলোম মতুংদনি। হৌজিক মশাগী চহী কুনমরি-কুনমঙারোম শুরে। অদুবু মহাক্কী পোক্লফম লমদম মণিপুরদা মহাক্না খঙন-চাম্বা অমত্তা লৈতে। মহাকপু কনানা মৈতৈমচানি হায়গনি ? মৈতৈরোল থোক্তবতা নত্তনা মহাকসু

মৈতৈ মচা মাদ্রে। লৈখি-লৈখিবা মফম-মফমদুগী হব্রা-নুংশিং লোনচং-শাজংনসু মীগী মশক-মতৌ ওলহনবা জাংনি। তৌবগীদি মণিপুরদসু ময়াং শন্তা চঙবা মৈতৈমচা উদবদি নত্তে। মহাক্কা মখোয়গা খেন্নরিবা হায়ববু, মখোয়না মৈতৈরোল থোকই অদুগা মহাক্কা থোক্তে।

পানদুকান ফম্বী অদুগা মহাক্কা পাউ ফাওনদ্রে হায়বদু খঙলদুনা অহন ওইরপ তৌবা মশা নানবা ফৈজোম-পুংয়াং শেংপা নুপা অমনা চঙশিল্লক্লুনা হংলৈ, "করিনো, করি হংলিবনো, ইবুঙো ?"

নুপা অদুনা তরাম তরাম তৌবিদুনা থোঙ্গাল অম-নী লাছোক্লগা লৈরক অমগী ইংখোল অমদা নহাকপু পুশিনবিখি । অঙাং ওইরিঙৈদা মখোয়না লৈরম্বা ইংখোল অদু হাইফেৎ মাল্লি । অদুবু মখোয়গী ইংখোল অদুদি অসুম হায়না চেকপল খাদবনি, য়ুমসু ইনা কৃপ্পনি, হৌজিক লৈরিবা চেক্কী দলান অসি নত্তে । পুপ্রিমচা অমসু লৈরম্বগুম তৌবনি । লৈহাউ-লৈরেন পাম্বী অমা ইংখোলগী মৈরম পাংনা হৌবদুদি হৌজিকসু হৌরি, খরা হেম্না অহন ওইশিল্লম্বগী ব্রাতনি । মসিবু ওইরিগদ্রা মখোয়গী অদুঙৈগী ইংখোল অদু, মহাক্কা মতোমতা খনখি । ব্রাহং কয়ানা লেপ্লখি মমঙদা–মখোয়গী অদুঙৈগী য়ুম অদুনা কদায় চংপ্লবা, মখোয়গী মপা অমদি মচা-মনাওশিং অদুনা কদায়দা লৈপ্লবা ?

নুপা অদুনা ইমুংগী দ্রোইংরুমদা মহাকপু ফমহল্লগা মহাকনা থিরিবদু কনানো হায়না মরী-মখোঙ নীংথিনা হংবিরকখি। মশূনুপী ওইরমাল্লে লৈশাবীমচা অমনা চাগা বিস্কুটকা পুথোরক্লুনা মহাকপু মুম্না য়েংলম্লগা চঙখি। কদায়দগী ময়াংমচানো হায়বা ওইরম্বা তাই !

তোমচানা ব্রারী অদো অহন অদুদা লোইনা তৌখি। মখোয় মচীন-মনাও য়াম্না পোকপনি । মহাক পোকপগী খরা মতুংদা মমাদু লৈখিদে। ক্লাকৈথেল বাজারদা হব্রাই-চেঙব্রাই য়োনবা চাবোক্তবা দেশব্রালি মতৈ-মনাও অমনা মাবু য়োকচরগে হায়জবদগী মখোয়না মাবু য়োকখি। হব্রাই-চেংব্রাইগী দুকান ফম্বা রামপ্রসাদতগী পোংচৈ শোত্তুনা চাবদগী মমা-মপাগা মখোয়গা খঙনবনি। অদুনা লুরবা তাংফম অদুদা পোকপতা ঙায়রিবা অঙাং অদু দেশব্রালি মতৈ-মনাওগীদা লৈখিবনি। শোক মর্ফু-মর্ফুমাথোইগী অদুব্রাইদা, হায়বদি মহাকনা চহী তরুক তরেৎলোম ফারকপগী অদুব্রাইদা মণিপুরদা মীতোপ তাছোকপগী নুংঙাইত্রবা শাথীরবা ঈরাং অমা থোকখিবা মতাং অদুদা রামপ্রসাদ মতৈ-মনাওনা মণিপুরদগী চেনবদা মহাকপুসু লোয়নদুনা পুখি। ঈরাং নেমথরগা মণিপুরদা অমুক হনগনি হায়বসি বাবুজী

রামপ্রসাদনা [illegible] মমাগা মপাগা মথং-মথং লৈখিদবদগী, অদুগা ইমুং-মনুংগী লৌরী-ইংখোলগী মতাংদা থৌদোক-ৱাথোক খরা থোকপদগী মণিপুরদা হনবগী ৱাখল অদু থবক ওইনা পাঙথোকপা ঙমখিদে। ময়াম্বা কৃষ্ণপ্রসাদনা, হৌজিক্তি অহন-লমন লৈত্রবনিনা ঐনা লৌ-শিং হোৎনগে, নঙনা কারবার তৌগে হায়রগনা অনকপা মফম অমদা তৌরো অরাপ্পদা চৎলূরনু, হায়বদগী মোগলসরাই মনাক্তা রামপুর কৌবা সহর মচা অমদা কারবার তৌবা হৌখি। মরাইবক চুন্নুবদগী হায়গদ্রা বাবুজীগী কারবার ফজনা চাওখৎলকখি। মহাক্না মণিপুরদা পুদুনা চৎনীংবগী ৱাখল ফনা লৈদুনসু থবক চিনবদগী চৎপদি সুকঙম ঙমখিদে।

হাকুম দিল্লীদা মপা-মচা নুপী য়েংবা চৎমিন্নবনি। নুপী ময়ূম অদুগা বাবুজীগা মতম কুইনা খঙনা-চান্নবা ওইবদগী ৱা লোইশিন্নবদা থোইনা শাংথন্নিংঙাই ওইখিদে। অদুবু লাইবক থীবদি, দিল্লীদগী হল্লকপদা ট্রেন এক্সিডেন্ট থোক্লুনা বাবুজী খুদক্তা লৈখিদে । মহাক্না অতোপ্পা কম্পার্টমেন্ট অমদা মরূপ অমগা ৱারী শানদুনা লৈরিঙৈদা থৌদোক অদু থোকখিবনি। মহাক্না তোংবা কম্পার্টমেন্ট অদুদি করি থোইদোকপা শোকখিদে।

বাবুজীনা লৈখিদ্রবদা লুহোংবদু য়েথোকপা তাখি । অদুবু কুমশিদি নুপী ময়ূম্না কন্না তকশিল্লক্লে । মহাকপু য়োকপী মমাদু লাই-তীন খবা হেন্না থাজগল্লি । মহাকপু পোকপা মপাদা পাউ পীরুদবা য়াদে হায়দনা মহাকপু মণিপুরদা থারক্লিবনি, লুহোংবা য়াওদবা য়দে হায়দুনা কন্না হায়রক্লিবনি। বাবুজীনা হিংলিঙৈদা মাবু পোকপা মপাগা মরী-মখোঙ তৎনদনবা চিঠি ফনা য়াম্না ইখি। অদুবু চিঠিগী পাউখুম অমত্তা লাকখিদে। ঠিকানা লানবনা ওইরিগদ্রা হায়বদুদি খঙদে। অদুনা হন্দক্তি মহাক মশামক মপা অমদি মটীন-মনাওশিংগী খোঙ্গুল লীরুরগে হায়দনা লাক্লবনি।

মহাক্কী ৱারীদো তারগা অহন অদুনা হায়রকখি, " ইংখোল অসি ঐনা লৈবা কুইদ্রি, চহী মরি-মঙারোমতা ঙায়রি। ঐসু লৌৱাইদগী হোঙ্গৎলকপনি। অদুনা নীংথিনা খঙদে। লৈকাইসিদা লৈরিবা ময়ামদা ঐ হংগে।"

অহন অদুনা মরী-মখোঙ থিবা ফংদ্রিমখৈ মখোয়গীদা লৈয়ু হায়দুনা লৈহনখি। মহাক্না লুনা তৌবিবদু উবদা মপূক্লিং নুংশিরকখি। মহাক্কুম্না মীনুংশি খঙবা মবুকচেল চাউবা মীসিবু হৌজিক্কালগী মতম অসিদা কয়াবু লৈরিগদবা!

অহন অদুনা হংলকখি, "নঙবু পোকপা নপাবুং অদুগী মমিং করি কৌই হায়বা ?"

"চাউফল, মহাক্লা খুমই।"

"চাউফল হায়বা ওইরগ্রোই, চাউভল হায়বা ওইরমগনি," অহন অদুনা নোক্লা নোক্লা হায়রকখি।

" খণ্ডজদে", বাবুজীনা হায়বনি, মহাক্লা খুমখি।

" য়ূম্নাক্তি করিনো ?"

ব্রাহংদুদা মহাক উদগী তাবমুক পঙথখি। মৈতৈগী য়ূম্নাক-শাগে হায়বা অমা লৈ হায়বসি মহাক খণ্ডলমদে।

নুমিৎ কয়ানি চঙনা অহন অদুনা মথৌ অমা ওইনা কোয়হং হংদুনা থিবদগী মরী মখোঙদু থিবা ফংলে। মহাকপু পোকপা মপাদু থাংজম চাউভল কৌই, লৈখিদবা কুইরে। কাছাড় লম্বীদনি হায়বরা করিদনো লম্বী ককপা য়াওবা চৎপদা চীং কীন্থরক্লুনা নন্দুনা লৈখিদে। ইংখোল অসি মহাক্লা নুপা অমদা বন্ধান থল্লম্বদগী হন্দোকপা ঙমদদুনা নুপা অদুনা অদুম লৌখিবনি। অদুদগী নুপা অদুসু কেপ্সারনা নারকপদগী লায়েংবদা ইংখোলসি অহন অসিদা য়োল্লল্লগা লৈখিদ্রে। মীনা হায়নৈ, ইংখোল অসি মহীক-ময়াই কল্লি, অদুনা মী খাঙবা ঙম্নদে। অদুবু হৌজিক ইংখোল অসিদা চেক্কী দলান শাদুনা লৈরিবা অহন অসিদি মদুদা থোইনা নাচুংবা তৌদনা লৈবা উই।

লৈকাইগী মম্মান্নর্বাশিংগা অমুক নৌহৌননা খঙনবদগী মাবু মখোয়না হরাও-হরাও তৌবিবতা নত্তনা মাবু মতেঙ পাংবিনবা কোয়চেন চেন্দুনা হোৎনবিরে । লোন নীংথিনা ফাওনদ্রবদু নুংশিনবগী ব্রাখল অদুদি অদুম মফাওনৈ। মখোয়গী মরক্তগী অমনা মহাকপু মচেনা ময়ূম পাল্লিবা ফুবালাদা পুবিখি। মচীন-মনাও শকখঙনহনখি। ব্রারী-ব্রাখোঙ লীনবদগী মচীন-মৌপ্বা কোম্নদুনা কপমিন্নখি।

মচেগী ফিভম ফত্তে হায়বদু য়ূম-ইংখোল অদুনা তাক্লি। ইনা কূপ্পা ব্রানা শবা য়ূম অদু পৈরি পৈরি খাঙলি। ইমুংদা লৈরিবা পোৎচৈ ফিরোলশিং অদুনসু অমুক ময়েক শেংহল্লি। মথং মথং ব্রারী-ব্রাখোং শান্নবদগী খঙবা ঙম্রে, ময়াম্বা অহমগী মনুংদা অহনদুনা চীংদা থবক শূবা চৎলুবদগী মেলেরিয়ানা নারক্লুনা লায়েংবা ঙমদনা লৈখিদ্রে । য়াইমদুনা লালহৌবা নহারোল মশেল কাপ্পবনি হায়বরা সিফাইগা কাপ্পবদনি হায়বরা পুক্সি পিখম্নগ্রে । মাগা হেক থংনবদুসু মচেগীদা লাকখিদবা কুইরে। মাসু য়াওল্লোই কাঙলুপ অমদা য়াওরি হায়না মচেনা তমখি।

"য়াওরুরনু হায়বা য়াররোইদ্রা মাবু ইচে ?" মহাক্লা হংখি।

"মখোয়সিদি য়াম্না লুইনে ইবুঙো । য়াওবু য়াওরুরবদি তোকপসে হেক য়াদে।" মচেনা য়াম্না খঙবদৌনা হায়রকখি।

মণিপুরগী ঈরাং মতাসিদা মচেনা মাবু কুইনা লৈহন্নীংদে হায়বসি মহাক ভাব তাই। অদুবু অমুক্সু হায়, "মণিপুরদা লাক্লোনে, অসিদা ইচিন-ইউখা পূন্না লৈমিন্নরসি।"

"ঐসু লাক্লিংদবা নত্তে, মফম অসিদা লৈনীংদবা নত্তে, ঐগী পোক্ল ফম্নি, ঐগী খোয়রী-নাউফম তাফম্নি লমদম অসি। অদুবু ঐগী চেঙদি মণিপুরগী ব্রামদা লৈরম্রমাল্লে, ইচে।" মহাক্না অমুক মখা তাথখি, "ভারতকী ব্রাংমদা লৈবা নত্তেদা মণিপুরসু, ভারতসু ঐগী পোক্লফম লৈবাক্লি । হৌজিক্তি য়াম্না তোয়না লাক্লনিদা।"

"অদুগা লুহোংবদো লমতাগী তরামরিনি পানবা নুমিত্তা পাঞ্জিনা ফৈ হায়রি , ঐসু পামই। আ-দসু তান্নরুখো । মতম লৈরিঙৈদা হায়রকউ। ঐখোয়সু শোয়দনা লাক্কনি। অদুগা ঐদি মখোয়গী শাড়ি শেৎপা সিন্দুর নম্বকাদুদি হৈরোইকো।" মচেনা হায়রকখি।

"করিগী শাড়ি শেৎলুগদগে। মৈতৈগী চৎনবী ফনেক শেত্তুনা চন্দোন-চন্না ফজনা থিন্দুনা লেম্না য়াওরগা লোইরে।" মহাক্না খুমখি অদুগা হায়খি, "তাতোনসু য়ারগদি থেমদুনা পুথোরক্লগা পুবিরকউকো।"

"ঐবুদি কম্না হায়বিদেকো।" মবাইনা ফাগি তৌরকখি।

চৎলমদাইদো লুপা লিশিং অনী মচেদা পীরম্লগা মখোয় অনীবু খুরুম্ললগা মহাক হল্লকখি।

থামুক লৈরগা লুপা লিশিং কুপ্পাগা চিঠিগা থাখিবনি। আশা য়াম্না তৌরম্বনি, মখোয় শোয়দনা লাক্কনি, তাতোনসু য়াওরকপা য়াই। অদুবু তৌরিবসিনা করিনো ! ঠিকানা অসিদা ইরিবা মিং অসি থিবা ফংদে হায়বা !

লুহোংবগী হরাও-নুংঙাই মরক অদুদা তোমচা তৌফম খঙদে, খনফম থোক্তে । কাচিন অমদা ফমদুনা মতোমতা মওল-মওল খল্লকই—তাতোনতা নত্তনা ইচেসু ইবাইবু লালহৌবগী খাম্বী-মৈরী মরক্তা মথোং-মরম অমত্তা খঙখিদ্রবা জাৎলা....! নৎত্রগা, নৎত্রগনা করি ?"

মমানা চঙলক্তুনা কৌরে, "তোমচা, কৈদৌরে ?" তোমচা খংপ্রেক খঙই। অসুক কুইবসি মমানা মাবু ময়াম্না কৌনবগুম্না চান্দ হায়না কৌবনি। ঙসিদি করি খল্লক্তুনা মাবু 'তোমচা' হায়না কৌরক্লিবা, মহাক্কী কুইনা কাউরুবা মিংদো !

"ইমা" হায়দুনা খঙহৌদনা মশা পূম্বা তুজুংবা অমগা লোয়নননা ওনশিল্লি। মমানা মাবু মথাদা চেজেৎ কোনশিনবিরকই। ❑

*-এপ্রিল ১৯৯৯*

# মতেঙ

“কনানো মী অমা লাক্লিমাল্লে।” ফিংগৎলপ হায়রকই মানা।

মানি, লাক্লিমাল্লে ! মপান্দা কনানো অমনা ড্রাইভরদা করিনো অমা হংবগুম তৌরি । অনৌবা ড্রাইভরনি, ঐগীসিদা তোয়না লাকপা মরূপ-মপাঙ অমদি মরী-মতাশিংগী মীশক-মীওই থোইনা খঙদ্রি।

পাউ ফাওনবা খরা ব্রাৎলমাল্লে খন্দুনা ঐ ফুক হৌগৎলি, “সে নঙনা থোকপা অদুম থীহৌরো।” হায়রগা শেন মপুনশিংদো মঙোন্দা লংশিল্লি।

থীববুদি ঙরাংসু অমুক থীদুনা তরা তরাগী মপুন পুল্ল-পুল্লদুনা থল্লবনি। অদুবু শেনফমদো য়াম্বনিনা চৎলমদাইসিদা শোয়দনবা অমুক্কা হুন্না থীবগী ব্রাতনি। শেনফমদু করিগুম্বা ব্রাৎলম্বা থোক্লগদি ঐগী ইজ্জৎ লৈরোইদৌরিবনি, মন্ত্রীনা মতুং-মনাও ঐবু থাজবিরোইদৌরিবা।

য়াম্না চেকশিনবী হৈ-শিংবী ঐখোয়গী নুপীনি। ঐনা ইমান্নবগা হাইফেৎ মীমান্নবা ঙমজরিবসি য়ুম পানবা হৈবী মাগী মপান্ননি হায়বা য়াই। মচা-মশূ শেম্বা হৈবদা লৈকাইনা হায়নরিবীনি। মথোই কাখিনি হায়দুনা ঐনবুদি পঙথা-থাগৎপা তৌরুদে, পূকুংদবুদি হায়নীংঙাই লৈতনা থাগৎলিবনি। হোয়, মশক-মতৌবুদি অদুক হাকনা ফজবা নত্তে, থোইবীমচানা য়াম্না হেল্লি। থোইবীমচাদো, ঐগা য়াম্না কন্না ঙাওমিন্নখিবদো অদুঙে পাখঙ-লৈশাবী ওইরিঙৈদা। লাইলা-মজনু, রোমিও-জুলিয়েৎ কাচ্চানি। অদুবু ঐখোয় অনী থুংনৌ হায়বসি নোংদম্বা মানা তম্নমদবা ওইরমাল্লে, নৎত্রগদি মশক-মতৌদা সেকেন্দ গ্রেদ অসি ঐনা করম হায়না লৌরিবনো হায়বদো ইমান্নবশিংনা মতম অদুদা ঙক্লখিবনি। থোইবীমচাগী থোয়চৎনবা মতাঙ অমবুদি লৈখিদবা নত্তে, অদুগা....। হোয়, তোক্লসি মদুগী ৱারীনা অমনি, য়াম্না শাংগ্রে।

ঐনা হৌগৎতুনা থোক্কে হেক তৌবদা ঐগী চেকশিনবী হৈ-শিংবী মানা হায়রকই, “ঙাইখোদা, থীদোকপা লোইখিসি, লোইসু লোইদৌরে ”

"ছাই, কনানা খঙবা লাক্লিসে করম্বা মীওং-মীতা ওইরিগদবা !" ঐগী ইঙ্গিত অদু মানা করি হায়না লৌরিগদবা খঙদে, শেন মপুনশিংদো প্রপ প্রপ খোমজিন্দুনা ঐনা পুগদৌরিবা ব্রীফকেস অদুদা হাপচিল্লি।

"ওহোকপা মতম হায়দুনি, ইমুংদা শেন খরদং থীজবা ফাওবা তঙ তানা থীজবা ঙমদবা !" মতমসিবু থম্মোয় শোক্লা ব্রারৌবগা লোয়ননা মতোমতা মুরূম-মুরূম শোনবদো ঐ মখা তানা তারমদ্রে।

মপান্দা থোরক্লগা উরে, দ্রাইভরগা ব্রারী শানরিবদো প্রেমানন্দনি। ঐগী মরূপ প্রেমানন্দ স্কুলদগী কোলেজ ফাওবা লাইরিক তম্মিন্নরকপনি। লৈকাইবুদি তিন্নদে, মহাক্লা শিংজমৈদগীনি ঐনা থাংমৈবন্দগী। অদুবু য়াম্না লুনদি তিন্নরকই। হৌজিক্তি ঐখোয় অনীসে লেঙ্গানি লাইরিক তম্মিন্নরকই হায়বসি কনানসু থাজররোই। ঐখোয়গী নুপীনা ফাওবা থাজদ্রে। মহাক উবদা ঐখোয়গী নুপীনা ঐঙোন্দা লক্লরিবনি, "নঙসে চহী ফনদি য়াল্লবা জাৎনিকো !"

শাউনীংবোই নুংঙাইতবোই ইকাইবসু হাইফেৎ য়াওবোই ঐনা খুম্মি, "এরা, মানা অহন মানজবগী ব্রানি, ঐদি নহা অসুম ওইনা লৈরিসিদি ! ঐবু নহা ওইদ্রবরনে?"

ঐখোয়গী নুপী মখা তারক্তে, হাইফেৎ মোমোন নোকচৈ, মানা খঙজবা অমদি লৈরম্বা তাই।

প্রেমানন্দগী মকোক ইফা-ফা মফি-মরোল চমোৎ-চমোৎ মতৌদো উবদা ঐ দ্রাইভর অদুগী মমাঙদা মাবু কৌনীংদ্রে। মরূপ-মপাঙনি হায়দুনা মানদি নঙ-মা তৌরক্কনি। দ্রাইভরদুনা করি খনখিনি ! অদুবু ঐনা কৌদ্রিঙৈদা মানা লাপ্লিঙৈদগী কৌরকই, "ভাই দীনবন্ধু, অয়ুকসিদা নফি-নরোল অদুক নাম্না কদায়দনো চৎকদবগী তৌরিদুবু ? "

ঙস্তানকা ঈরূ-মায়থজবা হায়বসি ঐগীদি ইনাৎ নত্তে, মসি মহাক মুম্না খঙঙি। অদুবু ঙসিদি শুভকর্ম অমগীদমক মন্ত্রীদর্শন তৌবা চৎকদৌরিবনিনা ঐখোয়গী নুপীনা ঙস্তানা ঈশিং শাহন্দুনা ঈরূজহল্লবনি।

মপান্দা অনৌবা দ্রাইভর অদুগী মমাঙদা দ্রো-দ্রো তৌদুনা মাগা ব্রারী শানবদু নুংঙাইতদুনা ইমুংদা কৌশিল্লে। দ্রোইংরুমদা মাবু ফমহল্লগা ঐসু ফমথরগা হংঙি, "করি থবক্কীনো নঙনা অয়ুক ঙস্তাসিদা লাক্লিবসিবু ? ঐ হৌজিক হৌজিক থবক অমা চৎকে তৌরিবনি।"

"ঐসু য়াম্না থুবা দরকার অমগীদমক নঙোন্দা লাক্লিবনি।" মানা খুম্নকই।

"করিনো হায়গদবদু শৎ হায়রো। ঐ থেঙবা য়াদবনি।" ঐগী মতম লৈতবদো মঙোন্দা খঙহল্লি।

“নবকুমারদো মশা ঙমদবা কুইরে। ডাক্তরনা ওপরেসন অমা থুনা তৌদবা য়ারোইদৌরি হায়রি। অদুবু ইস্ফালদা হায়রিবা ওপরেসন অসিগী খুদোংচাবা লৈতে, খুৎশু-খুৎলায় ব্রাৎলি, অদুনা গৌহাটিদা চৎত্রবদি মওং চারোই হায়রি। শেন-থুম খরা লৈরম্বনি নহানমখৈ লায়েংবদা লোইশিনখ্রে। অদুনা লুপা লীশীং তরাদং পীয়ু হায়দুনা লাক্লিবনি।” মহাকনা করিমত্তা হঙ্গোইবা তৌদনা হায়রকই।

“নবকুমার.. হায়বদি ?” ঐনা হংঙি।

“কাউরব্রনে? ঐগী ইচানুপাদো।” মহাকনা খুন্নকই।

ঐ হাইফেৎ ইকায়গুম তৌই। কাউফম থোক্তবনি। ঐখোয়গী থবক-থনা অমা থোকপদা হেক্তা চেল্লকপা অঙাংনি। লাইরজরবসু মপাদৌনা মীগী অব্রা-অনাদা মতেঙ পাংগল্লি, শেন পুথোকপা ঙমদ্রবসু মপাঙ্গল-মথৌনা পুথোক্তুনা। ঐখোয়গী নুপীগী ওপরেসন্দা মাগা চানবা ঈ থিবা ফংদদুনা মাথা শাদুনা কোয়চেন চেন্নবা কান্দা মপাগা মচাগনি লীক্লি অম-মমনি পীখিবদো।

“করিগী কাউগদগে ! ঙাইহাক ভ্রম চঙঙ্দুনা তৌবনি। য়াদ্রেদা মাথাসে।” ইকায়বদো কৃপশিন্নবা ঐনা লাক্লে।

তাঙ্গাদুদা ঐখোয়গী নুপীনা থোরক্তুনা মায়থোঙদা নুংঙাইভবা শকফম উৎলদুনা হংলৈ, “কৈদৌরবা ইবুংঙো নবকুমারবু তামো ?”

“খঙদে ইবেমা ঐগী লাইবকসে” প্রেমানন্দনা খুন্নকই। “কদায়দগী দশানো খঙদে। ডাক্তরনা গৌহাটিদা থুনা পুরো হায়রি, ওপরেসন অমা তৌদবা য়ারোইদৌরি। শেন কয়াম চঙগদৌরিবা খঙদে। অদুবু মপান্দা চৎকদৌরিবনিনা খরা য়াম্না পুদবা য়াদে। শেন খরা লৈজরম্বদুসু লোইশিনখ্রে, হৌজিক হৌজিক থোক্লীংঙাইসু লৈতে । অদুনা ইবেমগা ভাই দীনবন্ধুগদা হায়রুগে হায়দুনা লাক্লিবনি। লীশীং তরাদং পীবিদবা য়াদ্রে। ঐগী হায়ফম-খোৎফম অতৈ কনাসু লৈজদে। য়াম্না থুনমক নৎত্রবসু ঐনা ঙম্বা মতমদা তপ্না তপ্না...।” প্রেমানন্দ মাগী ব্রাদু লোইশিনবা ঙমদে।

“নুংঙাইভেদা তামো, ওহোকপা হায়বদুনি মশা-মঔ অদুক ফবা মানা, খঙদেদা মীওইবগী দশা হায়বসে !” প্রেমানন্দগী অব্রাবদুদা চপ চানা শরুক য়াবদৌনা ঐখোয়গী নুপীনা হায়রকই। ঙাইহাক খন্নরগা অমুক মখা তাথরকই, “ওহোক্লদি পাংনীংখ্রেদা তামোগী হন্দক্কী মতাঙসে। অদুদনে তামো, ওহোকপা তাঙ্গা অমা থোক্লে। তশেংনা হায়দোক্লবা হায়দুনি। ঙরাংতা নুপামচা অহনগী থবক্কীদমক চাউরবা শেনফম অমা পীখ্রে, লৈজবা

পূম্নমক চিদুনা, সনা-লীক্লোন ফাওবা কায়থোক্তুনা। ঙরাংতা হেক পীখিবনি। ওহোক্লেদি পাংনীংখ্রেদা। ইবুংঙোদো ওহোক্লা নুংশিজখ্রবা !"

অদুক ফজনা মানা হায়রবনিনা ঐনা করিনো মখা তাগদৌরিবা ! মখা তাবা ঙমদ্রে। প্রেমানন্দসু ভাব তাদবা মীদি নত্তে, ঈশিং মনুংদা ঙা চেনবা উবা মীনি। লৈজবা পূম্নমক চিদুনা সনা-লীক্লোন ফাওবা কায়থোক্তুনা চাউরবা শেনফম অমা ঙরাংতা পীখ্রি হায়রবদবু করি মখা তানীংঙাই লৈরি ? মখা তানা ফমথরমদ্রে "কমদৌনি লৈত্রে হায়রদি ? ঐগীদি উপায় লৈতদুনা নখোয়দা হায়জরুগে হায়দুনা লাক্লিবনি। কমদৌনি ঐগী লাইবক্লরা ইচাগী মরাইবক্লরা !" হায়রম্রগা চৎখ্রে।

মহাক্লা চৎখিবগা ঐনা নুপীরোমদা ওনশিল্লি, "করিগীনো অদুক শাথীনা ওইদবা হায়রিদুবু ?"

"অদু হায়দ্রদি করম হায়না নাহোক্কনি ? অদু হায়বদগীদি মখা তারক্লেদনা। ফরেদনা কৈদৌরগে 'সিবু ?" য়াম্না লায়না নুপীনা খুম্নকই।

"ওইদবা হায়দ্রদি য়াদ্রবরা? চুম্না হায়রগা য়াবা পোৎতুবু।" ঐনা শাউরপ মাবু চৈবোই-লাকপোই হায়। য়াদ-য়াদ্রগা তরাদুমক নৎত্রবসু মঙাতংদি পাংবিখিবা য়াইদনা, অঙম্বা মতমদা খরা খরদং তৌদুনা শিংজরকপসু য়াই। উপায় লৈতদুনা হায়ররিবনি, মী অমগী মফমদা মী অমনা চঙজবা হায়বদু হেক য়াবা নত্তে। ফরসু ফৎত্রদু মখোয়গী তৌবিমলদি ঐখোয়না কাউফম থোক্তবনি।"

নুপীগী ওপরেসন্দা মপা-মচানা ঈ দান তৌখিবতা নত্তে, থবক-থৌরম কয়াদা চিরবা মতমদা মখোয়বু চিংবিরিবনি। ঐনা কম্না নাদুনা লৈবা মতমদা ইচানুপা অহন অসিমক্কী মিং চনবগী মতম লোইখিগদৌরদুনা কনাগা থাসিগে হায়না খনফম থোক্লবা মতমদা প্রেমানন্দনা মমাগী শ্রাদ্ধ নোংঙানবগা উৎসব-ককা য়াওদবমখৈ কেরলা তান্না থিনবিরুরিবনি। ঙসি ইচানুপানা ইঞ্জিনিয়ারিং পাস তৌদুনা থোরক্লিবসি মহাক্কী মতেঙ চাউনা য়াওরিবনি।

"মদু পূম্নমক্তো ঐসু খঙদবা নত্তে। ঐখোয়সু মখোয়গী তৌবমল পূমকাউ কাউবদি নত্তেদনা। মরক-মরক্তা মফি-মরোল থোনবিরিবনি, অদুগী-অদাগী ঙাচেৎ-থুমচেৎ ফাওবা মতাঙ মতাঙদা মেনখ্রিবনি।" নুপীনা মানা থোকপা ঙম্নবা হায়রকই।

"অয়ো নাহেবা কান্দা ঈ পীদুনা নথব্রায় কনবিখিবা অদুবু শেন-থুম্না শিংবা য়াবরনে? নচানুপানা ঙসি ইঞ্জিনিয়ার ওইদৌরিবসি প্রেমানন্দনা

মিং চনবা নংনবা থাপগ্গ্রবা লমদম অদু তাম্না থিনবিরমদ্রবদি ওইগদৌরিব্রা হায়বা? মখোয়না পাংখিবা মতেঙদু শেন্না খন ওন্দুনা শিংবা য়াবা নত্তে।'' নুংঙাইতবা অমা য়াওনা ঐনা হায়।

''অদুবু করিদি উপায় লৈ, হৌজিক হৌজিক পুগদৌগী ঙাইদুনা লৈরবা তাঙ্গাসিদা?'' মহাকসু মহাক্লা ঙম্লনবা হোৎনরকই।

''হৌজিকমক লোইনা পুগদবদি নত্তেদনা। য়াঙ্খে অমা তোঙাম্না থগ্রিবদুদগী খরদি পীবিখিবা য়াইদনা।'' ঐসু ঐগী নীংঙমহৌদবদো মখা তানা ফোঙদোকই।

''মোয় মপাসি ঙাওরমাল্লে। ঐগী ঐগী শবীরাইনা হেল্লি হায়দুনা আ অদুঙৈ লাই হাকতক্তগী হায়নরক্লিবদুনি। মন্ত্রীগী ব্রাবু কনানা থাজবা ঙম্বগে? লাখ অনীসিগী মথক্তা খরগমুক হাপ্লকখো হায়রবদি খুদক্তা কদায়দগীনো থিরুদৌরিবা ? শেন খরা ব্রাৎপগীদমক্তা শোয়হৌরবদি ঐদি মাঙজরেদনা! কয়াম কুইরবনো অঙাংসিনা থবক ঙাইদুনা লৈরক্লিবসে! হন্দক্তী মতাঙসি লোইরগা করম-কান্দা অমুক থবক থোরক্তদৌরিবা কনামতনা হায়বা ঙম্বপোৎ নত্তে। মতমদুদনা অমুক্তা হেন্না শেনফম চাউগদৌরিবনি।''

মখা তানা ঐনা মাগতা ঙাঙনদুনা মতম মাঙহনবগী অর্থ লৈতবনিনা লাখ অনীদু পুরগা ঐ থোরক্লে। চৎলমদাইদা চেকশিনবী হৈ-শিংবী মানা হায়হৌই, ''চেকশিল্লুকো, ওয়-য়েৎ,তুং-মাঙ নীংথিনা য়েংঙু। মতমনা ফত্তবসিদা! ফজনা শোয়দনবা হায়রম্মু।.... খঙদেনে ঐ য়াওরন্নগসু ফগদবা!''

ইন্তরভিয়ু লোইখিবা থা অহুম মতুং ফাওবা হোয়নি-মাইনি ঈ-পাউ অমত্তা তংদাংবা খঙখিদে। মন্ত্রীরোমদগী চেক-মোকসু লাউরকখিদে।মরক-মরক্তা চৎতুনা মন্ত্রীদর্শনবুদি তৌরুদবা নত্তে। উনরুবা খুদিংগী 'য়েংগে, তৌগে' হায়বদগী হেল্লক্তে।

মমাগী চিংনবদো হেঙ্গৎলকখি, মপূক্লীং শাথীনা খোয়রাঙ-খোয়শউনরকখি। মমঙ-মহাদা চোইরোল-পারোল লোনবা য়াওরকখি— অদুক য়াম্বা শেনফম অদুবু ঈশিংদা চুপ-লাউনা থাদখিবা ওইনা থোক্লগদ্রা!

নোংমদি ফম্বা য়ারভ্রুমাল্লে, মন্ত্রী ময়ূমদা চত্তবা য়াদ্রে হায়দুনা ঐখোয় অনী চৎমিম্লরে। নুপাতনা নোম্বসি ওইররোইদবোই খল্লক্লমাল্লে। মহাকসু খঙদবা নত্তে, ব্রানোম্বা হায়বসে নুপীনা নোল্লগা শোয়গন্দবতা নত্তনা মহৈসু থুনা পাল্লি হায়বা। অহিঙ-নুংথিল হিসাব তৌগদৈ তৌরগা খাইদোক্লুনা থম্বা লীশীং য়াঙ্খে অদুসু পুদুনা চৎলে। মন্ত্রী লৈরমদে,

কদায়দনো ঙন্তানা থোকপ্লে হায়। মদুনবুদি ঐখোয়দা থবক শমজিনহল্লে। পাউ পীখিবগা কুইদে থোঙ অদুম হাংদোরক্লে। চুমদ্রিং মন্ত্রীগী নুপীগী মনাক তান্না চঙলে। মন্ত্রী লৈবা তাঙ্গা থোক্লবদি মীনা কৃক কৃক চিৎন-চায়নবা ঙন্নোইদৌরিবনি। মন্ত্রী ময়ূমদগী থোরকপদা ঐখোয়গী নুপীদো মপৃক্লীং খরা হরাওবগুম তৌখি।

অদুদগীদি পঙকুই কুইরক্লে। নোংমা ওফিস লোইরমদাইদা মন্ত্রীগী পার্সোনেল এসিষ্টেন্তনা ফোন তৌরকই – মন্ত্রীনা অমুক্তং উনসি হায়য়ে। করি অমুক হায়রক্তদৌরিবা, পৃক্লিং অসি লাঙতক্লরকহ—খরগা অমুক হাপ্লকখো হায়দৌরিবা জাৎলা নৎত্রগা হন্দক্কী মতাঙসিমদি মওং চাদ্রে, মথংগীদা তৌরসি হায়দৌরিবা জাৎলা!

থীহ্নবা তৌদ্রে। মখোঙদা চঙজরিবা কৌবনিনা নীংশিংবিরকপগা মিৎকূপ অমা ফাওবা মাঙহনবা ঙম্নক্লে। চঙখিবগা মন্ত্রীনা তরাম তরাম তৌরকই, নোকফেৎ তৌনা হায়রকই, "সাহেবকী মতেঙ পাংনীংদুনা তৌবনিকো। তশেংনা হায়রবদা, ইনাওনুপাগী মচা ফাওবা হন্দক্কীসিদা হাপ্পা ঙমদ্রবনি। সাহেবনসু মতুংদা ঐগী ইতেঙ পাংলকপা য়াইকো খন্দুনা অয়াম্বা তৌজরবনি।" হায়রগা চে অদো পীরকই, ইচাগী এপোইন্টমেন্ট লেটরগী চে অদো।

"থেঙ্ক ইউ সার, থেঙ্ক ইউ সার।.... করম হায়না সারগী তৌবিম-াসি শিংগনি?" ঐগী হরাওবা মতোন লোম্মি, স্বর্গ খুৎনা লাম্বা ফংবদৌনা তৌরকই।

"এঃ মদুগী ব্রাবুদি করিসু লৈতেদা। কাউনদ্রগা লোইরে।" হায়রগা ফোন পায়খৎলি, হায়খি, "চা অহাওবা অনীদং থুনা থারকউ।"

চা থীন্দনা লাকই। চা থকমিন্নরগা মন্ত্রীদা হন্না হন্না নুংঙাইবা অমদি তৌবিমল ফোঙদোক্লম্লগা চুমদ্রিং য়ুম পাংলক্লে। ইমায়সি পূর্ণিমাগী থাজমুক পাকথোরকপগুম তৌই, লম্বী মপানগী উপাল-ব্রাপাল পূম্নমক হাই-হুম্না জগোয় শাগৎলকই।

য়ুম য়ৌবগা গাড়ীদগী কুমথবা নংদে, কৌই, "মমা লৈব্রা, মমাদি?"

ইমুংদা প্রপ প্রপ চঙবগা ঐগী খুৎকৌ-লাক্কৌ অদু তাবদা ফিংনা থোরকপী মাগা ড্রোইংরুমদা থেংনরে, "করিনো শুমাঙ ময়ায়দগী নংহৌরোইদবগুম কৌরিদু?

"নুংঙাইবা পাউনি, অদুগীনিনে। নচানুপাগী এপোইন্টমেন্ট লেটর পুরক্লে, সে।" হায়রগা মঙোন্দা উৎলি।

মহাকসু হরাওদববুদি নত্তে, অদুবু মায়থোঙদা মথন্নায় নুংঙাইতবগী মমি অমা তাবগুম তৌই।

"চা লোল্লকখিগে।" হায়রন্নগা চাকশঙলোমদা চঙখ্রে।

"মন্ত্রীগী চাদগী হেন্না হাউহন্দবদি য়ারোইকো।" ঐনা লাউই। লাউরিবদো মহাক তাদবদি নত্তে, অদুবু করিমতা খুন্নকপদি তৌরক্তে।

মহাক্না চা পুথোরক্লগা ঐখোয় অনী চা থকমিন্নে। মঙোন্দা ব্রা-লান ঙাঙবগী হৈনীংবা ইউ-উদবগুম তৌই। পূক্নিংদা চিংনবা অমা পোক্লকই, করি তৌরবা জাৎনো মাগীসিবু! চাদো থকপা লোইবগা মহাক্না তপ্ন তপ্না ব্রাদো কাঙথোরকই, "নুংঙাইতবা পাউ অমা তারি, তামো প্রেমানন্দগী মচানুপাদো লৈত্রমান্নে।"

হৌজিক্তা পুমঙান ঙাল্লম্বা অতিয়াদো লৈচিন-নোংফাইনা মমশিল্লকখিবগুম তৌরকই। নীংঙমহৌদবগী তেনজিন্না কদায়দগীনো মরোল-মরোল ফুজিল্লকই। অহিঙ অদু তূম্বা য়াখিদে, মওল মওল ব্রাখল ময়াম অমনা ঐবু লাক্লখি। মচানুপা অদুমখক্তনি নুপী মরিগী মরক্তা। ওহোকপা হায়দুনি! নোংদম্বা নঙসু মীগী অচেঙবা মতাঙদুতা থিবোই! ঐসুনি, অঙাংদুগী লায়েংবদা লুপা লীশীং মঙা ফাওবা মতেঙ পাংবা ঙমখিদবা !

নোংঙানবগা ঐখোয় অনী অশিবা হংবা চৎলে। খ্বাইরম্বন কৈথেলদা চঙদুনা য়ুবী অচৌবা অমগা লফোই লফাং ফজবা অমগা লৈদুনা পুরে, হৌনবীনি হায়দুনা।

অশিবা হংবা মী খরসু লৈরম্মী। মাগোপ খনবা লোইরম্রে, অস্তি-ককা লোইখ্রবা মাল্লি। হাইফেৎ ইকায়বা অমা পোক্লকই, লুনা তিন্নখ্রবা মরূপ অমগী মচা লৈতবদা অস্তি ফাওবা য়াওহৌদবা ! লৈখিদবা নুপামচাদুগীদমক্তা নুংঙাইতবা ফোঙদোকপগা লোয়ননা শ্রাদ্ধ-কর্মনা করি নুমিৎ থোক্লিবা, ঈশৈনা কনানা শক্কদৌরিবা, পালা কয়া লেপকদৌরিবা, তল ভৌগদৌরিব্রা খেচ্রি ভৌগদৌরিব্রা অসিনচিংবা হংফম থোকপা খরা হংদুনা ঙাইহাক ব্রারী শানরে। পঙকুই কুইনা ফম্বা তৌদনা ঐখোয়গী নুপীসু মমিংতগী মপি তৈথোক-তৈথোক্লদুনা থোরক্লে। মাবু থিন্দোরকপা ওইনা প্রেমানন্দগী নুপীনা মতুংদা ইন্নরকই।

ঐসু হৌগৎলে। চৎলমদাইদা ঐনা ফুরীৎখাউদগী লৌথোক্লুনা মপুন মচাদো মঙোন্দা পীরগা হায়, "সে, লীশীং তরাখক্তনি। হৌজিক্কী শ্রাদ্ধ-কর্মসিদি শেন পঙচঙদা চঙবনি। পোৎয়েং-শিংয়েনগী ব্রাদুদি কর্ম নুমিৎতা লাক্কদবনি। মরকসিদা অব্রাৎ-অপা মেন্নবা খরসি...।"

ঐগী ব্রাদু লোইবা নংহৌদে, প্রেমানন্দনা হায়রকই, "য়াজরে য়াজরে, ভাই দীনবন্ধুগীদো থম্বিরম্নগনু পায়বিখো। ইচাগী কর্মনি, ঐগী লৈজবা খরদং ঈশ্বরগী মফমদা কংচরগা লোইরে। মীওোন্দগী শেন পুশিন্দুনা কর্ম চাউনা শোল্লগা স্বর্গতি ওইপ্রবা ইচাদুনা হরাওগদবা লৈতে, থোইনদুম ব্রারৌগনি।"

কনানো অমনা খজাইদা খুৎপাক্লা শেৎ থাবগুম তৌরকই। মায় অসি য়ঙ য়ঙ লাউশিল্লকই, খোঙ থাংদুনা থোকপা ঙম্রক্তে।

কদোমদগীনো তুম্লবা তাশোন অমনা থম্মোয়দা থূম্মা থিল্লকপগুম তৌরকই—হিংলিঙৈদা লায়েংনবা মতেঙদি পাংবিথিদ্রগা হৌজিক লৈত্রবা মতুংসিদা পূকচেল চাউবা উৎপিররিবোই ! ❑

-ওক্টোবর, ১৯৯৯



# বসন্তনা করেম্নবা

'খালি আছেনে, বহিব পারু ?' অসামিদা নুপী-খোঞ্জেল অমনা হংলকই। ইম্ফালদগী পাইরকপা প্লেনদা তোংলকপসি মৈতৈমচানা অয়াম্বনি হায়বদো ভাব খংতা তারক্লমাল্লে, মৈতৈরোলনা অমুক্তা হায়রকই, 'হাঙলিব্রা' সিবু ফমজবা য়াগদ্রা ?'

খোঙনাউ মপান্দা ফমদুনা মতম লেনবা ওইনা অদুঙৈ পাখিবা খুমছেম গৌরকিশোরনা হন্দোকপা মহাকবি কালিদাসকী 'মেঘদূত' অমুক্তা পারম্বনি। গৌহাটিদা পুংখায়মুক্তং খামগদবসিদা পুংমুক হেল্লে লৈরকক্লিবা। এয়ার হোস্টেনবুদি লাউথোকখ্রবনি - নোংথী-নোংমনবনা মরম ওইদুনা প্লেন পাইখৎপা য়াখিরোইদৌরি, ময়াম ঙাইহাক ঙাইবিবা তারে, খুদোং চাদবা থোকপসিগীদমক নুংঙাইতবা ফোঙদোকচরি। শজিবুগী নোংলৈ-নুংশিৎনি পংকুই, কুইদবা য়াই, ঙাইহাক্তং মকম্থী হৌরল্লগা চৎখিবনা মাগী মহৌশানি।

দিল্লিদা খরা ওন্না থুংনীংলম্বনি। অদুবু মীনা খনবনা অমা লাইনা শীনবনা অমা। খোয়দৌ শাউগৎলকই। ইম্ফালদগী দিল্লি চুমদ্রিং পাইরবদি মতম করিসু কুইনা চঙবা লম্বী নত্তে। বোম্বেদগী দিল্লিবু কয়াম কুইনা চঙবগে ? চুমদ্রিং পাইবনিনা করিসু কুইনা চঙদে। অদুবু ইম্ফালদগী দিল্লিদি—গৌহাটিদা অমুক, বাগদোগ্রাদা অমুক, পটনাদা অমুক- পোখা পোখাদুনা চৎকদৌরিবনি। অদুদগী মরক মরক্তা করিগুম্বদা পোৎহাপ ওইনা নোংথী-নোংমংবা, ইঞ্জিন বেরা তৌবা....।

মশানৌ কায়নরবা যক্ষগী পাউখোল্লোই লৈচিনগা লোয়ননা ঐসু মঙলৈবাক অমদা ঙাইহাক পাইরুরমাল্লে, মী কাখৎনবা হৌরে হায়বা খঙলুদ্রে। নুপীগী খোঞ্জেলদো তাবদা মিৎ খংশিং শিংল্লকই। লাইরিক্তগী মায় হাইগত্তুনা য়েংই। চোকথরবা মিৎনা মশক শেংনা লাকপা ঙমদ্রে। মহাক্লদি খঙলমাল্লে হায়রকই, 'ইবুঙো নৎত্রনে ?'

ঐসু ভাব খংতা তারকই । মানি, চন্দ্রিকানি। গৌহাটি মণিপুরি বস্তিগী চন্দ্রিকানি। 'মানি, য়ানি হাঙলি ফঙ্বিবা য়ানি,- ঐনা খুমই ফিংবোই-লাকপোই ইথা-থাজদনা মাবু উবদা।

ওভারহেড লোকরদা মখুৎনা পায়রকপা ব্রিফকেস মচাদু থমজিল্লগা ঐগা থংনরিবা সিট অদুদা ফমথরে।

'অদো দিল্লিদনিনে ?'

'হোয় মানি।'

'খোঙবু ওইমিন্নবা তারেদনা।' হায়রকই চন্দ্রিকানা, ইতৈমা চন্দ্রিকানা।

ঐখোয় লেঙ্গানি, ঐনা খরা হল্লম্বা ফাওবা য়াই। তামো পূকফবনা লৌবদগী ফাগি-ফরাং ওইনা ইতৈমা কৌখিবনি। তামো পূকফবদো কাছাড়গীনি। পূকফবা হায়বসি মাগী অশেংবা মমিং নত্তে। অঙাং ওইনা য়ূমদগী চেল্লকখিবনি। মমা-মপানা নোংমতা থিরকখিদে, মমা-মপা লৈরিব্রা হায়বসু কনামতনা খঙদে, মহাক্সু হায়দে। মবুক-মপাউ ফৈ হায়দুনা ময়াম্মা মাবু 'পূকফবা' হায়না কৌম্নখিবদগী মাগী অশেংবা মমিংদো থোইনা থিনরুদ্রে। গৌহাটিদা এম এ, ডাক্তর, ইঞ্জিনিয়র, এগ্রিকলচার, ভেটরিনারিনচিংবা তম্বা লাকপা মৈতৈমচা অয়াম্বগা তামো পূকফবগা খঙনৈ। তিন্নবা য়ামবা মীশক্লি হায়বা খঙদুনা মারব্রারি অমনা মাগীদা থবক তৌহনবদগী তামোগী মরাইবক চুমখিবনি হায়। ঐখোয়গা খঙনবা মতমদা গৌহাটিদা ময়ূম মচা অমা লৈরম্রে, হাইফেৎ মশা নাল্লে। মহাক্না ইতৈমা চন্দ্রিকা লৌবা হায়গদ্রা নৎত্রগা ইতৈমা চন্দ্রিকানা মঙোন্দা লৈবা হায়গদ্রা মদুগী মতাংদা ঐগীসু খুৎ খরদি য়াওখিবনি।

'ইতৈমসু দিল্লিসে ফন্দি তোয়না চৎলিনে। য়ূমদদি তামোগা থোক্লদ্রা ?' ঐনা হংই।

'মাসু মানা থোকপা, ঐসু ঐনা থোকপা।' অদুগৈগী ব্রা ভাঙবদা ব্রেক ফাদবী ইতৈমনা খুম্নকই।

খঙই তামোনা করিমতা হায়জবা ঙম্লম্মোই হায়বা, হায়গদবা মীতাসু নত্তে। মীশক মুম্না খঙলগা মানা খুদোঙ্বীদা উঙবা য়াগনি খঙদুনা ফাবোই-লাকপোই তৌদুনা লৈখিবনি। হোয়, তৌবগীদি মতমদুদা মণিপুরি বস্তিদা মশক্তা মতৌদা চন্দ্রিকা হায়না ফাওরল্লিবনি।

মৌনহা অমা তফিং তফিং চঙলকই। অসামি মাল্লি। মনাক হেক য়ৌরকপদা ইতৈমনা তাপ পায়দুনা হাইহৎলি, 'হাই অফাওবী, কদায়দা মাঙলুই ? নখোয় নহারোলগী হৌনবী তৌরব্রা ?'

'বাইদেউ, ঐদি নঙ সিকিওরিটিদা চঙখিবদো উহৌদবা। নঙ লৈরিমান্নে হায়দুনা ঙাইদুনা লৈথোকলুরবা ।' মরাল লৈরবী অমগুম মৌনহা অদুনা খুন্নকই।

'নমিৎ-ননাদো পঙচোই চোইগনু খঙলব্রা ? লাউ, ফগ্রোসে নঙগী সিটনি খাক্লিসে।' মৌনহাদো য়াথং ইন্দ-লাক্তবা ঙম্বগী ব্রা লৈতে।

মাগী মতৌদো উবদা খল্লি, ইতৈমসি ফনদি থাক ব্রাংলবা জাৎ ওইরে। য়াম্না কমাগু লৈনা ঙাঙই।

মৌনহাদুনা ফমথবগা মহাক্না অমুক্না হায়রকই, 'সে খঙনৌসে, ঐগী ইউথানি, ইম্ফালদা লৈবনি, অচৌবা ওফিসারনি। ' ঐঙোন্দা অমুক ওনশিল্লগা মৈতেরোলদা হায়রকই, 'মোনালিসা, মোনালিসা হুসেন। ফজদ্রা মমিংসু মশকসু !'

চহী য়ান্নকপগা লোয়ননা ইতৈমসি ময়াই চায়থরন্নদ্রা খল্লম্বনি। চায়থবদি লায়রদুনা ফনা নীংথিনা হেঙ্গৎলন্নে । অদুবু হায়সু হায়বনি লিওনার্দো দা ভিন্সিনা য়েকখিবা লাই অদুগা মাঙদা লৈরিবসিগা মশক খেন্নরবসু ফজবদা চাংদম্নবদি য়াই।

'ব্রারী শাগেরা, ননাক্তা ফমহল্লুরা, সিট ওহোক্লসিরা ?'

'ইতৈমসিমা....।'

'খঙলে খঙলে সাধু চেঙজংবা ! নখোয় নহারোল মশেল ব্রারী শান্নজৌ হায়না তৌবনি !' অদুঙৈগী ইতৈমা চন্দ্রিকাদো ময়েক শেংনা মাঙদা চোংথোরই ।

'ইতৈমবু কয়াম অহন ওইরদুনা ! তগৎ-তগৎ তেক্লিবা থম্বালদৌনা তৌরিসিবু।' ঐসু তাঙ্গা চাদুনা লেং লৌশিল্লি । থাগৎপদা হরাওদবা নুপী কনা লৈবগে !

'হাই অঙাং, হেঞ্জিল্লক্কনু - নমিৎ তাঙজনি।' অর্থদো মাসু আ-য়ৌনা খঙবদৌনা হায়রকই।

'য়েংননবা হায়দুনা মিৎ পাল্লক্লিবা নৎত্রৌ ? য়েংগনি, ফবু ফজরবদি অনকপদা খঙদে অরাপ্পদা খঙদে।'

কা হেঞ্জিল্লক্কদৌরে হায়না খল্লমান্নে, হায়রকই, 'অওইবনি মমাই মমিৎসে য়েংঙুনে, কয়াতা ফজখ্রবনো !'

'ঐদি মাগী চিম্বানসে, লেংঙুম তাবসিসুনিদা ....!'

'বাইদেউ, করিনো নখোয়না ঙাঙনরিদো ?' মাগী মরমদা ঙাঙনরিবা ওইরমন্নে খন্দুনা মোনালিসানা হায়রকই।

'কুইনা উনদবদুদা ঐখোয় অনী মণিপুররিদা পেম্না ব্রারী শান্নরিবা । শাউনুকো।' হায়রগা মখা অমুক তাথরকই 'এরা, মানা নঙবু লৈশাবীরা হংলিবা।'

মৌনহাদো ইকায়বোই হরাওবোই মমায় ইচপমকু ঙাউখৎলকই, তথক-তথকপা মিন্না অনীদুনা ঐঙোন্দা য়েংলকই।

ইতৈমনা ঐঙোন্দা ওনশিল্লক্লগা অমুক্তা হায়রকই, 'নঙ ঙসিদি শোয়দেকো। মানবু নপকেকা হায়দুনা নপখ্রবদি নোং খোংদ্রিফাও থাদোক্লোইদৌরিবনি।

'নপ্পিয়ু' হায়রিনিনে ঐদি সত্য নুপা থৌদাং উৎকেনে। হায়সু হায়বনি, মাগী নুপাদো ফজবা থিবা হৈবা জাৎ ওইরম্বা তাই, কল্লকইদা....।'

এয়ার হোস্টেসনা মখোয়গী হৌনবী সিটবেল্ট ফাজিল্লব্রা হায়না চেক তৌবা লাকপদা ব্রারীগী লংলা ঙাইহাক তৎখি। মিৎকৃপ খরা মতুংদা প্লেন পাইখৎলক্লে। টেক ওফ লোইরগদি ব্রারীগী ঈচেল হোংখ্রে। লৈবাক্কী রাজনীতিগী ব্রা, মণিপুরগী ব্রা, অসামগী ব্রা—মথং মথং মরী মরী শম্নবদৌনা লাকখ্রে। কাইনথংদা ইমুং-মনুংগী ব্রাদা তারক্লে।

'ইমুং-মনুংগী ব্রাদি হংবু হংদ্রিনে। অঙাংশিং নায়েক তৌদেকো ?' ইতৈমা চন্দ্রিকানা হংলকই।

'লৈখিদ্রে, কুইরে চহী মঙারোম শুরে।'

'ওহ, ওহোকপনিদা, নুংঙাইতেদা ! অদো করি ওইনা লৈখিদবনো, অঙাংদি কয়াম থল্লম্মী ?'

'লায়েংবা ঙমদবা লায়না কেন্সরননি। ফনা কম্না হোৎনবনি, অদুবু য়াখিদে।.... নুপীমচা অমা থল্লম্বনি । মাসু মথং চহীদা লৈখিদ্রে, লম্বীদা গাড়ি থেঙ্গাইনবা অমদা।'

'ঐদি খঙদবনিনা চোইঙাং য়াম্না ঙাঙলুরে। ব্রারৌবা য়াদেকো।'

'ব্রারৌদেদা । করিগী ব্রারৌগদগে ?'

অদুদগী ঐখোয় অনীমক ফনা কুইনা তূমিন্না লৈ, ব্রা ঙাঙবা থোক্তে।

মোনালিসানা করি খল্লুরবনো খঙদে হায়রকই, ' কৈদৌরে নখোয় অনী তূমিন লৈরদি, ব্রা অমত্তা ঙাঙনখিদ্রেনা !'

'নঙদি ইহে হৈনররিরোই ঐখোয় অনীনা মৈতৈরোলনা ব্রারী শান্নবসিদা, ইতৈমা চন্দ্রিকানা ব্রারৌদনবা হায়।

'করিসু কায়দে। ঐসু নুংঙাইনা মেগাজিন পারিসিনি। ব্রারী নুংঙাইবা অমা য়াওরি শোভা দেনা ইবা।'

'ঐদি নখোয়গী ব্রারী-ব্রারাংশিংদো পাবা হৈনদে । অদুবু নখোয়গী শেভা দে অদুদি মীনা য়াম্না ঙাঙনৈকো। খরদি মথোং হুক্তমাল্লে।'

অদুদগী ঐঙোল্লোমদা ওনশিল্লকই, 'মসিগী নুপীমচা অসিসু মথোং হুক্তবা হায়গদ্রা মরাইবক থীবা হায়গদ্রা খঙদে - মপুন্সি অসি নুংঙাইফম খঙপোৎ নত্তে । অহানবা ময়ূম পাল্লুবদনা মনেম্মোক হিংচাবী অমা থোক্লুদুনা তিম্নবা য়াদদুনা খাইনরক্লে । মথংদা অমুক পাল্লুবদুনা ওহোকপা নুপা অমা ওইরম্রে - য়ু জুব্রার নুপীদা হালেংদবা নুপা ওইরমদুনা ওৎ-নৈবা খাঙবা ঙমদদুনা খাইনবা তাখি।'

মোনালিসারোমদা ঐ মুন্না য়েংই। ঙসাইমখৈ উরুদে, ফজগ্রবা মায়থোঙ অদুদা অমম্বা মমি অমা তাবগুম তৌরি। ঐগী ব্রাখলনা ওইরিগদ্রা হায়বদুদি খঙদে। খঙহৌদনা ব্রাখল অমনা ঐবু পুদুনা চৎখি কাউগে কাউগে তৌরুরবা লমদম অমদা।

নাগদোগ্রা য়ৌরে । মফম অসিদা পুংখায়মুক লেপখিবা তারি - মী খরমুক কূমথখিগনি খরমনা কাখৎলক্কনি। অব্রাংলোমদা হিমালয়গী চীংলোন ময়াম লাপ্পা উরি। গৌহাটিদনা নোং-নুংশিৎ তৌহৌরি, মফমসিদনা লৈচিন-নোংফাই ফাওবা থাংদে। অঙকপনি মহৌশা ইবেম্মা নঙগী মশান্নসিসু।

নুপা অমনা লাক্লগা ইতৈমা চন্দ্রিকাবু কৌরৈ। মনাক্তা সিট হাঙলে, ব্রারী খরা শান্নগদবা লৈ হায়দুনা লাকমিয়্নবা মন্ত্রীনা কৌরকপনি।

'দিল্লি য়ৌরগা শান্নবা য়াবসিবু, ওহোকপা হায়দুনি ! অদুদি নখোয় অনী ব্রারী শান্নহৌরোকো।' হায়রম্লগা নোকফেৎ তৌদুনা ইতৈমা চন্দ্রিকা চৎশ্রে।

ইতৈমা চন্দ্রিকানা চৎখিবগা মোনালিসানা ঐঙোন্দা হংলকই, 'বাইদেউসি, খঙবিরম্বা য়াই, থবক য়াম্না তৌবা ঙম্বা মীনি। মন্ত্রীশিংনা মাগী ব্রা য়াম্না তাবি।.... অদুবু মপুন্সিসে নুংঙাইরে হায়বদুদি নত্তে। মপূরোইবগা ক্লাক্কা শাইরোংগমক নৎত্রবসু ঈশিংগা থাউগা ওইবদি কুইরমাল্লে। মচাসু পোক্তবনিনা মথব্রায়সে শাথীনা নুংঙাইতে। মপূরোইবসু নুপী পংকোয়তা কোয়রমাল্লে ।'

মী খরা কাখৎনবা হৌরক্লে । হোরেন হৌগৎক-হৌজিনগা নুংঙাইতে হায়দুনা টোইলেট চঙথোক্লুরগে হায়দুনা হৌগত্তুনা চৎলে।

হল্লকপদা তুংলোমদগী লাপ্তক্লা উই, ইতৈমা চন্দ্রিকানা ফম্লম্বা মফম অদু নুপী অমনা শিল্লম্রে। ফৈ, নুপাদি নত্তেদনা।

নকশিলকপগা লোয়ননা ব্রাখলদা তুজুংবা অমা পোক্লকই। মতম কুইনা উনখিদ্রবা কনাগুম্বী অমগী তুংয়ান খংনীং নীংশিংলকই। মনাক্তা নকশিনবগা ব্রাখল-হকচাং শ্বাই লাউখিবা খঙহৌদে। চীন্দগী খঙহৌদনা থোকখি, 'অনুরাধা, অনুরাধা নৎত্রনে !'

মাসু খংপ্রেক খংবগুম তৌই। মুম্না য়েংলকই ।

চহী কুনলোম মতুংদনি। মানি, চহী কুনলোম মতুংদনি উম্নরিবসি। চহী মতাংগী পোৎলুম্না নল্লবসু মশক্তি পংহোং হোংদ্রি।

'কমদৌরি ? কয়াতা ঙকখ্রবনো....ইথা-থাজদনা।' হায়রকই অনুরাধানা।

'নুংঙাইরি হায়বা তাই, নঙদি কমদৌরি ?' চৎনবী পাউখুমনি, হৌনবী ব্রাহংনি।

'নুংঙাইরি। ....ইথা-থাজদনা চহী কয়াগী মতুংদনো ! দিল্লি চৎলিবনিনে ? নশা য়াম্না নোয়থোক্লে, য়াম্না চারমাল্লে ! ' মোনালিসারোমদা ওনশিল্লি, 'মিসেস সিংনা য়াম্না পীজ-পীথক তৌবিরমাল্লে। ছাত্র ওইরিঙৈদদি য়াম্না মৌখিবনি, করিমতা চাদ-থক্কবনি।'

'ঐ....।' মানা খল্লিবদো মোনালিসানা চুমথোক্লে তৌই।

'ঐ লোইনা ভাব তাজরে। অদুবু অসিদগীদি হেন্না নোয়হনবিরনুকো।'

মানা থোকপা অদুম চথৈ। ঐঙোন্দা অমুক ওনশিল্লকই, ' অদো অঙাং-কয়া লৈরে ? করি করি তন্নি ? অঙাংশিং য়ুমদা লংথোক্লম্লগা নখোয় অনী পাখং-লৈশাবী শাদুনা পংকোয়তা কোয়দুনা লৈরব্রা ?'

'ঙাইখোনে অনুরাধা ।' মাবু ব্রেক ফানবা হোৎনৈ, ' সোমগীসে মোনালিসানিনে....।'

'ফজখ্রেদা মিংসে । ব্রারৌবা য়াদেকো মিংনা মিং ফজরিবা শকনা শক হেল্লিবা !... অদো নত্তবকাদি খনবিগনুকো, ঐসে খরা ঙাঙগল্লি।'

মসিদি মানা থোকপা অদুম ঙাঙহল্লগে হায়দুনা ঐ তূমিন লৈথোক্লে। ঙাইহাক লৈরগদি তপথরক্লে - মতোমতা অদুম ঙাঙদুনা লৈবা য়াদদুনা তৌরিব্রা নৎত্রগা ঙাঙনীংঙাই লৈশিল্লক্কদুনা তৌরিব্রা হায়বদুদি খঙদে। মতাং চারনি খন্দুনা ঐনা হায়, 'য়েংঙু অনুরাধা, ইম্নাক্তা ফন্নিসে মিসেস সিং নত্তে, মোনালিসা হুসেম্নি, গৌহাটিদগী তোংলকপনি, প্লেন মনুংসিদা খঙনবনি ।'

'কনানা খঙনি, ঐদি নখোয় অনী...।' অদুদগীদি মোনালিসারোমদা ওনশিল্লি 'ব্রারৌগনুকো, পংঙাঙ ঙাঙখ্রে । ঐখোয় অদুঙৈ গৌহাটিদা লাইরিক তম্মিম্নরকপনি, অদুনা পংকোই কোইনদদুনা....।'

'ঐসু ভাব তাজরে ।' মোনালিসানা খুন্নকই । ভাব তারিবদুদি করিনো হায়বা মখা তাথরক্তে । অদুদগীদি ঐখোয় মশেন অমনা অমগী ব্রা হংনবগী মতাং। মাসু নুংঙাইবা পুন্সি মরেন অমা লেনবদি নত্তে । শিলিগুরিদা কোলেজ ওজা ওইরি। মমাগা মচানুপা অমগা লৈমিন্নরি । মাগী নুপানা অমেরিকাদা লৈ, অদুবু মরীদি লৈনদ্রে। আদা নুপী অমা লৌদুনা লৈগ্রে । মচানুপাদু দিল্লিদা লাইরিক তম্রি। অদুনা ময়ূমদা অয়াম্বা মতমদা লৈরিবসি মাগা মমাগতনি।

'করিগীনো, অঙাং অদু ননাক্তা থমদুনা তমহনবা য়াদ্রা ?' ঐনা হংই।

'ইনাক্তদি লায়রদুনা কলকতাদা ফাওবা তম্মু হায়বা য়াদে। দিল্লিতা হায়গ্রে । মতমসি ঈরাং অমনি - রাজধানীরোমদতা মায় ওন্নশিন্নগ্রে।'

'মণিপুরদসু মসিনি। হোয়দা মসিগী অফবসু লৈ।' ঐনা মখা তাথৈ।

প্লেন অদু কন্না ঙংখৎলকই। তপ্পা চৎলম্বদগী কনখৎলকই। মাইক্রোফোনদা লাউরকই - সিটবেল্ট ফাজিনবিরো, টেক ওফ তৌগদৌরে।

রন-ৱে থুংনা চেল্লুরগা প্লেন মমায় অমুক লৈশিল্লকই, অদুদগী কন্না চেল্লকই। অদুদগী অমুক তপথরকই, তপ্পা তপ্পা চঙশিল্লকই হান্না লেপ্তুনা লৈরম্বা মফম অদুব্রাইদা। মহৈ মহৈ অমগা অমগা য়েংনৈ, মপৃক্লিং মপৃক্লিংদা চিংনবা হৌরকই, ঙাওনবা হৌরকই- করিনো তৌরিসিবু য়াদ্রবা জাৎলা ?

ক্রু ময়াম কোয়চেন চেন্নবা হৌরকই। অদুনি অদানিদি হায়দে। পুংখায়মুক মতুংদা চিংনবা পূম্নমক কোকহন্দুনা লাউথোরকই - ইন্দিয়ান এয়ারলাইন্স রিগ্রেট্স টু এনাউন্স, নুংঙাইতবগা লোয়ননা লাউথোকচরি...। নপা মকোক চাও নমা মকোক চাও, হৌজিকপু ফ্লাইট কেন্সেল তৌরবা ! খোয়দৌ শাউগৎলকই, প্রোগ্রাম পূম্নমক কায়রবা ! চীনদি থোক্তে, পৃক্লিংদদি চৈবা য়াবমখৈ চৈরে।

'মখাদা লৈরিঙৈদা খঙহৌরিবসে ফরবনি, নোংথক্তা পাইরিঙৈদা ওইরম্নবনি....।' মুরুম মুরুম শোল্লকই মোনালিসানা। 'নোংথক্তা পাইরিঙৈদা য়ারক্তবদো ঐদি অমুক্তবু য়েংনীংলিয়ে।' অনুরাধানা হায়রকই।

'মদু য়েংগে হায়রবদি ইন্সিওরেন্স চাউনা তৌরম্নগা য়েংবা ফৈ।' ঐনা নোকমি নোকমি ফাগি তৌই।

'নোমিনিদো নঙবু ওইনা তৌবিরমগে,' অনুরাধানা ফাগিদো হেক্সিল্লকই।

'শেনফম অদুনা তাজমহল মচা অমা শাননবা,' মোনালিসাসু পংতা তাদে, কাপশিল্লকই।

মহৈ মহৈ মাগী মাগী মপোৎ-মচে পায়নদুনা কূমথনবা হৌরক্লে । ফাগিদো মথা চথবা য়াখিদ্রে।

লাউঞ্জদা ফমদুনা ঙাইহাক ব্রারী শানরিঙৈদা লাউথোরক্লে - ট্রানজিট পেসেঞ্জরশিং হোটেলদা পুননবা বস তৈয়ারদা লৈজরে। টিকেট এন্দোর্স তৌহল্লগা অনুরাধা চৎখ্রে। ঐখোয়সু বসতা কাখৎলে। ইতৈমা চন্দ্রিকা ঙসাইদগী উদে, মন্ত্রীগা ভি আই পি লাউঞ্জদা ব্রারী য়াম্নুনদুনা লৈখ্রবা জাৎলা !

চাউথ্রবা চীং লেমথ্রবা হোটেলনি 'সেন্টক্রেয়ার্স'। সাহেবশিংগী মতমদা শাবনি, রাজা মহারাজাগী স্টাইলদা। লৈয়ু হায়নবু তন্নন্নবদি পৈশা ইতিং তিংদনা লৈদৌরিসে ঐখোয় ময়াম ইণ্ডিয়ান এয়ারলাইন্সগী মমল য়ান্নবা অতিথি ওইনা।

রিসেপসন কাউন্টরদা কনানা করম্বা কাদা লৈগদবা শীন্দোক-শীঞ্জিন তৌবা লোইরমদাইদা ইতৈমা চন্দ্রিকা চেনশিল্লকই, হায়রৈ, 'নুপামচা থোক্লবদি নখোয় অনীগী কা অমা পীয়ু হায়য়ুদনা ।'

'ইতৈমনা ফনবা খরা শীনবিরম্মুবা, মপোক লাংওন তরেৎ ননাও কাউজরোই।'

মোমোন মোমান নোক্লকই মোনালিসা। ঐখোয় অনীনা মৈতৈরোন্দা তৌনরিবা ফাগিদো ভাব ভাদুনবু নোক্লিবরা ভাদনবু নোক্লিবরা !

মাগী মাগী কাদা ঈরু-মায়থজদুনা ঙাইহাক পোথান্নরুরগা হোটেলগী রেস্তেরাঁদা চা হাউনা থক্লা-থক্লা ব্রারী নুংঙাইনা শামিন্নরগা মপান্দা থোরক্লে ঙাইহাক্তং হব্রা চারুসি হায়দুনা।

হোটেলগী চাউরবা লম্পাক অনৌনা নাপীনা শংত্রিক শংলি, লৈকোলদা মচু মচুগী লৈরাংনা পরেং পরেং লৈকা ফম্না শাৎলি, মচু মচুগী কুরাক্লা কোয়পাই কোয়পাই পাইদুনা শান্নরি। নুমিদাং-ব্রাইরমগী নামিবনা লিরি-লিরি হুল্লি, কোকিলনা লাপুক্লা উশা অমদগী উশা অমদা হোংল-হোংলদুনা পূক্লিং মরাঙ হৌহম্না খোংলক্লি।

তাঞ্জা অদুদা হোটেল মমাঙদা টেক্সি অমা থান্নে। অনুরাধা কূমথরকই। কৈদৌরবা জাৎনো ? ঐখোয় অহুম মওং-মওং থম্নে। ঐখোয়বু উবদা চঙশিল্লকই।

'চন্দ্রিকা-দি নমস্কার।' অনুরাধানা হায়রকই।

'ঐবু করম হায়না খঙলিবা ?' নমস্কারদো ওক্লগা হংলকই ইতৈমা চন্দ্রিকানা।

'ঐদি ঙসাইনা [illegible]।'

ঙসাই ঐনা ব্রারীদা পনখিবনি। মখোয় য়াম্নমক মুম্না খঙনদ্রবসু গৌহাটিদা তন্নিঙৈদা ঐখোয় অনী ইতৈমা চন্দ্রিকাখোয়গীদা চা থকপা অমুক অনীরক্তি চৎলুবনি। অদুনা অদুঙৈগী ব্রারী হেক হৌদোকপদা নীংশিংনবা ব্রাদনা থোকখি মখোয় অনীমক্তা।

'অদো দিদি, ঙসিদি ঐখোয়গীদা লৈরুরসি। ইমানা লৌরুচো হায়দুনা থারক্লিবনি। হোটেল অচৌবসিদা পীজগদৌরিবা য়েনশাং অহাওবদুদি পীজবা ঙম্রোই, হব্রাই-চেঙব্রাই খরা চামিম্নরগা লোইরে।'

'ঐখোয় অহুম্মক করিগীনো ? পুগদবা মাতমক পুখো।'

'ঐদি অদু-অদা খঙদে। ইমানা নখোয় অহুম্মক পুরকউ হায়। মপাম লমদমগী মী ওইবদুদা চাক পীজনীংদুনা তৌরিবনি।'

'খঙলে ইবেম্মা, ইমানা অহুম্মক পুরকউ হায়রবসু নঙনা পুনীংলিবদি অমখক্তনি।' ইতৈমগী তেনদো হনবা লৈতে।

'দিদি, চৎসিবা কৈদৌগে । চৎসিবা মোনালিসা।'

'ফাগি তৌবনিদা ইবেম্মা, ঐখোয় ব্রারী অকৃপ্পা খরা শানগদবা লৈ। মন্ত্রীনা হোরেন শোয়দনা থিরক্কনি। পার্টিগী পৈশানিদো ঐখোয়না চৎখোক-চৎশিন তৌরিবসে । কোয়-খোত্তুনা লৈরগদি ঐখোয়বু করি হায়না হায়নগনি ?'

মখোয় অনী চৎসি হায়বা য়াদ্রে। ঐদি নাম্বোকপা য়াদবা লীচিং অমনা চিংদুনা চৎলোই হায়বা ঙমদ্রে।

চৎলমদাইদা ইতৈমা চন্দ্রিকানা মাগী হৌনবী ফাগিদো তৌরকই, 'বসন্ত হৌখ্রে হায়না খল্লুবসিদি অমুক লাক্রেদনা। হয়েং অয়ুক ঙন্তানা হল্লকউকো। ব্রারী পূম্নমক খোৎ-খোৎপা লীগদবনি নৎত্রবদি ঐ য়ারোইকো।'

মোমোন নোক্লকই মোনালিসা। ঐখোয় অনীসু নোকফেৎ তৌরম্লগা টেক্সিদা কাখৎতুনা থোরক্লে।

গাড়িদা ভোংনা ভোংনা খল্লকই, হোরেন অনুরাধাগী মমাদা করিনো খুমগদৌরিবা। ব্রাহং মখল-মখা কয়ামুক হংলকপা য়াই । অনুরাধাগা ঐগা ঐখোয় অনীগী হায়দোক্লখিদবা ব্রা কয়া লৈখি । অনুরাধাগী মমাগীসু হায়দোকখিদবা ব্রা কয়া লৈখি। হায়দোক্লখিদ্রবসু খঙনবা খরদি লৈখি। অদুনা মখোয় অনীগী মফমদা ঐগী ইরাললনা নৌহৌননা কদোমদগীনো শাফূ ওইদুনা ঐঙোন্দা কম্না য়ৈরকপগুম তৌরকখি।

অনুরাধাগী মমা অহন ওইরম্রে। ঐবু উবদা হরাওবনা লোইখি। অদুম্নদি ওইরগা থংনব্বা মিৎকুপ্তা পারবা লৈচিন অমনা থাজবু কুপশিখিবগুম

তৌরকখি। [illegible]— অনুরাধা নৎত্রগা ঐনা নুংঙাইরোইদবা য়াহং অমত্তা নাকচি কাংলক্তে।

নোংঙাল্লগা ঙত্তা ব্রেকফাষ্ট চারগা অনুরাধাগা ঐখোয় অনী থীছবা তৌদনা হোটেল পাংলক্রে। প্লেনগী য়ানি, থেঙবা য়াবা পোৎ নত্তে। প্রপ প্রপ তৌদুনা হোটেল য়োবদদি ময়াম অদো মায়থোঙ ইমক মকশিন্না লৈনরম্মী। ইতৈমা চন্দ্রিকাগা মোনালিসাগা নোক-খেদুনা ঐখোয়বু ঙাইদুনা লৈরমগনি খল্লম্বনি । অদুবু মখোয় অনীমক অমত্তা উদে।

রিসেপ্সোনিস্টতা হংই, ‘মখোয়বু মপান থোকখিব্রা ?’

‘য়াম্না নুংঙাইতবা থৌদোক অমা থোক্রে’ *রিসেপ্সোনিস্টনা* খুন্নমই, ‘অয়ুক ঙত্তা মেদামগী ফোন অমা লাকই। মেদামগী নুপাদো ঙরাং নুমিদাং য়াইরম মশক খঙদবা নহারোল খরনা ফাদুনা পুথ্রে হায়মাল্লে, ঈ-পাউ অমত্তা ফংদ্রি হায়রকপগুম তৌই। মহাক্তা লোয়নরকপা নুপীদুনা তম্ব পাউদু তনা-তানা মেদাম অদুম য়াম্বখিদুনা ত্তান তাখিদ্রে। খুদক্তা এম্বুলেন্স কৌদুনা হোসপিতালদা পুখৎপ্রে। মখা তাবা পাউদি ফংদ্রি।’

করিনো তারিবা পাউসিবু ! হকচাং পুম্না শ্বাই লাউখিবা খঙহৌদে। অসি ওইরে মীওইবগী অন্না-নুংঙাইগী নোংদম নাইদবা পুন্সি ঈচেল !

ঐখোয়না কুমথবতা ঙায়রিবা টেক্সি অদুদা অমুক কাখৎলে, ‘ড্রাইভর, হোসপিতাল।’

লম্বী মপান্দা হৌরিবা য়ালবা হৈনৌগী পুংলবা উশা মরক্তগী খোংলকই কোকিলনা—কুউ-উ কুউ-উ। ঙ্গাংগী কোকিল অদু ওইরিগদ্রা ? মাগীসিবু করেম্নরিব্রা ? নাকোং অসি মেনশিন্নীংলকই। ❑

*-ডিসেম্বর, ১৯৯৯*



## ও, লৈকাই লৈকাইশা তারিব্রা

কোলিং বেলদো খীংলকই। মঙলা হারা ভাব তাদে। অমুকসু খীংলকই। ঙাইহাকমুক তূমিন লৈখি। অদুদগী অমুক খীংলকই।

কনাবু ওইরিগবা, চান্নবা তৌগে হায়না তৌরিজাংলা ! না থাঙ্গৎতুনা তানবা হোৎনৈ। ঙাইহাক তূমিন্না অমুক লৈখি। অদুদগী অমুক্কসু, হন্দকমুক্তি শাংনা। অঙাও-অফে কনাবু ওইরিগবা অহিংঙ নোংয়াইসিদা ?

থংনবা কাদগী নুপীনা মখোঙ তপ্না তপ্না থাংদুনা চঙলকই মখোল থোকখিনি মতাঙুম। য়াম্না তপ্না কাংখল হাইদোক্লে। নুংশাসোর থবেৎ থবেৎ হোল্লি, অদুবু মখোন থোকখিগনি মতানি। য়াম্না মথব্রায় ব্রানা মখোল থোক্কনা হায়রকই, "তারিব্রা.... খীংলিবসে ?"

"ভায়য়ে।" ঐনা তূমিন্না খুমই।

তপ্না তপ্না ফমুংদা কাখৎলক্তুনা ফৈজুপ মনুংদা চঙলকই। মতৈ-মনাও হায়বসি অসি ওইরে, অব্রাবদসু নুংঙাইবদসু নকশিন্ননীংই। য়ুমদা লৈরিবসে ঐখোয় অনীতনি। অঙাং পূম্নমক থবক তৌবা য়াও লাইরিক তম্বা য়াও মপান্দা লৈ, মণিপুরগী মপান্দা। অদুনা মানা কা অমদা অদুগাঐনা কা অমদা। কয়াম কুইনা তূমথরুরবা খঙদে। পূংনা কয়া তারিগদবসু খঙদে।

কোলিং বেল অদো অমুক্কসু খীংলকই, হন্দক্তি য়াম্না শাংনা মকছি থাদুনা - ক্রিং ক্রিং ক্রিং ক্রিং....।

ফৈজুপ হাইদোক্লগা হৌগত্তুনা ফমই, মাসু হৌগত্তুনা ফমই। করিনো তৌগদবা ? খনফম থোক্তে। ব্রা ঙাঙনদে, মিহুন চেংগা-চেংঙুম্নরে। করিনো তৌরিবসিবু, কনাবু ওইরিগবা ? লৈকাইগী পিশক অঙাওবদুসু শিখিবা কুইরে। মাগী থব্রায়দুনা প্রেত ওইদুনা লাক্লগা অহিঙ নোংয়াইসিদা তম্বররিব্রা ? ভূত প্রেতনা তম্নবা হায়বদুবু থাজবা য়াব্রনে ! তোমচৌ য়ুঙাওবদো, মরক মরক্তা কা হেন্না থকচিল্লগা ঐঙোন্দা ওৎলবদো, মাসু ওইরগ্রোই। থরনি মমাঙদা নুমিদাং অমা খোংবান্দা ওহ্নদুনা মখোঙ তেক্তুনা ফমদা তাদুনা লৈরবনি, নহারোলনা খোংবান্দা থাদারম্বনি হায়নৈ।

কদায়দগীসু মরী-মতা মরূপ-মপাং থুংলগদবা কনাসু লৈতে। চহী খরা মমাঙ ফাওবদি মরক মরক্তা গাড়ি থেঙনা থুংলবা য়াওবদগী নুমিদাং অথেঙবদা হৌদোক্লবা য়াওখি। হৌজিক্তি লৈবাক্কী ঈরাং ফৎত্রবনিনা নুমিৎ হেক তাবগা তোংজে মরীন্দা গাড়ি চৎহনদ্রে, সিফাইনা থিংলে। অদুনা অহিঙদা কনাগুম্বা অমা থুংলবগী ৱা লৈতে। অদুগীসু মথক্তা হৌজিক্তি তেলিফোন লৈনরবনিনা কনাগুম্ব'মা লাকপা তারবসু মাঙজৌননা পাউ পীরকই। ঙসি-ঙরাংসিদি পাউ পীরকখিবা কনাসু লৈত।

মাঙোল্লোমদা মী খরা মুরুম মুরুম ঙাঙনবগুম তৌই। য়ূমগী খা-ৱাং মনীংলোমদসু মী চৎপদৌনা তৌই। করিনো তৌরিবা মতৌ অসিবু? ঐখোয় অনী খনফম থোক্তে।

মী অম-নীতদি মান্দে, খুৎপু অমা ওইনা লাকপা মাল্লি। করিগী খুৎপু ওইরিগদবা? কনাগী খুৎপু ওইরিগদবা? নহারোলগী খুৎপু ওইরিগদ্রা? অশেংবা কাঙবু ওইরগদি খরা ফৈদো, ঙাঙন-শরুবা খরমখৈদি য়াগনি। মখোয় ওইরগদি শেনথুম লৌগে হায়দুনা লাকপসু ওইরোই, লেক্কে হায়দুনা লাকপা ওইগনি। লেকহনববুদি য়াই, থোইদোকপা কায়দে। নোং-ফাদোক লেকহনবদা, নোংম-ফাদোক পীজ-পীথক তৌবদা ঐখোয়গী করিসু ময়েং তাখিগদবা লৈতে। মতমগী নুংশিৎনি লৈবাক্কী ঈরাংনি- পাম্বা খঙদে পামদবা খঙদে চেনবা য়াদে, হোয় হায়বা তাবনি। মদুদা নোংমখক্তনি হায়দুনা লৈরগা মতা অমা চাদ্রে হায়দুনা লৈথবা তারবদি কমদৌবা ! মদুসু থোক্তবা নত্তে, মরূপ-মপাংগী মচীন্দগী অদুগুম্বা কয়া তাখ্রে। অদুদগী সিফাইনা পুলিশনা খঙপ্রবদি কমদৌবা ! নিংথৌগী মনাকোংদি ফক্লাংদা য়াল্লি হায়নরিবনি। খজিক্তং নাশোন ফংখিবদা পুলিশকা সিফাইগনা কোয়শিল্লগনি, নহারোলগা খুৎ থোক্লগনি। মদুমক থোকপা তারবদি কমদৌবা? মদুমক নৎত্রবসু মখোয়না চৎপ্রবা মতুংদা পুলিশনা সিফাইনা খঙলকপা থোক্লো, ঐখোয়বু লাক্তুনা ফারগনি, ৱাহং-পাহং কয়া তৌগনি, মখোয়না পাল্লিবা পাউখুমদো ফংদ্রিবা ফাওবা ফূগনি, চৈগনি, ওৎকনি, নৈগনি—ইস্ অহনথং অসিদা ঐবু !

অমবু ওইরসু অমবু ওইরসু, অশেংবা কাঙবুদো ওইরদি খরা শাফৈদো, হায়না-তানবা খরমখৈদি য়াগনি। শেনথুম পীয়ু হায়রবসু খরা পীরগা য়াবা য়াই। হান্নসু, চহী খরা মমাঙদা, কাঙবু অমনা ডিমান্ড চাউনা তৌরকখি। ঙাঙন-শরুরগা লিশিং তরা পীখি, মখোয়সু য়াদুনা চৎখি। অদুদা অশেংবা কাঙবু নত্তদুনা অশাবা কাঙবু ওইরম্রবদি কমদৌবা? লাউবসু য়ারোই খোংবসু

য়ারোই। শেনথুম সনা-লুপা লিককোন লোইনা পুথোরকউ হায়গনি। পুথোক্লগনা ফুগনি চৈগনি, উপুগী শো পীযু হায়গনি, উপু থুগাইগনি, ফিরোল লোইনা চাইখায়গনি। মমানা মশাগী উঙ্করকপা খরদুগা মশানা চহী কুনহায়োমসিদা তেক্লি তেক্লি তৌদুনা শাজিনজবা খরদুগা, মচানুপী লৈশাবী ফারক্রে থাজ-য়েঙ্গরমদাই য়ৌরক্রে হায়দুনা লাওশিঙ্গদুনা থমজবা-নেকলেস, লৈ, খুদোপ, খুজি--ময়াম অদো লোইনা শুপখোম খোমজিন্দুনা পুম্রবদি লোইরেদকো! পেন্সনগী লুপা-পৈশা খরা পূম্না ফংবদুনা হোঙনা ফংবা লৌখরা লেপশিঙ্গহৌগে হায়দুনা ওসিতা বেক্কতগী লুপা লিশিং য়াখে লৌথোক্লদুনা থমজবনি, হয়েং অয়ুক শেন থীনগদৌরিবনি। শেন চবুন অদু থেংনদুনা পুম্রবদি, ইস্, ঐ লোইরেদকো!

হন্দক্তি থোঙদা তাইনরকই, থোঙ থীল্লকই, কন্না থীল্লকই, হায়রকই-"দরৱাজা খুলো!"

হিন্দীদা হায়রক্লবসু মৈতে মচাগী খোঙ্হোক মাল্লি। সিফাই ওইরমগনি থাজদে। সিফাইগী ফিজেৎ শেত্তুনা সিফাই শাদুনা লাক্লগা অহিঙদা মী ফাদুনা পুখিবগী, শেনথুম সনা-লিককোন লুট তৌখিবগী থৌদোক-ৱাথোক কয়া লৈত্রে। পংকুই কুইদ্রি, হপ্তামুক মমাঙদনি, ফুবালাদা লৈবা ঐগী ছাত্র ওইরম্বা মনিতোন মতৈ-মনাওনা লাক্কুনা তমলম্বদো- অহিঙ নোংয়াইদা সিফাই শাদুনা লাক্লগা মখোয়গী লৈজবা সনা, লিককোন শেন-থুম পূম্নমক নোংমৈ চীন্দোন্দা লুট তৌদুনা পুবিখিবগী ৱারী। মনিতোন ঠিকা তৌজবনি, মাগী নুপীনা করিনো সরকারগী ওফিস অমদা কিরানী ওইবনি। হৈজ-শিংজবনি খঙদে, মরাইবক চুম্লবনি খঙদে শেন-থুম খরা পায়জরবনি। ঠিকাগী বিল কায়থোক্লবা নুমিৎ অদুগী অহিঙ অদুমক্তদনি ঘটনা অদু থোকখিবা। কদোমদগী পাউ ফংদুনা লাকখিবনো খঙদে। ঐগীদা লাক্লম্মিবদুনা লৌৱায়দা লৈবা ঙম্ররোইদৌরে ইম্ফালদা মওং চাবা ইংখোল অমতং য়েনবা-খোৎপগী পাউ তাবিয়ু হায়বা লাক্লম্মিবনি। ঐখোয়সু খঙই, ইম্ফালদগী লৌৱাইদনা হেন্না ফিভম ফৎত্রে। ককচিং খুনৌগী ঐগী মন্নপ রাধামোহনদো খরা মচিঙ্গাক চাজদুনা কার অমা লোইজরম্বনি, নহারোলশিংনা লৌমনবদগী খাঙবা ঙমদদুনা য়োঙ্হোকপ্রে, স্কুটার ফাওবা থমদ্রে।

মসি ফাওবা খরা ফরি। মসিদগী হেন্না শাথীবদি—সিফাই শাদুনা লাক্লগা, অশেংবা সিফাইনসু ওইরম্বা য়াই, নৎত্রগনা নোংমৈ পায়বা শকখঙদবা নহারোলনসু লাক্লগা মী ফাদুনা পুম্নগা লোইশিনখিবগী নৎত্রগা

মাঙহনখিবগী থৌদোক কয়া অদুনি। থাংমৈবন্দগী বিজয়কুমার থিবা অদুম ফংখিদ্রিবদুনি। ঐবু হৌজিক কদায়দনো ঙাইহাক্তা থোক্লুখিসি, ব্রারী অমা শানগদবা নৈ-ককা হায়রবা তারদি কমদৌবা! অহিঙ নোংয়াইসিদা নোংমৈ চীন্দোন্দা ঐ চত্তবসু য়ারোই। অদু ওইরদি ঐ লোইরেদকো। নোংঙাল্লগা লম্পাক অমদা তাদুনা লৈরম্রে হায়দুনা ব্রা-ব্রা লাউনরকপা, ইস্! নুপীনা খবরগী থোঙদা নোক্লুক্লা হায়জগনি-'ইরৈবাক্তী ইরমদমগী য়াইফনবা থৌদাংনা মশিঙাং ওইরিবা নুংশিরবা ইচা-ইনাওশিংনা ঐগী ইপূরোইবগী মরাল করিনো হায়বদো চানবিদুনা শেংদোকপিরকউ।— লুখ্রাপীংদা চলহনবিরবী লৈখিদ্রবগী তালোই শ্রীমতী....।' ইস্! ঐবুদি পাবা ফংলরোই। অতৈনবুদি পানবা য়াওগনি। শেংদোকফম থোকপা মখোয়সু পাগনি। অদুবু শেংদোরকদ্রনে? কনাগী মতাংদা শেংদোরকপা য়াওদ্রবগে? ইবোতোম্বী, ইবোমচা, বীরেন, বিধু- মখোয়গী মতাংদা শেংদোরকখিদ্রনে? মতম খরা লৈরগা ময়াম্না মখোয়বু অদুম কাউনখি, মচা-কায়নরবী মমা ওইবীগী, মপূরোইবা কায়নরবী তালোইগী, মপা কায়নরবা মচাশিংগী মিৎলু-পিরাংতনি কংদ্রিবা। হোয়, কনা কনাগুম্বগী মতাংদা শেংদোরকপা য়াওখি- সিফাইদা লোম্না লোম্না পাউ পীরম্মী, য়াওল্লোইশিংবু উশিৎ-থৌওইদনা হুম্ন-হুম্নদুনা ঙাঙলম্মী-অদুনা অহকপা চৈরাক পীবনি অসিনচিংবা। হাঙোকপিরবা কনানা মঙোন্দা শীরিবা মরাল অদু চুমই-চুমদে হায়না য়েৎলবা য়াওদ্রবগে? ঐঙোন্দসু অদুগুম্বা মরাল অমা থঙজিনবিদুনা অহকপা চৈরাক পীরমবদা ঐনা হিংগৎলক্তুনা শেংদোক্লবা ঙমগদ্রা?

ঐবু কনাগী করি অকায়বা তৌদ্রবগে? তৌখিদেনা, কনাগীসু নুপী-নহা নৎত্রগা লৌরী-শীংজা কাদা নত্তবা তৌখিবা লৈতেনা। য়াওল্লোই নৎত্রগা য়াওল্লুপ কনাগীসু মরমদা করিগুম্বা অকায়বা চৎখিবা লৈতে, মখোয়গী মরমদা ফৈ-ফত্তে হায়বফাও হায়খিবা লৈতে, হায়নীংলবসু হায়বা ঙমখিদে। হোয়, য়াওল্লুপ য়াওখিবা ঐগী ছাত্র খরদা ঐনা হায়খিবদি য়াওখি মখোয়না য়ুমদা লাক্তুনা ব্রারী শান্নরবা মতমদা—ব্রাখল মুম্না তৌ, খুৎলাই পায়দুনা হেক্তা লালহৌবা হায়বসে ব্রাখল মুম্না তৌরগা তৌবা ফৈ। ঐঙোন্দা খুরুম্নগা বোর নীদুনা চৎখি মখোয়দো—দিলীপ, রাজেন, ইবোচৌবা, ইবোহল—মখোয়দো মরক-মরক্তা নীংশিংলকই। নুংঙাইতে, লৈখিদবা কয়াসু য়াওখ্রে মখোয়গী মরক্তগী ফনা য়াম্না।

মমাঙথোঙ অদো অমুক্কসু কম্না থীনগৎলকই, হন্দক্তি খোনসু কনখৎলকই, "দররাজা খুলো, নহীতো তোর দূংগা।"

হন্দক্তি ঐখোয় অনীমক থোঙজিন মনাক্তা চঙশিল্লে, মানা মাঙদা ঐনা তুংদা। মসিগুম্বা মতাংদদি নুপীনা মাঙ থাবগী কান্নবা খরসু লৈ, নুপীদদি হেক-হাক যুব-চৈবা তৌরোই, ঐগীসু নাখন ওইগনি। খঙদে, লান্দা মাঙ থানীংদবগী পূকচেল শিকপা অমসু ঐঙোন্দা য়াওখিত্রা ! ঐখোয় অনী হায়নদে, ভাবতি তানে। মখোল তনিক-তনিক কপ্লি কপ্লি মপানগী কাঙবুদুদা মানা হায়, "ইচাশা, নখোয়বু কনানো, নশক শেংনা অমুক্তা তাকউ।"

মপান্দগী লাউরকই, "দরব্রাজা খুলো, হম বোলতা হৈ দরব্রাজা খুলো।" হিন্দীদো হিন্দী লোনবা কাঙবুগী খোঙ্হোক মান্দে। অদুনা চিংনদবা ঙমদে।

অঙাং ওইরিঙৈদা ইবোক্লা ফুঙ্গাব্রারী লীবিবদা হায়বদো নীংশিংলকই 'ইমা মখোল মান্দে থোঙ হাংলোই।, অদুবু হাংদবা ঙমখিদে, নোংমদি থোঙ হাংবা তাখি। ঐখোয়গীসু থোঙ থীল্লিবা কাঙবু অদুনা তোয়না ধমকা তৌরকই, লাউরকই 'দরব্রাজা তোর দূংগা!'

মখোয়গীসিবু চান্নবা সিফাই ওইরিগত্রা ! সিফাই অফবা ওইরন্নদি ফেকো। অদুনত্তদুনা য়ু-ঙাওবা কাঙবু ওইরমদুনা নাতৈ চাদবা থবক কয়া তৌরন্নবদি কমদৌবা ? ঐখোয় অনীতনি লৈরিবসে। চেক তৌবগী নামাদা উপু-নুংবু হাংদোক্তুনা শেন-থুম সনা-লিককোন খুৎচপ-নাচপ তৌখিবগী থৌদোক-ব্রাথোক কয়া লৈপ্প্রবনি। থাজনীংঙাই লৈতে কনাবুসু অহিঙ নোংয়াইসিদা । সিফাইসু মীনি, তাঞ্জা ফংলবদি করিগী লোম্না য়েপশিল্লোই! শেনথুম সনা-লিককোন য়েপশিনখিবদি খরবু ফরি, অদু নত্তদুনা নুপী-নহাদা কা-হেনবা শাগী শাজৎ চৎলন্নবদি কমদৌবা ? লৈরিবসে ঐখোয় অনীতনি। ঐবু ইখোঙ-ইখুৎ পুনশিল্লগা ইমাঙমক্তদা ঐগী নুপীবু....। ওইথোক্লোই হায়বা য়াদে। অদুগুম্বা নমজা-নমথেক্তী ঘটনা কয়া থোকপ্রবনি। কুইদ্রি, ইনক-হেক নক্লা তাকয়েলদা মৌনহা অমা মপুরোইবগী মমাঙমক্তদা থোকখিবা ঘটনা অদো। করিদি উপায় লৈ, খুৎলায় পায়বগা পায়দবগা ?

লৈকাইগী মৈরাপায়বীশিংদো নীংশিংলকই। মখোয়দুবু মমিৎ-মনা য়াম্না শিংবদাইনে, মরীংজেন মথৌন্না য়াম্না লৈবদাইনে। করিনোমা তৌরে তাবগা খুটি পোস্টতা কাং-কাং য়ৈদুনা ময়াম কৌবদাইনে। সিফাইনা মীচম ফাবদা মখোয়না মুলহৌবা ঙম্বদাইনে। অদুবু তৌরিসে, হৌজিক হৌজিকমক থোঙ থীল্লরিবসে মখোয় কনামতা খঙন্রবা জাৎলা, কনামতা তান্রবা জাৎলা ? লোইনা তুম্মন্রবা জাৎলা ? পূংবু কয়া তাররিগদবা !

হন্দক্তি চান্নবা য়ুহারাবদৌনা তৌরকই, দং-দং থোঙদো ফৃগাইগদগী মতাঙুম থীল্লকই, য়ূম থক থক নীক্লকই। নুংশাসোর থবেৎ থবেৎ নুপীনা মখোল তনিক তনিক পিরাং শিহনা হায়জে, "ইচাশা, নথোয়বু কনানো ? শেংনা হায়ুনে। অহিঙ নোংয়াইসিদা করি থবক্তীনো ?" মাগী ইপাই হৌবগী লাইনা অদো কাঙলক্লগদ্রা কিরকই।

মপান্দগী লাউরকই, "আর্মি হৈ, দরব্রাজা খুলো নহীতো তোর দৃংগা।"

নোংমৈ কাপ্ত-কাপশিল্লক্ল গদবা মাল্লি। জ্ঞান-মেন তারক্তে, ব্রাখল খনফম থোরক্তে। দং লাউনা নোংমৈ কাপশিল্লক্লবদি কমদৌবা! শিবগা চঙবগা খেন্নরিবসি মিৎকৃপ অমত্তনি, শম্মা মফৈ অমত্তনি। উপায় লৈতদুনা শির-শি চংঙ-চঙ য়ুল্লোম্নবা তাননবা লাউই-"ও লৈকাই লৈকাইশা তারিব্রা ? ও লৈকাই লৈকাইশা....!"

অহিঙ নোংয়াইদুদা ঐনা লাউরিবদো য়ুম্মোম্নবশিংনা তারমগদ্রা তারব্রোইদ্রা খঙদে। ঐনদি কম্মা লাউরি খোয়দৌ ফৃকপমখৈ, অদুবু ঐগী খোঞ্জেলদো থোক্লিগদ্রা থোক্লিরোইদ্রদি খঙদে। মঙদা শামু লমশানা তাম্নবদা ইকছী থোক্লা লাউরবসু কনামতনা তাবিদবা অদুম হায়না তৌরবা জাৎলা!

শির-শি চংঙ-চঙ থোঙনাউগী পর্দা হাইফেৎ কাঙদুনা য়েংই- মাঙ্গোন্দা সিফাইগী সিফাই ঙাক্তা, নোংমৈ তমদুনা রেডিদা। মতাংসিদবু করি তৌনীংঙাই লৈরি ? কাল্লে ফৃ কান্দ্রে ফৃ, থোঙ হাংদোকপা তাবনি। অদুবু থোঙ হাংদোক্লে হেক তৌবদা নুপীনা খুৎ পায়দুনা খাল্লকই। অদুদগীদি খঙহৌদনা মশা ইলেক-লেকথরক্তুনা লৈমায়দা তুথখি।

নোংমৈগী বটনা মপান্দগী থোঙদা দং-দং শৃজিল্লকই, য়ূম থক্ থক্ নীক্লকই। ঐ থোঙ হাংদোক্লদ্রা নুপীবু লায়কম্নকদ্রা তৌফম খঙলক্তে। ❑

*-জানুব্রারি, ২০০০*



# দশাদা ব্রাইরু

গৌহাটিদা ট্রেন অদুনা থুংলবদা নোংয়াই মতুং পূং অময়োম তারে। কোকরাঝার য়ৌরমদাইদা বোড়ো লালহৌবশিংনা রেললম্বী কাপখায়রম্বদগী নোংমা পূরা-পূরী লম্বীদা পনবা তাখিবনি। য়াম্না শাথীনবুদি শোকহৌদ্রে। অদুবু শেমজিন-শাজিনবদদি মতম হেক্তা চণ্ডখি।

ঙরাং অয়ুক গৌহাটিদগী প্লেন্না পাইবগী ব্রানি। দিল্লিদগী টিকেট কল্লকলবনি, কনফার্ম টিকেটনি, অনাবা য়াওবনিনা শোয়দনবা তৌবা তাবনি। অদুবু মতম চানা গৌহাটিদা থুংলবা ঙমদ্রবনিনা প্লেনগী টিকেটতো মাঙজরে। মী অনীগী টিকেটনি গৌহাটিদগী ইম্ফাল ফাওবগী। শেনথুম পণ্ডথোক থোক্তবা কাণ্ডবুদদি য়ামদ্রবা শেনফম্নি। খণ্ডদে লালহৌবগী দৈরাংসে করম্বা কান্দা ফগদৌরিবা, খল্লকই বিপিন মতোমতা।

নোংয়াই মতুংসিদা কদায়দনো চৎলুগদবা মমা অনাবী অসি পুরগা। অনকপা হোটেল অমদা চংপা নত্তনদি উপায় লৈতে। মদুসু পৈশা য়াম্বা হোটেলদদি ঙম্বা পোৎ নত্তে, শেন-থুম চিশিল্লক্লে।

রিক্সা অমা কৌদুনা পোৎচেদো থাঙৎলে। মহে মহে কোয়লাং লাঙনৈ, কোয়চেন চেম্নৈ, নংহৌরোইদগী মতানি। রিক্সাব্রালাদুসু ঙাইঙমদবা মাল্লি, তফিং তফিং হায়রকই, "য়াম্না থুনা তৌবিয়ু, কার্ফিউ হৌগদবা পূং অমরোমতা ঙায়রে।"

"করিগী কার্ফিউ ?" মশা পূম্বা শ্বাই লাউই। হৌজিকপু গৌহাটিদা পল্লদুনা লৈবা তারবদি লোইরে। শেনথুম লৌইশিল্লক্লবনি, অদুগী মথক্তা মমাগী ফিভম অসিদা য়াম্না থুনা য়ুম য়ৌদবা য়াদ্রবনি। দিল্লিদগী 'এইমস্' কী ডাক্তরনা হায়রক্লবনি, য়াম্না থুনা য়ুম য়ৌনবা তৌ। মশাবুদি খণ্ডহন্দ্রিবনি। অদুবু ট্রেনদা লাক্লা লাক্লা মমাগী হকচাংসে অসুক্কী মতীক চোকথরক্লে হায়বসি মহাক খণ্ডই।

"পব্লিক কার্ফিউনি, পূং নীফু-নিপালগী।" রিক্সাব্রালাদুনা খুল্লকই।

ঙসাই ট্রেনদা পেসেঞ্জর খরনা ব্রারী শাম্নবদো হাইফেৎ তাখি। হাম্না

তৌখিবা কার্ফিউগী ৱারী ওইরমাল্লে খন্দুনা থৌওইনা তারুদে। ষ্ট্রাইক-বন্দ-কার্ফিউগী হায়বসিদি অৱাং-নোংপোক লমদম অসিদা চনাং-খনাংনৱবনি। লমদম অসিদা অতৈমক নংত্রবসু ষ্ট্রাইক-বন্দ-কার্ফিউদি ওল্লোক্লা মরাঙ কায়খ্রে।

লম্বীদা মী পূম্নমক চরাং মশা পাইনবদুমঙাই—'কার্ফিউ হৌদোরে কার্ফিউ হৌদোরে।' লোইনা মীপাইনবা ঙাক্তা। নহানমখেগা মান্নদে হায়বসি মহাকসু ট্রেনদা তোংনা তোংনা খল্লকপনি। নহানমখেদি ইম্ফাল, শিলচর, আইজোলনচিংবা অরাপ-অপাপ্পদা চংকদবা বসশিংগী টিকেট-কাউন্টরগী এজেন্টশিংনা ট্রেন মনুংদা পাইশিল্লকপনি গৌহাটি য়ৌদ্রিঙৈ ফনা লাপ্লিঙৈদগী লাইফমদা তীর্থ যাত্রীশিংবু ফাননবা পাগুশিংনা তৌবগুম। মখোয়গী মরক্তা মৈতৈ মচাসু আসামীসু বাংগালীসু য়াওই মখোয়না খঙদবা লোন লৈতে - মৈতৈরোল, আসামী, বাংলা, হিন্দী, ইংরাজি .... অতৈসু খঙলম্বা য়াই। মখোয়গী শিনফমসিদা লোন খঙদবা য়াপোৎ নত্তে। যাত্রী ফাননবা লোনগী শুঙ্কৎয়াই অমা লৈ।

ত্তান খংতা তারকই বিপিন, মশাগী ৱা তোকথোক্তুনা কয়াতনো মীগী ৱা খল্লুরিবা !

অহিঙ নোংয়াই মতুং অদুদা হোটেলদা সিট ফংবা অরায়বা নত্তে। অমদা হংঙুই—সিট হাংদ্রে, অমদা হংঙুই—সোরি, অমদা চৎলুই—ৱারৌবিবা য়াদে। কাইনথংদা, উচিন-নাচিন্না কাচিন হাইজিল্লপ তৌবা হোটেল অমদা কা মচা অমা ফংলে। হয়েংদি কার্ফিউনা মরম ওইদুনা গাড়ী অমত্তা চেল্লোইদবনিনা ট্রেনদা থুংলবা অরাপ্পদা চংকদবা মী পূম্নমক হোটেলরোমদা হাইজিন্নবা তাবনি, চেনশিন্নবা তাবনি, মদু নত্তনা উপায় লৈতে। চহী খরসিদা হোটেল ফনা য়াম্না চোংথোরক্লবনি গৌহাটিসিদা, স্টেশন ময়া অসিদদি চেংগুম শৌবগুম শৌগৎলক্রবনি, অদুবু অয়াম্বা মতমদা অদুম চিল্লি। মরম অমগীনি খঙদে, অমগীনি খঙদে, চখোক-চৎশিন তৌবা মীগী মশীংসে ফনা শাথীনা হেঙ্গৎলবা জাৎনি।

পোৎ-চৈ থাংদরগা রিক্সাৱালাদুদা হংঙি, "কয়া লৌগনি ?"

নোংয়াই মতুংগী অমদি কার্ফিউ নকশিল্লকপগী খুদোংচাবা লৌদুনা রিক্সাৱালাদুনা করিমত্তা চিংনদনা হায়রকই, "পচাশ রুপিয়া।"

"লুপা তরামুক্কী মফমদা পচাশ রুপিয়া !" শাউনীংমনখ্রদুনা মচীন্দগী থোকখি – "নখোয়সে মপোক মপোক খুদিংদা অদুম রিক্সাৱালা ওইনা পোকপা ওইয়ুকো।" অদুবু অদুঙৈগী দুর্বাশা অদুমক্তি নত্তবনিনা অভিশাপ অদো নুংদা ঈশিং চাইবগুম্বনি। রিক্সাৱালাদুদি মৈতৈরোল খঙদবনিনা মানা

নমদুনা লৌবা ঙম্বগী নুংঙাইবা অমগা লোয়ননা মপুক্লিং নোকফেং নোকফেং তৌদুনা ময়ায় লৈদুনা চৎখ্রে।

হোটেলগী কা মচা অদুদা মমাগী ফম থাবিরগা হীপথহল্লে। নোংঙাল্লমদাই অদুদা মহাকসু ঙাইহাক পোখানবা তূমথগে তৌবগা মমাদো ওক্ ওক্ তৌরকই। ফনা য়াম্না হন্দোক্লে। মমানা হৌগত্তুনা শেংদোক্কদগী তৌই, মচানুপা ওইরবসু অসিগুম্বা থবকসিদি নুপানা তৌহন্নীংদে, মৈতৈ ইমুংগী চৎনবীদো ফনা শোল্লবসু থাদোকপা ঙমদে। থাদোকপা নুংঙাইজদে। অদুবু মচানুপানা য়াদবদগী মমাদো হৌগৎত্রে। ট্রেনদা কুইনা তোংলকপগী মকোক ঙাওবা ওইরমগনি। দিল্লিদসু অসুম হায়না মরক মরম্ভা হন্দোকই। মদোমচানা পোকপা মচানুপী অমা দিল্লিদা লাইরিক তম্লিবী অদুসু শেন্নবা য়াওবনিনা অসিগুম্বা সেবা-সেবিদা থোইনা খল্লুদে। য়ুম তাম্না থিনবসে মাসু য়াওনীংলম্বনি, অদুদা মাগী পরীক্ষা নকশিল্লকপদুদা খন্নবমখৈ খন্নরগা লৈহৌরবনি। ট্রেনদা সেকেন্দ ক্লাস এ-সিগী টিকেট ফংলবদুনা করি থোইদোকপা তৌরোই খন্দুনা মমা-মচাতা লাকখিবনি।

ঙাইহাক লৈরগা মমাদো তূমথবগুম তৌগ্রে। অদুবু ঙহাক্তং থাদোক্তুনা মপান্দা থোকপদি ঙমদ্রে। থোঙ তপ্না হাংদোক্তুনা মপান্দা থোক্লগা য়েংই কনাগুম্বা খঙন-চান্নবা মীশক-কা থেংনব্রা হায়দুনা। হোটেলগী এটেন্দেন্ট অমা লাকই। মঙোন্দা চা ফোঙ-ফোঙ শাবা অমত্তং পুরকউ হায়রগা হংঙি – "মৈতৈমচা লৈব-লাকপা য়াওব্রা ? য়াওরবদি অমত্তং খন্না থাবিরকউ।"

ঙাইহাক লৈরগা এটেন্দেন্ট অদো চা পুরক্তুনা পীরম্মী, অদুগা হায়রম্মী, --"মৈতৈমচা অমদা হায়জরম্নবনি। মহাক ঈরুজহৌরি, ঈরুজবা লোইরগা লাক্লে হায়রকই।"

মহাক্না কা মনুংদা চংঙকপদা মমাদো মিৎকপ থোক্লকই। মমাদা হংঙি, "করি চানীংই ইমা, শঙোম থক্লীংব্রা ?"

"করিমত্তা চানীং-থক্লীংদে, কোকসি ঙাওবা ফৎত্রি।" মমানা খুম্নকই। থোঙদা কনানো অমনা থীল্লকই। থোঙ হেক হাংদোকপগা পাথংমচা অমা চঙলকই – মশা নাল্লি, মমিৎ মনা শিংনা উই।

"লেঙশিল্লকউ ইবুংঙো," বিপিন্না তরাম্না কৌশিল্লি।

"সোরি, মোই মণিপুরী নোহোও।" আসামী লোন্দা পাথংমচা অদুনা হায়রকই, "ব্রারৌবা য়াদে, ঐনা দিস্টর্ব তৌজগ্রে।" হায়রম্নগা চৎখ্রে।

*আসামী মরক্তা মীতৈমচা মানবা য়াম্না য়াওই, অদুনা করি করিগুম্বা মতমদা অসিগুম্বসি থোকই। বিপিন হান্নসু থেংনম্লবনি।*

*মমাদো ঙাইহাক ঈংথবগুম উবদুদা হায়, "ইমা ঐ মৈতৈমচা অমত্তং থিরুখিগে, অদুগা লম্বীগী ঈ-পাউসু লৌরুখিগে।" হায়দ্রগা থোরক্লে।*

গ্রাউন্দ ফ্লোরদা লৈরিবা রিসেপসন কাউন্টরদা ঈ-পাউ ফংবা য়াই হায়দুনা চঙলে। রিসেপসনিস্ট নুপীমচা অদুনা হংঙকই, "ঙরাং থুংবিরবা ওইবিরব্রা?"

নুপীমচাদুনা মৈতৈরোলনা হংলকপদুনা বিপিন ঙকসু ঙকখ্রে, নুংসু নুংঙাইরে। ঙাইহাক্কী মমাঙদা মীতৈমচা ওইরমাল্লে খন্দুনা আসামী পাখংমচাদুদা মৈতৈরোলনা হংলুবদুগী পারা অদু কাউদ্রিবনি। নুপীমচাদো শেলব্রার-কমিজ শেৎলি, পাতক চেংতকই, মায়থোঙ রাশি লৈ – লোনদি মৈতৈরোলতা নত্তে, ঙাইহাক্তুদা আসামীসু বাংলাসু হিন্দীসু ইংরাজিসু। গৌহাটি নংত্রগা শিলচররোমদগী ওইরম্বা তাই, হোজাইরোমদগীসু ওইরম্বা য়াই। হৌজিক্তি গোহাটিগী হোটেল অয়াম্বদা মৈতৈমচা অমা-নী য়াওবা অদুম থেংনরে। হোটেল মপূশিংগীনা মৈতৈমচা কাস্টমরশিং ফাবদা ওইজবা, মীতৈমচা থবক তৌজরিবা খরদুগীনা হিংননবগী লানফমদা কান্নজবা।

নুপীমচাদুদগী খঙলে – কার্ফিউ নুমিৎ নীনিনি, ঙসিগা হয়েংগা, যোরহাট মনাক্তা সিফাইনা মখুৎ চল্লবা নহা অনী কাপতুনা হাৎখিবগী প্রতিবাদ তৌবা ওইনা উল্ফানা কৌবা পাব্লিক কার্ফিউনি। লালহৌলূপ অমনা কৌবা কার্ফিউনিনা লম্বী-লমজাওদা তূমিৎ-কাঙ অমা ফাওবা পাইথোরকপগী ব্রা লৈতে, পুলিসকা সিফাইগতনি উরিবা।

মমা অনাবী অমা লৈহৌরিবনিনা বিপিন লিফ্‌টতা প্রপ প্রপ কাখৎলক্লে। কা মনুংদা চঙবগা পাখংমচা অমা ফমদুনা লৈরম্মী, মমাগা ব্রারী শান্নরম্মী।

"ইবুঙোসু ঙরাং ট্রেনদা থুংলবরা ?" বিপিন্না হংঙি।

"নচ্চদে তামো, ইম্ফাল-গৌহাটি চৎথোক-চৎশিন তৌদুনা কারবার মচা-মগুখরা তৌদুনা লৈজবনি।"

"য়াম্না নুংঙাইজরে ইবুঙো। মৈতৈমচা অমতং উনরবদি হায়দুনা হোটেলগী এটেণ্ডেন্টদুদা হায়জখিবনি। ইমাসে ঙসাইদি ফর-ফর হাইদুনা তৌফম খঙলুদ্রে। নুমিৎ নীনিসিদি ইবুঙোসু চখোক্লোইদবনিনা ইবুঙোদা খরা য়েৎচবা তারে।"

"এ করি ব্রানো ! য়েৎপনি হায়না লৌবিগনু। অব্রা-অনা হায়বসিদি মতেঙ পাংনবা তাবনি। অদুবু তৌনদ্রি করি ব্রানো !"

পাখংমচা অদো মশা নাল্লি, চষ্টী কুনমরি-মঙারোমগী মাল্লি, ৱাঙাং-শঙাংসু হৈ, ৱারী শানবা লুংঙাইগদবা মাল্লি। চখোক-চৎশিন তৌদুনা কারবার তৌবনিনা মমিৎ মনাসু শিংনা উই।

"য়াম্না ফগ্রে ইবুঙোনা তৌরিবদো। সরকারগী থবক তাম্নদুনা লৈরিঙৈদা কক্ঙাওনবনা হাল্লক্কদগী শরুকপুদি হিংননবা লম্বী অমা মতম লৈরিঙৈদা থিদুনা তৌরিবসে য়াম্না ফখ্রবনি।" বিপিন্না পাখংমচা অদুবু থাগৎলি।

ৱারী শাবদগী খঙবা ঙম্রে – পাখংমচা অদুগী মমিং রণজিৎ কৌই, ময়ূম ইম্ফালগী নাউরেম লৈকাইদনি। মাগী কারবার হায়ববু গৌহাটিরোমদগী অহোঙ-অচাও মণিপুররোমদা পুথোরকপা, অদুগা মণিপুরোমদগীনা গৌহাটিরোমদা পুশিল্লকপা অসিনি।

"ইবুঙো বিজ্রা মাল-ককাদি তৌরুনুকো। মখোয়গী গঞ্জা, নম্বর ফোর ..... অদু অদা-কা হায়বদো কভীদসু তৌরোইদবনি।" খরা অহন ওইবগী হৌনবী বিপিন্না পাউতাক পী।

পাখংমচাদো ঙাইহাক ফন্রম্মগা চৎম্রে।

নুমিদাং চাক-ঈশিং চাবা লোইরগা অমুক লাক্লে।

"ইবুঙো, কমদৌনি' সিদি ? হংচিৎসু গাড়ী চৎলোইদৌরিমাল্লে।" বিপিন্না নুমিদাং-ৱাইরম ফংলকপা পাউদো তমই। হংচিৎনা কর্বি আংলোং বন্দ—লালহৌবা কাঙবু অমনা কৌবনি হায়, মখোয়গা মরী লৈনবা অফোঙবা কাঙবুনা কৌবনিসু হায় – বিপিন চপ চাবদি খঙলক্তে। মথংগী নুমিৎ অদুনমুক মণিপুর বন্দ কৌরি হায় – রিসেপসন কাউন্টরদগী তারকপনি। ছাত্রগী সংস্থান অমনা কৌবা ওইরমাল্লে। অদুনদি নুমিৎ মরি -মঙানিরোম চৎপা য়াররোইদৌরি।

"খঙদেদা ইবুঙো," বিপিন্না শমথরকই। "মখোয়না বন্দ স্ট্রাইক ব্লোকেদনচিংবা তোয়না ভোয়না কৌবদগী প্রজাশিংনা ৱারিবসি সুকউ উদবরা করিনো খঙদে। মরম চায় খঙদে চাদে খঙদে, অমগীসু বন্দ অদুগীসু স্ট্রাইক অদাগীসু ব্লোকেদ। প্রজাশিংদি লোইরে, মরূ ওইনা নোংম-নোংমগী শূজ-নোমজরগা চাজরিবা লাইরবা প্রজাশিংদি লোইরে। নহারোলসু অদুমঙাই, ছাত্রশিংসু 'দুমঙাই, সরকারগী কর্মচাশিংসু 'দুমঙাই – ভাব ইতা তাদে।" বিপিনগী হৌনবীদো তৌপ্রে, ৱা ঙাঙবা হৌপ্রগা লোইশিনবা নাইদবদো।

পাখংমচা অদুসু অদুম তায়। বিপিন্না মখা অমুক তাথরকই, "লৈবাক্কী য়াইফনবনি হায়দুনা খুৎলাই পায়দুনা লালহৌরিবা নহারোলশিংসে য়েঙুনে, বন্দ-স্ট্রাইক-ব্লোকেদনা লাইববা প্রজাবু শাথীনা ৱাহল্লি হায়বসি খঙলিবনি ,

অদুবু কনামতনা মসি ম্লোকেদ তৌবা য়ারোই হায়না থিংদে। মখোয়নবু থিংগে হায়রবদি থিংবা ঙম্লিবনি। অদু ওইরবদি প্রজাশিংনা মখোয়বু নুংশিরোইদ্রা হায়বা। ঐদি ইচিন্নাও ফমদুনা ঙাঙনরিবা অসুম হায়না মখোয়দুগা অমুক্তংবু ঙাঙননীংঙিয়ে। মচীন্দদি করাপসন তৌবা য়ারোই হায়না লাউরি, অদুগা করাপসন চাউনা তৌরিবা মন্ত্রি, ওফিসার, থিকাদার, কারবার চাউনা তৌবা মহাজন – মখোয়দগীদি শেনখায় চাউনা চাউনা লৌরি, নমদুননি খঙদে হাদুননি খঙদে। সুম হায়না তৌরগবু করাপসন থিংবা য়াগদ্রনে, হেন্নদুম করাপসন থৌগৎপা ওইনা থোক্লিবসিনি। খঙদে মখোয়না তৌরিবসে করিনো হায়বা। ইবুঙো নখোয়না অদুগুম্বদুদা য়াওদ্রিবসে থাগনীংঙাইনি। নঙগী কারবারদুদা মায়পুননা হোৎনৌ, মরাইনা মী ওইজনি ইনাওসিদি।"

তাঞ্জাদুদা মমাদো ওক্ ওক্ তৌরকই। পাখংমচাদুনা বাথরুমদা চেনশিনখিদুনা প্লাস্টিক বাল্‌টিন অমা পুথোরক্তুনা মদুদা হন্দোকহল্লে। ঙাইহাক্কী মমাঙদা চাখিবা থকখিবা পূম্নমক্তো হন্দোরক্লে। মমাদো ফনা কম্না হাইবা হৌরকই, মথবাক চাকই খাঙবা ঙমদ্রে হায়দুনা ফর-ফর ওল্লকই। অহিঙ চুপ্পদো মখোয় অনী চঙদুনা ফনা কম্না হোৎনৈ, অদুবু মমাদো ঙাইহাক্তা পোখাহনবদি ঙমদ্রে, মখোয় অনীসু ঙাইহাক্তা পোখাদ্রে।

নোংঙাল্লগা মখোয় অনী তাম্নরে, ফিভম অসিদা হোসপিতালদা পুবনদি ফরে। অদুবু কার্ফিউ মরকসিদা করম হায়না পুগনি। অদুগী মথক্তা বিপিন্না ব্রারিবসি শেনগী মতাংদনি। হৌজিক হৌজিক শেন য়াম্না চঙবা তারবদি কদায়দগী পুথোক্কনি !

মেডিকেল কোলেজতা হায়রুদুনা থোইনা কান্নগনি হায়বা থাজদে, রণজিৎনা মাগী মোত ফোঙদোরকই। কার্ফিউনিনা এম্বুলেন্সকী ড্রইভর লাকইগা লাক্তেগা তৌরকপা য়াই। অদুগী শরুকপুদি থোইনা ঙাইনরোইদবা প্রাইভেট হোসপিতাল 'নিউ লাইফ' তা হেক্তা টেলিফোন তৌথ্রসি হায়দুনা মখোয় অনী লেপ্পরে। শেনগী ব্রাদুসু রণজিৎতা শেংনা তম্রে।

"তামো, তৌদবা য়াত্রা ? ননাওদা নৈজরিবা খরা পুথোক্তুনা হোৎনবা তারেদনা।" মব্রাহৈদো তাবদা হান্না নুংশিরম্বদগী রণজিৎপু খংহেন হেন্না নুংশিরকই।

"করিমতা চিংনগনু ইবুঙো, য়ূম হেক য়ৌবগা ইনাওগী শেন লোইনা শিংগনি।" মচীন্দা থোক্লা হায়দ্রবসু মপূক্লিংদা নুংশিনা শোল্লি – ওহোক্লা মীনুংশি খঙম্রেদকো ইবুঙো নঙসে নুংঙাই য়াইফবা ওইয়ুকো হায়না আশীর্বাদ তৌই।

টেলিফোন তৌখিবগা থীহ্নদনা এম্বুলেন্স লাক্তুনা মখোয় অনী মমাবু পুদুনা হোসপিতাল চৎলে। ডাক্তরনা নুংশাসোর হোনবদা ব্লারিবদো খরা ফননবা ওক্সিজেন পীরে। হান্নগী চে-চাং লোইনা য়েংলে, অমুক হন্না চেক তৌবা য়াবা তৌরগা ঈ লিক্লি অনী কাপত্রদি য়াররোই হায়রে। বিপিনগীদি মমানিনা পীবা তাবনি। রণজিৎসু ঈ পীগনি হায়দুনা হারাও-হরাও তৌরক্লে, "হৌজিকপু ঐখোয় অনী নত্তনা কদায়দগী ঈ থিরুগনি।"

নুমিৎ চুপ্পদো মমাগী ফিভম ইহোং হোংদে, হাই-হুম্বদুদি খরা ফবা মাল্লি। মথংগী নুমিৎ অদুসু ফিভম পংহোং হোংদ্রে।

নুমিদাং-ব্রাইরমদো রনজিৎনা হায়রকই, "তামো, ঐ ঙসিদি মরূপ অমা উন্নসি হায়নখি, অদুনা অহিঙ অসিদি তামোতং লেকপিহৌবা তারে।"

হায়রব্রগা পূং নিপানগী অদুব্রাইদা রণজিৎ চৎখ্রে। চৎলমদাইদা হায়রম্মি, "ঐ হয়েং নোংঙানবগা য়ৌরক্লবা তৌজগে।"

অহিঙ অদো নোংয়াইগী অদুব্রাইদা মমাদো কন্না হেক্তা হাইরে। মথবাক প্রোক প্রোক চাকই ফুনগৎলি হায়দুনা শুকতুম তূমদ্রে। অদুদগীদি নোংঙাল্লমদাইগী অদুব্রাইদা সোর অদুম থিংখ্রে। বিপিন অঙাংমচাদৌনা ও-খোংনা কপখিবা খঙহৌদে। চহী নিফুরোম শুরবা বিপিন ঙসিদি অঙাং মচা ওনখ্রে।

হৌজিক করি তৌবা তারি ? মভোমদা খনফম থোক্লক্তে। রণজিৎতো হৌজিকমক হল্লক্লদি ফগ্রনিদা। চুরাচান্দপুরদগীনি হায়বা নর্স অদুগা আসামী নর্স অমগনা চঙশিল্লক্তুনা মহাক্কী মপূক্লিং ফাথনবা হায়রে, "য়াম্না ব্রারুদুনা কৈদৌনি হৌজিক্তি, মখা তাবা ওইনা করি তৌসিগে খনবিয়ু। গৌহাটিদা পোৎলোইবিগে হায়রিব্রা নৎত্রগা ইম্ফালদা পুবিগে হায়রিব্রা ? গৌহাটিদা পোৎলোইবিগে হায়রগা মণিপুরী এসোসিয়েসনদা হায়বিবা তারে, মরীমতা কনাগুম্বা লৈতবা থোক্লগদি। ইম্ফালদা পুবিখিগে হায়রগনা মদুগী থোকপা তৌবা ভারে।"

"ইমাদো অমুক হন্না ফংবা য়াররোই, অদুনা ইমাগী হকচাংদো ইম্ফালদা পুনীংই। ইমুং-মনুংগী মীশিংনসু মদুমক পামগনি।" রিপিন্না মপি তৈথোক-তৈথোক্লা হায়রকই।

মী অনীদং শুরবদি খরসু ফগদবা। রণজিৎতো নোংঙানবগা লাক্তনি হায়রম্বনি। অদুবু করি তৌখ্রবা লাকপা লৈখিদ্রে। কার্ফিউসু ঙসি অয়ুক লোইখ্রবনিনা লাকপা য়ারবনি। খনবমখৈ খল্লগা রণজিৎ ঙাইবা তৌদনা পূং নিপানগী অদুব্রাইদা প্লেন টিকেটকী মওং অমা য়েংলুখিগে হায়দুনা থোরক্লে।

হোটেলদা চঙলগা রণজিৎপু মাগী কাদা লৈব্রা য়েংলুরে। অদুবু লৈরমদ্রে। কাদু থোঙ লোল্লি। কদায়দা চৎখিবা কনাসু হায়বা ঙমদে। মশাগী কাদা চঙদুনা ব্রিফকেস মনুংদগী নহান ফ্লাইট নংহৌদবা টিকেট অনীদু পায়রে, হোসপিতালগী চে-চাংশিংদুসু য়াওনা প্লেন ওফিস তান্না চৎলে।

প্লেন ওফিসতা ব্বারী-ব্বাখোঙ পূম্নমক্তা লোইনা তৌরে, হোসপিতালগী চে-চাংশিংদুসু উৎলে। অবুবু স্টেসন মেনেজরনা ঙসিদি উপায় লৈতে , হয়েংগীদি শোয়দনা টিকেট পীগে হায়রে। উপায় লৈতবনিনা মথং নুমিৎকী টিকেট অদো অদুম লৌরে।

অদুদগী হোসপিতালদা অমুক চৎলে। চুরাচান্দপুরগী পাইতে নর্স অদুদা হয়েং চৎপা তারে হায়দুনা তন্নুরে। নর্স অদুনা কোয়চেন চেন্দুনা শীন্দোক শীঞ্জিন তৌবিরে, শেনথুমগী হিসাবসু লোইশিনবিরে। হয়েং প্লে ন পাইবা নংনবা অশিবা হকচাং পুখিবা য়াগনি ভাকপিরে, অদুবু ঙসিদি হোসপিতালগী মোর্গতা লৈবা তারে, কৃ মনুংদা হিদাক চাইদুনা থমগদবনিনা করিমতা কায়রোই।

নুমিদাং-ব্বাইরম ফাওবা বিপিন হোসপিতালদা ফমদুনা অদুম লৈরে। রণজিৎতুনা করি ভৌপ্রবা খঙদে, লাকপা লৈখিদ্রে। নর্সশিং অদুনা মতৌদু য়েংবা ঙমদদুনা হায়বিরে, "হৌজিক অসিদা অসুম লৈদূনা কৈদৌনি ? হয়েং অয়ুক মতম চানা লাকপিরো।"

ন্যুমিদাং ওইশিল্লক্রবদুদা বিপিন হোটেলদা লাক্লে। রণজিৎকী কাদো অদুম থোঙ লোল্লি। নুমিদাং অদো ঙাইহাক ভূমথরুবব্রা ! মিৎকপ খংথোক হেক থোকপদগী ভূম্বা সুকয়া য়াখিদ্রে। ঘড়ি য়েংই, নোঙ্গানগদবা ফনা য়াম্না ব্বাৎলি। অমুক ফমই, অমুক হৌগত্তুনা চৎলি, অমুক হীপথৈ, তৌফম খঙদে বিপিন। য়ূমদসু তৌফম খঙলম্মোই। লৈকাইগী পি-সি-ও অমখক লৈবদুদা পাউদি পীপ্রবনি য়ূমদা হায়বিনবা।

নোংঙাল্লমদাইদা কনানো অমনা থোঙ থীল্লকই। রণজিৎ ওইরমাল্লে খন্দুনা হরাও-হরাও থোঙ হাংদোকই। অদুগদি পুলিশ মরি মঙা, নোংমৈ পায়বা সিফাই খরসু য়াওরি। কা মনুংদা প্রপ চঙলকই, হংলকই – "নমিং করি কৌই, লৈফমনা কদায়দনো, কদায়দা চৎলুই ?"

বিপিন্না মথং মথং লোইনা খুমই। দিল্লিদা মমা লায়েংবা চৎলুবদগী হৌনা হোসপিতালদা মমা লৈখিদবা ফাওবা লোইনা তম্রে। মকোক চিংদুনা লাক্লিবা ওফিসার অদো মৈতেরোল ফজনা খঙই, মৈতে ওইরিদ্রা আসামী

ওইরিব্রা হায়বদুদি খঙদে। মহাক্না ফোটো অমথক উৎলগা হংলকই, "মসি খঙবিব্রা ?"

ঙাইহাক মুম্না য়েংলগা বিপিন্না খুমই, "খঙই, রণজিৎনি।"

"মমিং অতৈদি করি কৌই ?"

"খঙজদে।"

"ময়ূমদি কদায়দনো ?"

"ইম্ফাল নাউরেম লৈকাইদনি হায়।"

অদুদগী মহাক্না হোটেলসিদা করম হায়না উম্নবা, মমা পুদুনা হোসপিতালদা চৎমিন্নবা, শেনসু লুপা লিশিং মঙা পাংলম্বনচিংবা লোইনা লীরে। অদুদগী খঙনীংদুনা হংঙি, "মাবু কৈদৌরগে ?"

"শিরে, নহান অহিঙ নলবারীদা নহারোল লালহৌবশিংগা আর্মিগা কাপ্নবদা, মখোয় অহুম্নি শিবা।"

ব্রাদো তাবদা বিপিন শ্বাই লাউই।

ওফিসার অদুনা হংলকই, "মহাকসে মণিপুরগী লালহৌবা কাঙলূপ অমদা য়াওই হায়বসি খঙবিব্রা ?"

"খঙজদে, সুকখঙ খঙজদে।"

অদুদগী ওফিসার অদুনা হায়রকই, "অদোমগী পোৎচৈশিংদো অন্নুক্না চেক তৌজবা তারে।"

"ফনি," হায়রগা উপু-নুংবু ফিরোল পূম্নমক কচ্ছোকতুনা য়েংহল্লে।

"সিল তৌবা চেখাও অসিদি করিনো ?" পুলিশ অমনা হংলকই।

"রণজিৎনা ময়ূমদা য়ৌহনবিখো হায়দুনা শিন্নরম্বনি। মনাওনুপাগী সার্টিফিকেটনি হায়, য়াম্না থুনা দরকার ওইবা ওইরমাল্লে। মহাক্তি মঙা-তরানি চোহুখিগনি অদুনা খরা পুবিখো হায়দুনা পীরম্বনি।" বিপিন্না অশেংবদো হায়।

"অদুদি রণজিৎকা হান্নদগী খঙনবনিনে ?" পুলিশকী কিৎ-নম্বী ব্রাহংদো তৌরকই। "মহাক্না লোয়নবা অতৈ কনা কনা য়াওরি ?"

"তশেংবনি, মাগা ঐগা খঙনবদি হোটেল অসিদনা অহানবনি। অতৈ করিমতা ঐ খঙজদে।"

পুলিশশিংদো অমগা অমা য়েংনৈ, মঙক শুনৈ, করিনো মরূ ওইবা পোৎ অমা ফংবগী মওংনি। চেখাওদো অমনমুক পায় অমনমুক পায়, মথক-মখা মমৈ-মকোক ওন্দুনা য়েংই, মথক্তা ইরিবদো মুম্না পাই।

*পুলিশ ওফিসারদুনা হায়রকই,* “পুলিশ স্টেসন্দা ঙাইহাক্তং লেঙবিবা তারে।”

“ঐবু! ঐদি ঙসি প্লেন্দা ইমাগী থব্রায়-মিরেন য়াওদ্রবা হকচাং অদো পুদুনা চচ্চগদৌরিবনি।” য়াম্না নোঞ্জবগা লোয়ননা বিপিন্না হায়জে।

“মদু হোরেন থানা য়ৌরগা খম্নবা তারে। চৎলসি।” ওফিসার গী খোঙ্গোকতো হান্নগা মান্নদে, খরা কনখৎলকই, ব্যবহার য়াওরক্তবগুম তৌরকই।

ঙাঙ্নরুদুনা কান্নরোই হায়বা বিপিন ভাব তাই, অদুনা মখা অমুক তাদ্রে। খল্লকই, করিনো তৌরিবসিবু ? ❑

*-ওক্তোবর ২০০০*



# খোংনাং মখোঙগী ৱারী

"মখোয়গী কর্মদুবু কনানা শক্কনি হায়বগে ?"

" শ্রীবারগী হৈতোম্না শক্কদৌরিমাল্লে ।"

"জারিবোনগী রাধাবল্লভনা শক্কনি হায়বদাইনে ?"

"খঙদেদা, ফংদ্রমাল্লে।"

"ফংলমদবা য়াই, হৌজিক্তি অফবশিংসে শংপোৎ নত্তে।"

"হৈতোনসু ফৈ কৈনোনে। মহিকে অসোমদদি মা নত্তনা কনা লৈরি ?"

লম্রোং অহুম ফাংবগী খোংনাং মখোঙদা ফল্লিবা ঢাগী দুকান অদুদা নুমিদাং-ৱাইরম চা গ্লাস অম-মম মমাঙদা খিল্লগা চখনবা ৱারীনি। পোথানবনি খঙদে, মতম লেনবনি খঙদে, নুমিৎ খুদিংগীনি ফল্লিবসে, ৱারীসু মখল-মখানি, লোইবা নাইদে! ৱারীসু অনৌ-অনৌবা কয়া চোংথোরকই, হান্নগী ৱারী অমুক নৌহৌননা শগুপ শায়বনসু য়াওরকই, ৱারী কয়ানা মতমগী ঈরোম্নুংদা লুপখিবসু য়াওই। থংনরিবা খুনগী মীশিংনা ফাওবা ঙাওনরিবনি, খোংনাং মখোঙ অসিগী খঙদ-উদবা ময়াই অমা লৈ। মী খরদি নিশা চুবদৌনা ফল্লরিবনি, নোংমগী লাকহৌদ্রবদি চাক চঙলোইদৌরিবনি।

মতম অমদা খোংনাং মখোঙ অসিদা অহন-লমন কয়ানা হকচিক লাংনা লাংনা পোৎথানরম্মী, হিদাক চিংল-চিংলদুনা ইমুং মনুংগী ৱারী কয়া, কৈরোই-লৈকাইগী ৱারী কয়া, লৈবাক্কী ৱারী কয়া শাদুনা নুমিদাং-ৱাইরম মতম লেম্নরম্মী। হৌজিক্তি নহারোলশিংনা থকশি-খাশি নাইরক্তবা, লমচৎ-ব্যবহার য়াওরক্তবদগী অহন-লমনশিং মফম অসিদা ফমখিদ্রে। হৌজিক ফল্লরিবসে পাখংমচানা অয়াম্বনি, চহী নীফু-য়াংখৈগী মী অমনীখক চেঙ মরক্তা ফৌ য়ানবদৌনা য়াওরি।

খুনগী অহন অমা লৈখিদ্রে, মহাক্কী শ্রাদ্ধ-কর্মদা কনানা ঈশৈ শক্কদগে হায়বদুগী মতাংদা খরা অহন ওইবা অমনা হৌদোকরপদগীনি ময়াম ঙাওনরিবসে।

"ঐনা মোয়দৌনা তৌরম্নবদি মণিপুরদগী নিত্যাইরা লাখপতিরা কৌথগদবনি। মপাগী কর্মদবু। মপা অদুনা থল্লল্লিবা নংত্রা সনজীংদৌনা পৈরিবা মরন-মথুম অসে ?" রাজাও ঙাংগনবা, নংবদদি নঙ্গন পায়রবা নন্দকুমারনা হায়রকই।

"লীকপ্পপোৎনিদা ! লৈখিদবা মাম'দুসুনি।" কনানো অমনমুক হায়রকই।

"অদুগীবুদি কৈনা ময়েক মাঙবা হৌনব্রা?"

"এরা নঙনা হায়রিদুবু করিনো ? লীক্লগবু-হেক্তা ইনাক খুনবা য়াব্রা ? মীগী লাইবক হায়বসিসু লুপ্রবা পোৎনিদা। লাইবক্লবু তমদ্রবদি সনা খাউজাও খাউজাও মাঙদা তাদুনা লৈরবসু কাল্ল-কাল্লদুনা চৎলি হায়বা ব্রারী লৈরিদুনি।" লৈখিদবা ইমুংদুগা মরী খরা নক্লবা চাউভলনা হায়রকই। মরৈ ফবদা খুন অসিদা হায়নরিবনি।

"অদুদনে ময়াম্না খঙদদুনা তৌরিবনি। নিত্যাই লাখপতিবু হেক্তা কৌথনা য়াব্রনে ?" মণিপুরদা তোয়না চৎপা ফিরোল লপ্লোন-ইতিক তৌবা নিংথৌজমগী নিংথেমনা হায়রকই। "মখোয়বু কৌথগে হায়রবদি চহী অমা মমাঙদগী বুক তৌবা তাবনি, নৎত্রবদি ফংবগী ব্রা লৈতে।

মণিপুরগী মতাংদদি মহাক্লা খুনসিদা খ্বাইদগী খঙবা হেক্লি, মদুগীদমক মঙোন্দা পোঙজবা অমসু লৈজে: মহাক্লা খঙলিবদুগী অতৈ খরসু ফোঙদোকপগী তাঞ্জা ফংলদুনা হায়রকই, "তোম্বীস্না, ইবেম্মা নখোয়গী বোরা-ককাদো লৈরিব্রা ? লুপা কুনভংগী তল্লকউ, ঙসিদি ঐ খিলাইগে। অদুদনে মণিপুরগী বোরা চারুরগা নখোয়গীসে চাবা য়াদেনে! মথংদদি ঐ কৌখা পুরক্কে। ময়ামসে কৌখা বোরা পীজগে। ইবেম্মা, নঙবু কৌখা বোরা হৌবা হৈগনিকো ?"

"করিগী হৈরোইদগেনে তাদা ? মণিপুরগী থোৎ-থোৎ নৌবীশিংদুনা পংহেন হেল্লোইদা।" পাখংমচাশিংদুনা ফল্লিবা অদোমদা চা গ্লাস অহুম পীন-পীনা তোম্বীস্নানা খুল্লকই।

হান্নদি নিংথেমদা খুড়া কৌরম্বনি অদুদা নিংথেমনা 'ঐবু কয়াম অহন ওইরদুনা' হারবদগী তাদা কৌখিবনি। অদুতা নত্তনা কাছাড়দা কৌনরিবা তাদো অদুসু কৌগনু হায়বনা নত্রনা মণিপুরদা হৌজিক চৎনবী ওইনা অমদসু অমদসু কৌনরিবা মামা নৎত্রগা তাইবুঙো-কা হায়বদো কৌহন্নীংখিবনি।

চাগী দুকান অসি মরক অমদি শিথরুরবনি। তোম্বীস্নানা ময়ূমদগী থোরক্লুনা মবুংগী দুকানসি চালাইবদগী হৌজিক ময়োন খরা খরা চোংখৎলক্লিবনি, মী তিনবা হেঙ্গৎলক্লিবনি। কুইদ্রি তোম্বীস্নানা, থা তরুকলোম ফাররিদ্রা, মপামদা হল্লক্লুনা লৈররিবসে। মচা পোক্কে হায়দুনা মপূরোইবনা অতোম্বী অমা পুরকপদগী শাউনদুনা হল্লকপনি। কুচু খরা মুরংনরবসু মতৌ অমা লৈজে, মশা-মউ ফৈ, য়েংবদা চহী কুপ্রামরিমঙা মাল্লবসু তশেংবদি নীফুগী মথক্লি। মহাক্লা হাইফেৎ মোমোন তৌরকপদুনি ময়াম্না খৌরাংনা ঙাইনরিসে, মমিত্তা চোংথোরকপা রাশিদো মিস ব্রালর্ড

ঐশ্বরিয়া রায়গী মমিৎনা থোইনা হেন্দে হায়নৈ। ব্রাঙাং-শাঙাংসু য়াম্না হৈ, তাবদা নুংঙাই, অর্থ লৈনা লৈনা ঙাঙই।

"ই-ইবাই, ঐ-ঐনা খঙদবা ব্রাহে অমা য়া-য়াওগ্রে। ঙসাই চহী অমা মমাঙদগী বু-বু-বুক তৌবা হায়বসিবু ক-ক-করিনো?" মরৈ শাখীনা লোম্বা, ময়াম্নসু পঙই হায়না লৌনবা ভীমোনা হংলকই। ভীমদৌনা কন্ননবা হায়দুনা মমা-মপানা মাবু ভীমো থোনখিবনি হায়নৈ। অদুবু মচানুপাবু ভীমদৌনা মপাঙ্গল কন্ননবা য়োক্লম-থাক্লম্বা তৌরমদনা কুইরে মপা-মমা অনীমক তুংথ-মাঙথা থূপখিবা। মচানা মখোয়গী মায়থোঙ ফাওবা নীংশিংবা থোক্লে। লাইরম্রবা মরী-মত্যা থোকপা অমনা কোনবিকরপনি, অদুনা মনীং থুংব-থুংদবগী ব্রা মঙোন্দা থোইনা লৈত্রে। মোৎপ্রবা খুদে অমা শেম্ভুনা ময়াম মরক্তা ফম্বদা করিসু থৌওইনা খন্দ্রে। মাগী ফজবা অমদি, ময়াম্নসু থাগৎনৈ, মরী-মতা থোকপা থোক্তবা—ইচে-ইবাই, ইনে-মামো, ইবোক-ইপূ মানা থোকপা অমা হেক্তা কৌবা অসিনি। ময়াম্না ব্রারী শান্নবা মতমদা মুম্না তাশিনগনি, অদুগা মতাং চায় খঙদে চাদে খঙদে ব্রাহং অমা হেক্তা হংলক্কনি- মসিমসু মাগী হৈনবীনি।

নিংথেম্না খুন্নক্তবদুদা অমুক্তা হংলকই, "ই-ই-ইবাই, বু-বু-বুক হায়রিবসিবু....?

"বুক হায়বদি ইংরাজি ব্রাহেনি। লাইরিক খরা তম্লম্মবদি খঙগদবা। মণিপুরদদি ব্রা ঙাঙবদা ইংরাজি খরা খরা থেৎত্রবদি স্টুপিড্নি হায়না লৌনৈ খঙলব্রা ?" ইংরাজি ব্রাহে অম-নী মতাং চানা শীজিন্নবা ঙমখিবগীদমক নিংথেম্না পোঙজবদো খরগমুক হেন্না মকা লামথোরকই।

তাঞ্জাদুদা পাখংমচা অনী পোপ-পা পোপ-পা থানরকই। ভেক্স মথক্তগী গ্লাস খরদো ওহ্দুনা খুদক্তুদা মপুন্সি লোইখ্রে। 'করিনো, করিনো' হায়দুনা ময়াম চঙশিন্দুনা খামদোকই। মথৌনা মরীংজেল ফূদোক্লবগী মখা তাবা ওইনা ঙাইহাক ঙংনরম্লগা অনীমক মমান্নবশিংনা পুথোক্তুনা থোকখ্রে।

"মণিপুরদদি মী ফূনবা খামদোক্লবা য়াপোৎ নত্তেকো। খামদোক্লবা মীদুদা ওনশিল্লক্কদৌরিবনি।" লোইবা নাইদে মণিপুরগী মরমদা খঙজবা নিংথেমগী বিদ্যা, খুন অসিদগী মণিপুর চৎলুবসি মতোমতা অদুমঙাই।

রিক্সাদগী তোমালগা তোমচৌগা কূমথদুনা চঙলকই। থানবা য়াদবা মরূপ অনীনি, অঙাং ওইরিঙৈদগী মতাও শান্নরকই। মখোয় অনীগী ব্রাখল খন্নবা মেশিন অসি ঈশ্বরনা পূন্না অমখক্তং হাপ্লকই হায়না ময়াম্না ফাগি তৌনৈ - অমনবু হায়খ্রদি লোইরে, অমদুসু চুমই হায়গদৌরিবনি। পাখংমচা নৎত্রে, পাখং শরীনি। মশূং-মমান্নবদি শঙ্গোই-লুকোয় তেক্লখিবা কূইরবনি। লৈবাক্তী থৌদোক-ব্রাথোক্তা থৌদারোই ওইদুনা কোয়চৎ চৎপসিনি মখোয়গী হৈনজবা থবক হায়ববু। অদুনা ঙসি খোরগান্দিদা সাত্তগ্রামগী, হায়বদি

অকোয়বদা লৈরিবা মৈতে খুন তরেৎকী, 'আনি' তাইশিন্নবা লৈবাক তিনবদা মখোয়বসু য়াওবা চৎলুবনি। কুইরবা আনিনি, চহী কুনলোম শুরবা লায়নানি। য়ানীপুরদা হৌরকখিবনি, অদুদগী মথং-মথং শন্দোরক্তুনা সাত্তগ্রামগী ওইরকখিবনি। লায়না অসি লায়েংনবা হোৎনখিদবদি নত্তে, অদুবু মহে য়ানখিদে। আনি তৌনন্নিবা নাকন অনীমক অমনা অমগী অশোয়বা অরানবা অদুতা থিদুনা পুথোক্লদুনা লৈনখি। কনানা লাল্লিবনো কনানা চুল্লিবনো হায়বদুদি কনাসু বিচার তৌবা ঙমদে। ঙসিনা লৈকাই অমগা লৈকাই অমগা মীচং ওইম্নিনগনি, খুন অমগা খুন অমগা হয়েংনা, মরম অমা নৎত্রগা অমা পুথোক্লগনি, খরা লৈরগা অতোপ্পা অমগমুক মীচং ওইম্নিগনি। মরমসু অব্রাৎপা লৈতে, অমা নৎত্রগা অমা হেক্তা চোংথোরকই। ঙরাং য়ান্নদদুনা বার্তোন থিংনরম্বদো ঙসি অমুক কাঙবু অমত্তা ওইমিন্নদুনা অতোপ্পা কাঙবুগা বার্তোন থিংনগনি।

"কমদৌরে লৈবাক তিনবদুবু ? লোইশিন্নখ্রবরা ?" মখোয় অনী ফমথফাৎত্রি নিংথেম্মা নংহৌরোইদগুম হংলকই।

"লোইশিন্নখ্রে। নহারোলশিংনা 'হৌখিবা পূম্নমক কাউথোক্লরসি, লৈবাক অসি অমুক্তা পূম্না চান্ন-চিন্ননা পানমিন্নসি' হায়দুনা খুরুম-খারুমদুনা হায়জবদগী অহল্লোনশিংসু য়াবিদুনা হরিবোল লাউদুনা লোইশিন্নখ্রে।" তোমালনা য়ারী অদো শন্নপ্পা তমই।

"অসিনিনে আনি হায়বসিদা তৌনরিবসে খৎখৈ খৎনরগা, চোকথনরবা মতমদা হরিবোল লাউদুনা লোইশিন্নবা। পুন্সিসিদা আনি কয়া উরক্লবনি। মসিগী হায়রুরদি মণিপুরদি ফখ্রেদো, আনি হায়বা অমত্তা লৈতে।" নিংথেমগী মণিপুরগা চাংদম্নবদো হেক্তা তাথরকই।

"ইচে, মোতোর কংঙৌ লৈরিব্রা ? অম-মমত্তং পীবিরকউবা," তোমচৌনা হায়রকই। "নহানগী পৈশা খরা লৈবদুসু লোইনা পীথোক্লগ্রগে।"

"ইউপ্পাদবু ইচেনা পৈশা থৌখ্রবনে ? অদো ঙসিদি মোতোর কংঙৌ তৌদ্রে, চানা ওইনা তৌরে।" তোম্বীস্নানা প্লেটশিংদো চাম্না চাম্না হায়রকই।

"য়াই" য়াই, চানা ওইরসু য়াই।" তোমালনা মখা শমথরকই।

"অদো মণিপুরদা চৎলগা মোতোর কংঙৌ চাগে-ককা হায়রু-লাকউনুকো।" নিংথেমগী ফূমদুনা লৈরকপা বিদ্যা লোইবা নাইদনা থোরকই।

"খুড়া, ঐখোয় অনীদি মতৌ য়েংগে হায়দুনা হায়রুরবনিনে নোংমা কোংবগী হেটেল অমদা। হেটেলদা চা থক্লিবা ময়াম অদুনা ঙক্লদুনা ঐখোয়বু য়েংলকপদুদি- মোতোর কংঙৌ চাগে হায়রিসিবু করম্বা হিংচাবনো-কা হায়দুনা খনবা ওইরম্বা তাই। হোটেল ফন্নিবী অদুনা নোকফেৎ তৌরগা

হংলকই-ইবুঙোখোয়বু কাছাড়দগীরা ?” তোমালগী ব্রারীদো তাবদা ময়াম ব্রা-লাউনা নোকই।

“ঙসিসিবু মণিপুরগী বাস হাইথরকখ্রবা ইচে? “তোমচৌনা হংঙি।

“করিগীনো ?”

“ঐখোয়গী মরূপ অনীথক লাক্কদবা।”

“ঐসু ঙসাইদগী ঙাইরিবনিনে। ফিরোল থরা থারক্কদবা। কৈদৌরবনো খঙদে, লম্বী য়াদ্রবজাংলা ?” নিংথেম্না হায়রকই। অদুদগী মখা অমুক তাথরকই,“হাই, হৈ-শিংনা তিম্নৌকো। মণিপুরগী নহারোল ময়াম কাছাড়রোমদা চাইথোরক্লে হায়দুনা সিফাইনা থিবও-হুম্বও ফাব-ও তৌরিসিনি। রোংপুরদগী অমা ফাখিবদুনি, লক্ষীপুরদা মখোয় থরা লৈরম্লদুদি হান্নদা পাউ ফংবদগী নাহোকখ্রমাল্লে।”

তাঙ্গাদুদা থাশি-থানৌ হৌবা বা-বা লাউবা মংলেম্বা চঙলক্কুনা ফগ্রে। মমা-মপানা মচা ময়াম মথং-মথং শিমনখ্রদুনা মসিমতংদি মংদগী লেমহৌনবা হায়দুনা মমিং অসি থোনখিবনি। মংদগীবুদি লেমহৌখি, অদুবু ঈশ্বর মানা মঙোন্দা অব্রাৎপা অমা য়াওনা থম্বিরমখি। মশাগী চহীবুদি ফনা য়াগ্রে, অদুবু অঙাংদৌনা অদুম লৈরি।

নিথেম উবদা হংলকই “তাদো, করি নুমিত্তা লাকই ? মণিপুরসে তাদোগীদি লৈকাই কোয়বদৌনা ভৌরে। অদো, মখোয়গী হাৎন-শুনবদুবু থরা ফৎত্রিবরা ?”

“কদায়দগী ফগবনোদা।”

“লোইনবা তারে মণিপুরসে মখোয় মশেন ঙাক্তা হাৎনদুনা। ঐনা মকোকচীংদা লৈরিঙৈদা বিশ্বেশ্বরগা উন্নবনি। মানদি ঐসে ওহোক্লা লুনা তৌখ্রপোৎনি, মণিপুরদা অমুক্তা লাউ হায়না কম্না হায়খ্রপোৎনি। মখোয়গী লালহৌ অদো মায় পাক্লবা ঐসু ঈরাৎ-পূজা অমা তৌবিগে খনবনি। অদুদা ঙসি হয়েং হায়দুনা লৈরিঙৈদা অদুম তৌখিদ্রে। হৌজিক্তি বিশ্বেশ্বরসু লৈত্রবনিনা ঐ মণিপুর চৎলরোই।”

মণিপুরগী মরমদা মঙোন্দগী হেন্না খঙবদৌনা হেন্না নুংশিবদৌনা ঙাঙনরিবদো তাবদা নিংথেম হৌগৎনীংলকই, ভোমচৌরোমদা ওনশিন্দুনা হংই- “ইবুঙো, পূং কয়া তারে ?”

তাঙ্গাদুদা ইনক হেক নক্লা নোংমৈ মখোল থরনা ময়ামদো খংগ্রেক খংহল্লি। “ করিনো, করিনো” হায়দুনা ময়াম চেহোক্লে।

লগ্রোং অহুম ফাংবগী ময়াই অদুমক্তদা নুপা অমা তাদুনা লৈরি। ময়াম ওনশিন্নে। মশকতো হেক লাকশিনবা ঙমদে, থাউমৈ মঙাল য়ৌদবা মফম ওইবনা মন্ত্রি মন্ত্রি তৌই।

কনানো অমনা হায়রকপগুম তৌই, "কুলনি, কৈশামগী কুলনি।" য়ুগা জুব্রারগী মহীক শন্দোকপদা মকোক্তি কুলমনি খুল অসিদা। য়ু ঙাওরগা ইমুং-মনুংগী মী পূম্নমক ওৎপদা করি নুংগীনো হায়বদো য়ৌরবনি। ইমুং-মনুংদগী হেন্দোরক্তুনা লৈকাই ফাওবা খাঙবা ব্রারবনি।

ময়াম মরক্তগী কনানো অমনমুক হায়রকই, "ওহোক্লা থীনা তৈবিরন্দো। অদবু শিগদবদি মান্দে। কদোমদা চংখ্রবরা জাংনো মখোয়দুবু ?"

"হোসপিতালদা পুবদি ফৈনা।" কনানো অমনমুক হায়রকই।

"মমা-মপাদা হান্না তাক্লুবদি ফৈ।" অমনমুক হায়রকই।

"শিদৌরবসু মমা-মপা লাক্তি হায়দুনা....।"

মহে মহে মানা মানা থোকপা ঙাঙনৈ।

"ফখ্রেদা, ব্রারকপিনবা লৈতদুনা মশোঙ কারবনি।" শোক্রিবা নুপাদুদা মীনুংশি য়াওদনা ফোঙনা হায়রকপসু য়াওরকই।

"মসিগী হায়রুরদি মণিপুরদগী চাইথোরকক্লিবা নহারোলশিংসে ফৈনেকো ! হা, করি হায়গেনে ইবোহল ?" ইবোহলদো তারিগদ্রা তারিরোইদ্রা খঙদে, পাউখুম পীরক্তে।

তাপ্পাদুনা লাপ্তক্লা গাড়ি লাকপগী মৈঙাল অমা উই। সিফাইগী গাড়ি মাল্লি, কন্না থৌজিল্লকই, গাড়ি অনী-হুম শুই। পাখংমচাশিংদো শৎ-শৎ পাইথোক্লখি। সিফাইনা অহানবমক্তদা তাইনগদৌরিবসে মখোয়দনি। থৌদোক অম-নীদগী মখোয় খঙলবনি। হন্দক মরক অসি সিফাইনা পাখংমচাশিং পূনবা উবা য়াদে, মরম খঙদে মরম লৈতে।

অহনশিং অদুসু তপ্পা তপ্পা হাইদোক্লখি। তোম্বীন্নাগী হোটেলসু থোঙ লোনশিনখি। খোংনাং মখোঙ খুস্তাক-লানশিবদৌনা তৌখি। ❑

*-নবেম্বর ২০০০*



# কীহ্নরক্লবা দলান অমগী তেংথাখোল

"নত্তে, কদায়দগীনোদা, ঈশাখাঁগী য়ুম নত্তে মসি।" হাইফেৎ অহন ওইরবা নুপা অমনা চেনশিল্লক্কুনা হায়রে। নুপা অদো মকোক ইফা ফাই, ময়াং ইকং কংই, লুঙ্গি অরাংবা অমা শেৎলি, লিংলিবা ফুরিৎ অদু মনসু মল্লে মোৎপসু ফজনা মোৎলে। চহী হুমফুতরারোমগী ঙাকয়া ওইগদবা মাল্লি।

"ম্বাইদা লৈবা মী খরনা লম কোয়বা লাকপশিংদা পংহায়তা হায়জিল্লিবনি খণ্ডবোই খণ্ডদবোই পৈশা খরা লৌবা য়াননবা।" অহন অদুনা মখা তাথরকই।

নুপামচা অমনা ঐখোয়বু লমজিংদুনা পুবিরকপনি ঈশাখাঁগী ময়ুম য়েংহনবিগে হায়দুনা। তশেংবদি ললিতকা ঐগা ঈশাখাঁগী লানবন য়েংবা লাকপনি। মতম অমগী লানবনদো হৌজিক্তি সরকারনা মিউজিয়ম ওহোকপ্লে। বঙ্গদেশকী ইতিহাসতা মমিং ময়েক লানা লৈরিবা বারো-ভূইয়াশিংনি, হায়বদি মতীক-মথৌনা লৈরবা চাউরবা জামিদার তরানিথোইনি। মখোয়গীমনুংদা খ্বাইদগী মতীক মথৌনাদা ফাওখিনদি ঈশাখাঁনি, মোগল বাদাশাহ্ আকবরনা মখোয়বু লাকশিন্নবা হোৎনরকপদা। খ্বাইদগী মথৌনা লৈনা চায়নখিবসি মহাক্নি।

ঢাকাদগী পূং অহুমলোমগী লম্বী অসি ওটোরিক্সাদনি লাক্লিবা। লৈবাক অসিদা টেক্সি উদে। রিক্সা, ওটোরিক্সা নৎত্রগা বসতা চৎপা তাই। লম লাপ্না চৎকদবনিনা রিক্সাগী ব্রাদি খল্লুদ্রে, বসসু য়াম্না চিল্লি কৃক কৃক ঈম্নে। অদুনা ওটোরিক্সাদা তাখি।

নুমিৎ অদো হিন্দুশিংগী লাই-নুমিৎ অমা থোকই। অদুনা ব্রহ্মপুত্র তুরেল য়ৌরমদাইদদি লম্বী চিং-চায়নবা ঙস্লমদে। তুরেলদা হিন্দু ময়াম ঈরুপ্পা লাক্লবননি। নারানগঞ্জ মাইকৈ অসোমদা হিন্দু ফনা য়াম্না হৌজিকসু লৈরি হায়বদুগী মমি অমা উবা ফংই। লম্বী চৎপদা মঙম শান্দবগী মরম অমগসু লৈরম্মী। লম্বীদা চৎলিবা বস অমদি ট্রক খুদিংমক্তগী মী খরনা

নমদুনা শেন খায়রি, পীদ্রগনা গাড়ি থিংদুনা থমই। গুগাশিংনি হায়, মখোয়গা মুক্লরুবা কনাসু ঙমদে। মরক মরক্তা পুলিস লৈতবদি নত্তে। অদুবু ষম্না হব্রাই-মতোন চাবদা শম্বম্না য়েংদুনা লৈবগী মতানি। কনানা খঙবা মখোয়গী শরুক য়াওরম্বসু।

চিৎন-চায়নবা ব্রারবা মফম অদুদসু গাড়ি অমনা অমদগী হাইগৎনবা লাক্লরি। থেঙ্গাইনদুনা খুৎ থোক্লগে তৌবসু য়াওরি। নিংঙাই চাউবা গাড়ি অমনিসু য়াওরকই, স্টার্ট মুৎখিবদগী অমুক হৌরকউ হায়বা য়াদদুনা লম্বী ময়ায়দুদা ঈম্নবসু য়াওরি। ইমাঙমক্তদা ট্রক অমনা ওটোরিক্সা অমদা থেংজিনবিদুনা ইকোপ কোপশিল্লে, ড্রাইভর অদুসু খরা শোক্লে। ঐখোয়গী গাড়িদা থোক্লম্রবদি কমদৌবা ! লম কোয়বা লাকপ্রা হায়ববু মীরৈবাকসিদা ঐবু....খল্লুবদা হকচাং পূম্বা শ্বাই লাউরকই।

অসুম হায়না শাপ্রবা নুংশাদুদা উফুন-ব্রাইফুন মরক্তা ব্রানমথে য়ৌরক্লগদি মিউজিয়ম থোঙ লোন্দুনা লৈরম্রে, থোঙলোনবা নুমিৎ ওইরম্রে। হা হতোস্মি—ওহোকপা হায়বদুনি!

ওহোকপা হায়বদুনি, অসুক ব্রানা অসুক লাপ্পদগী লাক্লগা মিউজিয়ম য়েংবা ফংদ্রবা। স্নথোঙ পাম্নরিবা নুপা অদুদা মওং মওং হায়জদুনা য়েংই-উপায় অমত্তংদি তৌবিয়ু, ঐ ইন্দিয়াদগী লাকপনি, কা মনুংদা চঙদ্রবসু চেকপল মনুংদা চঙদুনা লানবন অদুগী অকোয়বা অদুতং ওইরবসু য়েংজগে। নুপা অদো সত্য যুগকী মীশকমক নৎত্রবসু ঘোর-কলিগী হব্রা-নুংশিৎ পংচঙ চঙদ্রিবা মী ওইরমলে। শেনথুম অহেনবা পাম্বা মীওই ওইরমদ্রে।

উপায় লৈতদুনা নীংবা কায়বগা লোয়ননা হল্লগে হায়দুনা ওটোরিক্সাদা কাখৎলে। তাঙ্গাদুদনি নুপামচা অদুনা চেনশিল্লক্লগা হায়রবদো-"মিউজিয়ম অসি উদ্রবসু ঈশাখাঁগী ময়ূম অমা ঐ য়েংহনগে।"

ঐখোয়সু লাক্লবনিনা করিনো অমা য়েংলগা মহৎ খজিক্তং ওইরবসু হঞ্জিনবা য়াগদ্রা খন্দুনা মহাক্লা পুবিগে হায়রিবা মাইকৈ অদোমদা চৎলে। কিলোমিটর অমা ওইরিদ্রা অনীরোম ওইরিদ্রা চৎলগা গাড়ি খাম্রে -"মসিনি ঈশাখাঁগী ময়ূম," নুপামচাদুনা হায়রকই।

চেক্কী মল্লবা দলাম্নি, মথোল অনী ওইরিগদ্রা অহুম ওইরিগদ্রা খঙদে।

তাঙ্গাদুদনি মকোক ইফা ফাবা অহন অদুনা চেনশিল্লকখিবদো- "নত্তে, কদায়দগীনোদা, ঈশাখাঁগী য়ূম নত্তে।"

"চৎথোকখো, লাপ্না চৎথোকখো।" হায়দুনা খংলাউ লাউদুনা নুপামচা অদো তাহোকখি, "সুকখঙ খঙদনা অখঙবা শারদুনা।"

অহন অদো মিংয়েং খানা লাপ্না য়েংদুনা লৈরকই, অদুদগী মতোমতা করিনো মুরুম মুরুম শোল্লকই। ঙাইহাক লৈরগা ঐখোয়রোমদা ওনশিল্লক্লগা নোকফেৎ তৌরকই- "লাউ ঐ লোইনা য়েংহনগে কা পূম্নমক, য়েংলগা খঙগনি মসি ঈশাখাঁগী য়ূমলা নৎত্রা।"

চাউরবা ইংখোল অদুগী অকোয়বদা খারিবা চেকপন অদুগী মনুংদা চঙলগা য়ূম অদুগী থোঙজাউদো হেক হাংদোকপদা ঙে লাউনা থক্ থক্ নিকহনবা মখোল অমা গোল্লকই। লাইখুনু ময়াম অমা ফ্রুং ফ্রুং পাইথোরকই।

"করিমতা কিবিরুনু, মখোয়সু ঐগা য়ূম অসি শঙমিন্নরিবনি।" অহন অদুনা হায়রকই।

তিনমু-লাইমু লোয়নবা হায়বদো মহাক্লা তৌরিবা অসুম হায়না তৌরিগদ্রা ? ভূতনা চেনবদৌনা ঐখোয় মহাক্কী মতুং ইন্নরি- "লাউ সিড়ি অসিদা কাখৎসি, ব্রা অমত্তা ঙাঙগনুকো,ঐঙোন্দা ব্রা অমতা হংলক্কনু, খবরদার।" 'করিগীনো' হংগে তৌবদা মহাক্লা খানা য়েংলকই। অদুদগী মতোমতা মুরুম মুরুম শোল্লকই। ঙাইহাক লৈরগা নোকফেৎ তৌরকই।

মথক্কী চাউরবা কা অদো হেক চঙবগা শেকপী ময়াম অমা চে-চা চে-চা খোংদুনা পাইথোরকই। শেমজিনবিদ্রবা কাদো চেক কীহ্নগদগী ঙাইদুনা লৈবা য়াওরে। ইশং কারবা চেক্কী কারক কারত্তা পুংকক চাউরবা খোংনাং পান্বী কয়ানা মরা শন্দোক্লুনা হিংননবা লাচ্ছেংনরি। উরী-ব্রারী খরসু কদায়গীনো লাক্লুনা খুন্দানবা লাক্নররি।

"কা অসিদনি জমিদার ইমুং অসিগী চারোন-শূরোন কয়াগী নুপাশিংনা ফমদুনা মখাগী 'জলসাঘর' অসিদা তৌবা কুম্মৈ য়েংখিবদো। মখাদসু অসিগা চপ মান্নবা চাউবা কা অমা লৈ। ওয়থংবা অসোমদনা ইমুংগী নুপী অঙাংশিংগী ফমফম।" হরাওকুম্মৈ তৌফম জলসাঘর অদো ফনা চাউই।

"য়েংঙুনে, জলসাঘরগী অকোয়বদা হক্লুনা লৈরিবা লাইশিং অসে। ময়াইদগী অসি য়েংঙুনে শক্তিগী মশক ওইবী দেবীদুর্গা নৎত্রনে ? নাক-য়েত্তা লক্ষ্মী-সরস্বতী কার্তিক-গনেশ।" ঙাইহাক তূমিন লৈখি অহন অদো। অদুদগী মখা তাথরকই-"দুর্গাপূজাগী মতমদা হৌজিকসু থেঙলবা অহিঙদা খোল-ঢাক-কাংশি য়ৈবগী মখোল তায়। অহানবদদি মঙ ওইরবোই খল্লুই, অদুবু ফমুংদা হিপ্না হিপ্না না থাঙ্গৎতুনা তাবদা মঙ নৎলমদে। মী ময়াম লাঙবগীসু মখোল তায়। অদুবু নোংঙাল্লগদি কনামত্তা লৈরমদে। পোৎচৈ খরা চাইখাইরম্বদি থেংনৈ, নোংলৈ নুংশিংনা চৈখাইরম্বদৌনা।"

মহাক্লা লীরিবা ব্রারী অদো তাবা নত্তনা হংবগী উপায় লৈত্তে। হংগে হেক তৌবগা মমিংনা খানা য়েংলক্কনি, অদুদগী মুরুম মরুম শোল্লক্কনি, ঙাইহাক লৈরগা নোকফেৎ তৌরক্কনি। ঐখোয় উদগী ভাবমুক পঙথপ্রে।

"য়েংঙ্কুনে, মসিবু কালী নংত্রনে, অসোমদগীসিনা ব্রহ্মা-বিষ্ণু-মহেশ্বর....।" মথং মথং মহাক্লা খুদোম্বী থিদুনা তাক্লকই। অদুদগী মখা তাথরকই-" মফম অসিদা চহী চুপ্পা হরাও-কুম্মে লেপ্পমপোৎ নত্তে, থা তরানিথোইদা পার্বন তরাহমদোইনি। লাপ্প-লাপ্পবা মফম কয়াদগী ফাওর-ফাওরবা ঈশৈ-শকপা ঈশৈ-শকপী কয়ানি লাকখিবা। আউল-বাউল-বাঈ-কির্তনিয়া কয়ানি লাক্কুনা ঈশৈ শকখিবা, জগোই শাখিবা স্বদেশী আন্দোলনগী মতমদা। মুকুন্দদাসসু মফম অসিদা ঈশৈ শকখি।"

ঙাইহাক ভূমিম্না লৈরুরগা ঐখোয়দা মুন্না য়েংলকই, অদুদগী নোকফেৎ তৌরকই-"নখোয়না খল্লিবদো ঐ ভাব তাই, মুসলমান হনুবা অসিনা অসুম য়াম্না কদায়দগী অসুক য়াম্বসে খঙলুরিবনো, অসিনিনে। কনানা খঙবা নহানমুক্কী মপাক্তা ঐসে হিন্দু ওইনা পোক্লম্বসু। অদুনা ওইরম্বসু য়াই, অঙাং ওইরিঙৈদা হিন্দুগী হরাও-কুম্মে য়াম্না য়েংনীংখিবা। জমিদার ইমুং অসিগী অঙাং অমগা ঐগা নুংশিনা তিন্নরকই, মরক মরক্তা মখোয়গী পূজা-নুংজাদা লোন্না চঙদুনা য়াওখি, খঙহন্দে ঐসে মুসলমান মচানি হায়বা। মদুগীদমক ঐঙোন্দা নুংঙাইতবা অমত্তা ফাওখিদে। ঐসে তশেংনা ঐগী পারোন-পুরোন থিগৎলুরবদি হিন্দুনি। ঈশাখাংগী পারোন-পুরোনসু হিন্দুনি। লৈবাক অসিগী মীশিংসে, মখোয়গী পারোন পূরোন হিন্দু নত্তবা কয়াম য়াওবগে ? তোক্লসি মদুগী ব্রাদো। লাউ ইতুং ইল্লকউ। সিড়ি অসি য়াম্না ঙম্বনিকো, খূসু খূই, হৈনা কারকউ। ভূম্ফম কা ময়াম অসি য়েংঙু। মী য়াম্না লৈরমপ্লবা ইমুংনি। সে কা অসিমদি থোঙ হাংদনা থন্নকপা কূইরে। থম্মোয় কায়রবা ব্রারী অমগী খোল্লাং হৌজিকসু য়ৈরি।" মীনিন তাবদা ওইরমাল্লে, চাউরবা খারৌ অমা কদোমদগীনো থোরক্কুনা নাকন অমদা থৈদোক্কুনা করিমতা মোং হাদনা তপ্পা তপ্পা চৎখি।

"কৈসু তৌরোইদা, কিরুনু। ইংখোল অসি কোনবা নাপীনি। ও,কা অসিগী ব্রারীদো! কা অসি জমিদারগী মচানুপী মশক-মতৌ ফজবী অমগী কানি। লৈশাবী ফারক্লবদা মপাইবুঙোনা অরাপ্পা লৈবাক অমগী নিংথৌমচা অমদা থাজনবা তৌখি। কেনা মৌনা য়োকচবী নুপীমচা অদুনদি মাগী থম্মোয়নুংদা লাৎচবা কনাগুম্বা অমা লৈজরম্মী। মরাইবক থীরবী মজাইবেম্মদো মপাবুংগী য়াথং ইনবা ঙমখিদে, নুংশিপচুংসু য়ৌবা ঙমখিদে। নোংমা নোংঙাল্লকপদা ময়াম্না থোঙ হাংদোক্লবদা থেংনখি থৌরী য়ান্দুনা লৈরম্বদো। অদুদগী কা অসি অদুম থোঙ লোন্দুনা থমখি। ঙসি ফাওবা মরক মরক্তা লৈশাবী অদুগী নীংবা কায়রবা তেংথাখোল মরক মরক্তা থেংলবা অহিঙগী তাঙলৌদা তাবা ফংঙি।"

অহন অদো ঙাইহাক তূমিন লৈখি। অদুদগী অমুক মখা তাথরকই-অসুক চাউখ্রবা জমিদার ইমুং অসি নোংমদি ইখং-খঙহৌদনা হেন্লোই অমগী মিত্রংদা চিকমাঙনখি। ইতিহাসকী খোঙচৎ অমদা লৈবাক কায়খি, হিন্দু-মুস্লিম হাৎন-শুনবগী তমথীরবা তাংকক অদো লাকখি। নোংমদি নোংঙাল্লকপদা য়ূম অসি পূংহাং হাংদুনা লৈরমখি, অদুক য়াম্বা মী অদো অমত্তা লৈরম্বা থেংনখিদে। মতম খরা লৈরগা লাক্কদবোই খল্লখি, অদুবু কনামতা লাকখিদে। নোংমদি করি ব্রাখলদগীনো খঙদে য়ূম অসি ঙাক-শেন্দুনা থমগে হায়বগী ব্রাখল লীচিং অমনা ঐবু চিংদুনা পুরকখি। মখাগী কা মচা অমদা কাংথোল অমা থারগা ঐ লৈরকখি, ঙসি ফাওবা লৈরিসিনি। খঙদে মপূনি হায়দুনা কনানো অমতং লাক্লবদি ঐগী দায়সি কোক্লগদবনি। হোয়, চহী খরগী মমাঙদা অহন ওইরবা নুপী অমা লাক্লম্মী। য়ূম অসিগী কা খুদিং চঙলগা য়াম্না কপ্লম্মী হায়। মতম অদুদা ঐ কুমিল্লাদা চত্তবা য়াদবা তাঞ্জা অমা থোক্লুনা থেংনহৌদে। নীংঙমহৌদে, ঐগা থেংম্নরম্লবদি খঙগদবনি কনানো হায়বা...।”

ঙহাক তূমিন লৈরুরগা অহন অদুনা মখা তাথরকই-“ খঙদে অম্নানা করি তম্রিবা। ঐনা হিংলিঙৈসিদা মপূনি হায়দুনা কনানো অমত্তং লাকপদুনি ঐনা ঙাইরিবসে, নৎত্রগদি শিরফাও ঐগী আত্মানা কোয়পাই পাইদুনা লৈগনি।”

য়ূম অদুগী থোঙজিন য়ৌরকপদা অহন অদুগী ব্রারীসু লোইখ্রে। ঙাইহাক তূমিন লৈদুনা মরুম মরুম শোল্লুরগা নোকফেৎ তৌরকই- “অদুদি আদাব।”

ঐখোয়সু ‘আদাব’ হায়রম্লগা কুইরমদ্রে। ওটোরিক্সাদা কাখৎলগা তুং হন্দুনা য়েংথোক্লুই। অহন অদো কদায়দা মাঙখ্রবা উখিদ্রে। চাউরবা মম্লবা দলান অদো মম্রি মম্রি অদুদা তপ্পা তপ্পা ঈরাক্লবগুম তৌরকখি। □

-মে, ২০০১



# ঈশিং ইচাও

ওরাং নুমিদাং তূন্নমদাইদা ময়াম ঙাঙনরকপদো তাবনি—বাগাথিংবী পাথোক্কদৌরে। অদুবু নোংঙাল্লকপদা অসুম হায়না মাইকৈ মরি ঈশিংনা বাগ-বাহারদা লংদুনা লৈরমগনি হায়বসিদি খল্লুদে। ঈশিং ফনা চাউরবসু বাগাথিংবী অসি পাথোক্কনদবনি। হোয়, অদুঙৈ বাগাগা নুংফৌগা শম্নরিঙৈদা নোংজু পাদ্বাদা তুরেলগী ঈশিং হাইজিল্লকুনা বাগাসু তোয়না ঈমায় চোল্লম্বা য়াই। অদুঙৈগী মতমদুদদি নোংজু পাদ্বাদা চা-বাগানগী কোয়লা চা-মনানচিংবা পোৎচৈ হোন্দোক-হোঞ্জিন তৌবা জহাজ, হায়বদি ষ্টিমার মচা মচা বাগা মরীন্দা ফনা য়াম্না চঙলম্মী হায়। মদুগী অরোইবা ষ্টিমার থাংফমদো কুইদ্রি খোঙ্গুল মুৎখিবা। হৌজিক্তি বাগা মরীন খূজিনখ্রে, খোংমচা অমা ওনখ্রে। কনানা থাজগনি বাগা-মরীন অসিদা ষ্টিমার চঙলম্মী হায়বা ! বাগা-মরীনদি লায়রদুনা নুংফৌদা ফাওবা ষ্টিমার কাখৎলকখিদ্রে। নুংফৌগী ব্রাদি তোক্লদুনা বরাক্তা ফাওবা ষ্টিমার কাখৎলকখিদবা কুইরে, ফনা য়াম্না কুইরে।

অদুবু ঈশিং ঈচাওদি থাইনগী অদুম হায়না অদুম চাউরি। নুংফৌনা চাইবদি খরা ফৈ, বরাক্না চিংথখি। বরাক্না চাউবদি মাইকৈ মরি ঈপাক্কা মাম্নে, নূংফৌদা হাগৎলকই, খোঙ মচা পূম্নমক একাকার ওইখি। অদুবু নূংফৌগা বাগাগা শম্নরম্বদো সোরোক থোন্দুনা থদৎখিবদগীদি বাগা মরীন অসি ঈশিং ঈমায় পংপা পাথোরক্রে।

গোপীমোহন্না খঙলকপদগী চহী নীফুমরি-মঙারোমসিদা অহুম্নক্করা করিনো বাগাথিংবী অসি পাথোকখিবা। অমুকথক্তি য়াম্না শাথীনা পাথোকখি, মখোয়গী ইংখোম্নুং ফাওবা ঈশিং চঙখি, লৌসু শোকখি। হন্দক্কীসিসু য়াম্না চাউগদবা মাম্লি, শুমাঙ মতোন য়ৌনীং-য়ৌমাঙ তৌরক্লে।

বাগা ব্রাংমদা বিপ্রাদা উ খারি অনী তাদুনা লৈবদো নীংশিংলকই। য়ূম শাগে হায়দুনা হাকুমদগী য়ান্দুনা থম্বনি। কোরাতিনা শংইগা শংদেগা তৌবদা খায়দদুনা লৈরক্লিবনি। ঈশিং খুৎচাউ অসিদা তাউথোকখিদ্রা করিনো।

তাউথখিদনবা যেসা উপায় অমা তৌরুদবা য়াদে। চামগী খারিনি, মমল য়ামগ্রবা, হেক-হাকসু ফংবা নত্তে।

ব্রা খরা লৈরিবদো খোমজিন্দুনা ঈশিং হাইজিন্নক্রিবা ইংখোল মপান অদুদা উঙাম অমা শেম্লবা থৌরাং তৌরকই গোপীমোহন। বাকাল অকংবগা মাউবীগনি। শঙ্গোইগী উরাদা থেত্তুনা থম্বা শাংলবা লী অদু লৌথদুনা তংখায় খায়দোক্লগা ব্রা-শিংদো লাকশিল্লি। মচানুপা অহন গোপালনা মপানা তৌরিবদুদা মতেঙ পাংশিল্লি। অদুবু থোইনা খোয়জংদে, মমান্নবা খরনা ঈশিং চাউবা য়েংলুসি হায়দুনা হৌরম্বদো মদুনা মঙোন্দা খোয়রাং খোয়শাউনহল্লি। মচানুপা য়াইমা গোকুলদি খরা অঙাংনিনা থব্রায় য়াওরি, উঙাম তোংবা ফংগনি হায়বগী আশাদা।

গোপীরমনদো অয়ুক হেক হেক লাকপনি। গোপীমোহনগা মতাও শান্নবনি, য়াম্না লুনা তৌনবনি। মহাকতি নুংফৌ মপান্দা তাবনিনা উঙাম শাবসি হৈ। মখোয়দি তুরেল লাহোক-লানশিন তৌবসি উঙামদা তৌই। হি লোইবদি ইমুং অম-নীতনি। অদুবু ঙসিদি লাকপা লৈখিদ্রে।

লাকহন্নীংবা নুপা অদুদি লাক্তদুনা গোপীমোহন্না ওহোক্লা মশক নুংশিখিদ্রবা মীওই সনাহলদো থোঙ্গালরোমদগী চরুপ চিংল-চিংলদুনা মফি-মরোল নান্না চঙলকই। য়াম্না তোনান্না হৌরকপনি। ব্রাজাও ঙাঙ্‌বা, গপ তৌজনীংবা, নুপী মনাক্তা হেঙো হেঙো তৌবা মাগী হৈনজবীনি। চহী য়াংখৈরোম শুরবা ফাওবা মাগী হৈনবীসি থাদোক্কে। মহাক চঙলকপা উবদা গোপীমোহন তীনবী হৌরকই। ময়াম্না ঈশিং চাউরে হায়দুনা পাখৎনরি, অদুগা মহাক্না তোমান শেৎতুনা কুঞ্জা কাওদুনা কোয়বা শারি। মথৌ নত্তনা মথৌ শারদুনা চঙশিল্লক্কুনা হংলৈ, "নখোয় নপা-নচানা তৌরিদুবু করিগীনো?"

গোপীমোহন তাশিন্নদে। মচানুপা অহন গোপালনা খুমই, "বাগা ব্রাংমদা বিশ্রাদা উ খারি অনী লৈবদো পুনশিল্লুনবা তৌরিবা।"

"পুনশিল্লুচো, কন্না পুনশিল্লুচো। ঈশিংসে য়াম্না চাউদৌরিমাল্লে। ঙরাংদি মণিপুরগী ডি-সিনা জিলাগী ডি-সিদা তেলি তৌরকই হায়—মণিপুরগী পন নমখায়গ্রে, চেকশিল্লু, কাছাড় ঈশিং শাথীনা চাউরনি — তেলিগী মরোলদো অসুম্না হায়মাল্লে, মণিপুর ব্রাল ব্রেক কাছাড় বিগ ফ্লাদ।"

ক্লাস ফোর-ফাইভ ফাওবা তম্নুবগী ইংরাজি-বিদ্যা অদো তাঞ্জা ফংদুনা সনাহল উৎথোরকই।

"ইপনদি ইংরাজি য়াম্না হৈরিজাৎনিনা।" মেট্রিক য়ৌনীং-য়ৌমাঙ তম্নবা গোপালনা মপুক্লিংদা নোক্লিংলিবদো ফোঙদোক্তনা হায়রকই।

"খরা খরদি তমহৌবনিনা অদুম হৈ। নখোয়গী হৌজিক্কালগী মেট্রিক্কা ঐদি অমুক্তা লাম্বা তৌননীংলিবনিনে।" সনাহলগী গপ মকা ফন্দোরকই।

"ইপনদি মণিপুর চৎলুরবনি মণিপুরগী পনদো উরক্রম্রনি। কয়াম চাউবা পম্নো ?" খরা অঙাং ওইরিবা গোকুলনা হংলকই।

"কুইরেদা ইবো ঐনা মণিপুরদা চৎলুবদো। নখোয়গী তাচৌখোয়মুক চাউরকপা মতাং অদুদনি মণিপুর য়েংনীংমনখ্রদুনা ইতাও রাধামোহনগা চেনমিন্নবদো খোঙনা তোংজে মরীন্দা। নখোয়গী হৌজিক্কালগী প্লেন-পেরাংসে লৈত্রিঙেগী ৱানিদা। থা অনীরোমনি মণিপুর কোয়থুং থুংনা কোয়রকপসি, য়েংলক্তবা অমত্তা য়াওরক্তে। অদুবু পনদুদি য়েংলক্তে, চাউদি চাউরম্বা তাই....।" মণিপুরগী পনগী ৱারীদো লোইশিনবা নংহৌদ্রে, শঙ্গোইরোমদগী গ্রোং-গ্রাং লাউবা মখোল অমদা।

ঈন চিংবা চৎকদগী গোপীগী নুপীনা শঙ্গোইদা য়াল্লিবা হঙ্গেন-পৌরাদো ফান অমা থারগা লৌথনবা হোৎনবদা মল্লবা শোল্লবা শগাইদো নাকন অমদা তেকথরকপনি। গোপীগী নুপীবুদি শোকহৌদ্রে, অদুবু শগাইদা থম্বা লাঙ্গোলগী খুৎপাইফম অদুদি তেক্লে। সনাহলনা প্রপ প্রপ চেনশিনখি, গোপীমোহনদি চঙশিনবা নংহৌদে।

"ফরে ফরে, ইচনসিদি নশাবু শোকহৌদ্রবদি।" সনাহলনা অহন শারদুনা হায়রকই।

গোপীমোহন ৱা অমত্তা ঙাঙদে। মাগী নুপীরোমদা শাউনীংগুম খারপ য়েংই। ঙাইহাক ফমথবা য়াননবা সনাহলনা চুরুপ লাল্লকই। গোপীনা থক্লিংদে হায়দুনা লৌদ্রে। মদুগী অর্থ সনাহলনা করি হায়না লৌখিবনো খঙদে, পংকুই কুইরমদ্রে।

"ফরে ফরে, অদুদি নপা-নচা তৌহৌরো। ঐ ঈশিং চাউবা য়েংলুখিগে।" হায়রম্লগা সনাহল চৎখ্রে।

গোপীমোহনগী মখোইদৌ শাউগৎপদো খরদি ফবগুম তৌই। অদুবু মপূক্লিংদদি খল্লি, মসিগী নুপাসে উবদা দাউ য়াগদবা মান্দে। মচিন্দদি হায়দোক্তে।

হায়গুম্লদুনা মপা-মচা মখোয় অহম্না য়াম্না ৱানা কল্লবা ঈশিং-ঈচেলগা লাম্ছেংনদুনা খোংগী ৱাং লাম্ছোক্লগা বিশ্রা য়ৌরকপদি উ-খারি অনীমক অমত্তা লৈরমদ্রে। গোপীমোহন শাথীনা মথৱায় নুংঙাইরক্তে, মশা ফাওবা খংশোন শোম্ছখিবগুম তৌই। য়ূম মচা অমত্তং খরা ফজনা শাজগে হায়দুনা নীংলকখিবা আশাদো পূমকায় কায়খিবগুম তৌই।

করিসু তৌনীংঙাই লৈত্রবনিনা মপা-মচা অহমদো অমুক হন্নবা তৌরকই। উঙামদো খরা থৌদোরকপগা হন্দক্তি ঈশিং ঈচেলদো য়াম্না কনবদৌনা তৌরকই, ঈরৈসু য়াওরকই। ঙসাইদি ঈচেলবু মখোয়না ঙমতক তৌদুনা লাল্লকপনি, হন্দক্তি ঈচেলনা শাথীনা লাকচরে। উঙামদো চুম্না হোনবা ঙমশিল্লক্নে। ঈয়ায় য়ৌরকপদদি উঙামদো ফনা কম্না ঈচেলনা চেহ্নরে। অদুবু চেহ্নরসু চেহ্ননা মখোয় অহম লান্দবদি য়াদবনি ঈচেলগী খোঙলে য়েংল-য়েংলদুনা হোন্ননবা তৌই। অকনবা লাহেং অমনি। উঙামদো ঈচেলনা ফনা শাংনা চেহ্নরবা মতুংদা ঈরৈ অমনা মখোয়বু লম্বী মপানগী ঈচেল থোইনা লৈতবা মফম অমদা মীনুংশি খঙবদৌনা ঈনশিনবিরম্রে। মসিদগীদি ঈরোয়বা য়ারনি খন্দুনা মখোয় অহম উঙামদগী চোংথরে। ঈচিন-নাচিন্না মখোয় অহম লম্বীদা কাখৎলক্নে। অদুবু উঙাম অদুদি অদুম তাউথখ্রে।

লম্বী মথক্তা ঈশিং পাথোক্নুনা চেল্লি। ঈশিং কয়াম লুরমগদবা খঙদে। অদুনা করিগুম্বদা অরুবা মফম লৈরম্রবসু হায়দুনা মখোয় অহম মখুৎ শম্নদুনা তপ্না তপ্না মতা য়েংদুনা লাহোরক্নে। মোজা ফুরিৎ অম-মম লিৎলিবদো লৌথোক্নুনা শুমদোক্লগা মশা মশা তৈথোক্লরে। শেৎলিবা খুদৈশিং অদুসু খরা খরা শুমদোক্নে।

লম্বীদগী পাথদুনা চেল্লিবা ঈশিংগী মাইকৈরোমদা ওনশিন্দুনা পোপীনা য়েংই। লম্বী মপানগী লৌশিং অদুদি অমত্তা হিংলরোই, ঈশিংগী শাফুদা খাঙবা ঙম্বগী ৱা লৈতে, লৈবাক ফাওবা ঈচেলনা শাথীনা তৌখায়রম্ননি। লৌবুক পূম্নমক ঈশিংদা লুপম্রে, য়েংখি য়েংখিবদা ঈশিংগী ঈশিং ঙাক্তা। কনাগী লৌফম্না কদায়দা লৈম্রবা ! খুন অনীগী লৌবুকশিং অদু একাকার ওইখ্রে। মেরাদা ঈশিং চাউবসিদি লৌমীগী মকোক্তা মখুৎ হাপহনবনি। লৌ পূম্নমক পোমগদগী তৌরক্লবা মতাংনি, পোম্বসু য়াওরক্লবনি। ঈশিং হছখ্রবসু লৌ অমুক হনবদি য়াররোই। লৌ খরা হিংহৌবা য়াওরগসু মওংদি থোইনা চাররোই। ঈশিংদা লুপ্লুরবা লৌনা অনৌবা মনা চোংখৎলকপদা তীন তাবা য়াই, তীন তাগল্লি। য়েংহৈবা পোৎ নত্তে। অশংবা ফৌনা উবপোৎ নত্তে, লোইনা পূমঙৌ। লৌ অমত্তা লোক্লরোইদৌরিবনি।

"তাচৌ, ঐখোয়গী উঙামসে অসুম অসুম তাউথখিদুনা সমদ্রু য়ৌথিদৌরিবনিকো!" গোকুলনা ময়াম্বদা হংবা ৱাহং অদো তাবদা গোপী ভাব খংতা তারকই।

মচীন-মনাও অনীদো লাপ্না উবোই-উদবোই উঙাম্না তাউথরিবা অদোমদা মুম্না য়েংদুনা লৈরম্মী।

মপা-মচা অহমদো ময়ূম পাংলকই। খুনগী খুঞ্জিনদা মী ময়াম অমা ইন চিংলি। ঈন চিংফমদা ওইরমাল্লে মী খরা লাউনবা তায়, খৎন-চৈনবসু মাল্লি।

ঈন চিংলিবশিংদো নুপী ঙাক্তনি, নুপা খরনা ভাবোক ওইনা য়েংলি। মৈতৈ নুপীনা ঈন চিংনীংবগী ব্রাসিদি করি অমুক হায়রুনি, লাইর-ইনাকখুনবা খায়দে, অচৌ-মচা নাইদে। অদুঙৈ কেগে মোইরাং লৈবাক্তা মদোম পোকপী থাদোই ফাওবনা লৈশারিঙৈ ফাওবদা লোক্তাক পাৎতা ঈন চিংখিবদুনি। মোইরাংপর্বগী ব্রারী অদো গোপীমোহন কদায়দগীনো খংনীং নীংশিংলকই।

ঈশিংগী ঈরাওখোল অদুদা ঙসাইমখৈ লাউনরিবদো ময়েক শেংলমদ্রগসু নকশিল্লক্লগদি গোপী খঙলে, লাউনরিবদো মাগী নুপীগা চোংথাম চূড়ামণিগী নুপীগনি। খৎনবগী মরম্লা, মাগী নুপীগী ঈনদা ঙাশীং ময়াইরপ ওইনা চাউবা অমা লকই, মদু চূড়ামণিগী নুপীনা মখোয়গীনি, মখোয়গী পুখ্রি পাথোরক্তুনা চেঙ্গোরকপনি – অসিনি।

"পুখ্রিদা ঙা য়োকপসিবু ইনম্মখোয়গীতরা ? অদুগীসু মথক্তা পুখ্রিদগী চেঙ্গোরকপনি হায়বসি করম্লা হেক্তা হায়রিনো ? পাক্তগীসু ওইবা য়াই তুরেলদগীসু ওইবা য়াই।" গোপীগী নুপীসু অরায়বদি নত্তে, মশমগা মশমগা ফোংদৎনদেতনি খাক্লিবা।

অতৈগা ওইরল্লগদি খরসু ফরমগদবনি। মখোয় অনী ওইবদুদা মৈরৌ হেনবগী ব্রানি। মখোয় অনীগী থনুংদা ফুম্নদুনা থায়না লৈশারিঙৈদগী হৌনা ওমচাক্লনা লৈরকপা মৈচাক অমা লৈ, মদু হেক হেক মতাং মতাংদা ফৃদোরকই। ঙসিসু মথি ফোংলকপগী ব্রানি। গোপীগী নুপীগী মীচংদা মী অম-নী য়াওবদুগী মনুংদা সনাহলসু য়াওরি। মহাক্লা হায়বদো তায়, "ঈশিংদা লৈবা ঙাবু নম্বর থাব্রনে ? ঐখোয়গীনি মখোয়গীনি হায়রিসিবু করম হায়না হেক্তা হায়রিবনো ?"

সনাহল উবদা গোপীগী শাউনীংবদো খঙহৌদনা লুতোন কারকই। উগী খারি লৈরমদবনে, ঈশিং-ঈচেলগা লাম্ভেংনবদা চোকথরকপনে, উঙাম তাউথখিবনে, লৌনা ঈরাক্লহৌবনে—লোইনমক পূনশিল্লকই। প্রপ প্রপ চঙশিনখিদুনা মাগী নুপীগী ঈনদো তাপ পায়দুনা শুগৎক-শুদগা তৌদুনা মরাল লৈজদবা হঙ্গেনদো থুদেকপিরে। থিঙেন তাইনবা ঙমদ্রগা নাশিখোংদা তাইনবিরে। অদুদগী মচানুপী অতোম্বীনা পায়রিবা তুঙ্গোল অদু তাপ লাক্তুনা ঈশিংদা লংথোকপ্লে, "তস্ ফরেদনা অসি ওইরদি।" হায়রল্লগা মখা তারমদনা অদুম লাক্লে।

ঈরু-মায়থজদুনা কাখৎলক্লগা চাকচা-ফি হোংদুনা চন্দোন-চৱা থিল্লিঙৈদা মচাশিংনা নিঙোল-কাগী ফমুংদা ফমদুনা ঙাঙনবদো তায় –

"ঙসাইগী ঙাদো ইচে নঙ উহৌদদুনা তৌবনি, চাউখ্রবা জাৎনি।"

"সমক্রু য়ৌরস্ত্রনি।"

"উম্।"

"সমক্রুসিবু কয়াম লাপ্পা জাৎনো ?"

মচাশিংনা ঙাঙনবিবদো তারগা গোপী নুঙাইরক্তে। ঙাইহাক্কী গ্রোক গ্রোক চাক্লা শাউনীংবদুদা খাঙবা ঙমদদুনা তৌখিবদো খল্লুবদা নুংঙাইরক্তে।

চাক-ঈশিং চাবা লোইরগা মাঙ্গোন্দা ফল্লিঙৈদা মমানা থাঙ অমা পীরগা হায়রে – "ঈনগী হঙ্গেন তেক্লমাল্লে, অমুক্তা শেমজিল্লু। ঐসু ঈন চিংলুখিগে। ঙা য়াম্না ফানৈ হায়রিয়ে।"

হঙ্গেন শেম্বা লোইরগা মমানা ঈন পুদুনা থোকখ্রে। মচাশিংসু ঈশিং চাউবা য়েংলুনি হায়দুনা চৎনখ্রে।

মাঙ্গোলদা ফমদুনা গোপী মতোমদা করিনো খল্লিঙৈদা নুপীনা হিদাক হান্দুনা পুথোরকই। গোপীনা মাবু মুম্না য়েংই। হকচাংদা ফুরিৎ থোংদে, ফি মচা অমা ফাওবা ইন্দে। ফদি ফজবা জাৎনি – গোপী মপূক্লিংদা খল্লকই, মশক-মতৌ শাওং-শাদা করিমতা ৱাত্তে।

"করিনো চাথোক্কদৌগুম য়েংলিদুবু ? ফজরেহে ময়াম মমাঙদা করি থোকই হায়দুনা তৌ-শারিনো ?" নুপীনা শাউরংননা হায়রস্লগা ইমুংদা চঙখি।

"নঙোন্দা শাউবা নত্তেনে। .... অদুদা খোয়দৌ হেক শাউগৎলকপা।" হায়রগা মাসু ফুক হৌগত্তুনা তুংদা-মাংথা ইমুংদা চঙখি। ❑

-অক্টোবর ২০০১

# চাহৈদবা উহৈ চারুবদগী

সন্ধ্যা-য়াচংলকপগী মন্নি-মন্নিরকপা তাঞ্জা অদুদা লাই-থাউমৈ থান্দুনা সখীতোম্বী বৃন্দাদেবী খুরুম্বতা ঙায়রি পাখংমচা অদুনা পাউদো পীরে। নোং মংদনা কোকথক্তা বজ্রনা পানবা হায়বদুমক থোকখি সখীতোম্বীদা। মমিৎ-মনা তন্দন পাইরকখি, মাশা পূম্নমক ইচোক চোকথরকখি, লেপ্লম্বদগী ফমথখিব্রা তুথখিব্রা খঙহৌদে।

ঙাইহাক লৈরগা স্তান হাইফেৎ তাররক্লবা মতুংদা পাখংমচাদুদা হংই, "অদুদি হৌজিক কমদৌবা তারি ?"

"ঐসু করিমতা খঙজদে। ঐখোয়গী তামোনা অকৃপ্পা পাউ লৌনবা কন্না হোৎনরি।" হায়রম্লগা থীহুরম্বা তৌদনা পাখংমচাদো চৎখ্রে।

নুমিদাং মনেম্বোক্লা কৈথেলদগী কূপ্লরুগা মমৌনুপীগী মতৌ অদো উবদা ভাব তাই- করিনোমা তৌরে। মমৌনুপীদা হংই, "করিনো নঙবু নশা নুংঙাইত্রনে ?"

হায়দোক্লনুসিরা খল্লম্বনি সখীতোম্বী, অদুবু মৈবু ফিনা কুইনা কূপতুনা থম্বদি য়ারোইদবনিনা তপ্পা তপ্পা পাউদো তমই, "পোৎকা কোম্নমা ফাবা ওইরমল্লে, বিহারদনি হায়। মাগা চৎমিন্নখিবা মাগী মরূপ জামালসু গাড়িগী ড্রাইভরসু পূম্না ওইরমাল্লে। অকৃপ্পা পাউদি ফংদ্রি হায়।"

মনি-মমৌ অনীমক নুমিদাং অদো চাক-ঈশিং চাদ্রে। অঙাং অহুম অদুদি হঙ্গাম মকা খরা লৈবদু থোংদুনা পীজরগা তূমহনখ্রে। থোক্লিবা থৌদোক অদু করিমতা খঙদবনিনা মখোয়দি নুংঙাইনা তূপ্লি। সখীতোম্বীদি ফমুংদা কাখত্তুনা হীপ্পগী ব্রাতনি, মমিৎ কক্লা অমফাও উইশিনবা ঙমদে। অহনগা অঙাংগা খেন্নরিবসে অসি ওইরে ! মনেম্বোকসু তূম্বা য়ামরমগদবা মান্দে- মপূক্লিংদা মওল মওল খল্লকই সখীতোম্বী।

মরূদি মানি, মাগী মরালনি- মওল মওল খল্লকই সখীতোম্বী। মাননি ব্রাদো ইহান-হান্না হৌদোক্লুবা, মাননি মপূরোইবদা কল্লক-মিহৌ পোকহল্লুবা। নীংশিংলকই, অদামদা ঈভনা চাহৈদবা উহৈ মিহৌহন্দুনা

চামিন্নবদগী মখোয় অনীমক লৈখা তাখিবগী ব্রারীদো। টোরিং সিনেমাগী ফীজং মচাদা বাইবলগী ব্রারীদো মতেক অমা উৎপদা উহৌবনি। চহী কয়া মমাঙদা উখিবনি মানা লৈশারিঙেদা।

নীংশিংলকই, সরোজিনীগা মতম কুইনগী মতুংদা উন্নবা নুমিৎ অদো। নুমিৎ অদো মচানুপী অতোম্বী চহী মঙারোমতা ঙায়রিবী অদু পুদুনা মপাম চৎলুবনি। হন্নকপদা মখোঙনা চৎপা ব্রারে হায়দুনা রিক্সা ফাগদগী ঙাইরিঙেদা মারুতী কার অমা মনাক্তা খন্নখি, ইথা-থাজদনা কার মনুংদগী কৌরকখি, "সখীতোম্বী, সখীতোম্বী নৎত্রনে ? কায় চৎলুরিনো ?"

"হাইমা, সরোজিনী ! নঙনা কদায়দা ?" গাড়ি মনুংদা ফন্নিবী মঙোন্দা ওনশিন্দুনা হংই। উন্নদবা কুইরবনি, য়াম্না লুনা নোংমতা থাদোক্ল দনা তিন্নরকখিবনি, অদুনা মশক লাকশিনবদা ব্রাখিদে।

"কুইরেদা উন্নদবা। লাউ কাখৎলকউ লাউ, ঐখোয়গীদা চৎলুসি।" হায়রগা গাড়িগী থোঙ অদো হাংদোরকই।

"নোংমা লাক্কে, ঙসিদি চৎলরোই।" মফি-মরোল জুগোৎ চাদবদুদা সখীতোম্বীনা হায়। সরোজিনীনা শেৎলি-চারিবদুগা খেন্নমনথ্রদুনা ইকায়জবা পোক্লকই।

"হাই হিংচাবীসিদি ! ঐ হোরেন থিনবিগেনে।" হায়রগা গাড়িদা নম্বোই-হাবোই চিংশিন্দুনা ফমহল্লগা ফাগি তৌরকই, "অউবা মী য়াওরবদি মশানা য়াদবা নুপী ফাদুনা পুরিবোই খল্লনি।"

গাড়ি মনুংদা ব্রারী শানা শানা সরোজিনীনা হংলকই, "কমদৌরিগে নখোয়গী কবি'দুবু ? শৈরেং-ককা ইরিব্রা ? করি হায়য়ে পরেংদুবু - পোকমিন্নরগা লৈগী জাৎতা শাৎমিন্নসিকো লৈখোক অমত্তদা, পোকমিন্নরগা চেক্লাগী মপোক্তা তোংমিন্নসিকো উশা অমত্তদা। অদুদনিনে নঙনা হেক্তো পঙথখিবদো ! হৈবোকচীংদা-কা চৎমিন্নরিব্রা হৌজিকসু ?"

"চো-দা তোকও, অঙাংশিংসু য়াওরি ! অতোপ্পা ব্রারী শান্নসিবা কৈদৌবগে ?" সখীতোম্বীনা ব্রারীদো অমরোমদা থৈদোক্লবা হংঙি, "গাড়িসিবু...?"

"মানে, ঐখোয়গীনে। লৈবা কুইদ্রিয়ে। লুপা লাখ....।"

ড্রাইভরনা গাড়িগী ব্রেক খংফা ফাবদুদা ব্রাদো লোইশিনখিদ্রে। মাঙদা শন অমা চেনশিল্লক্লুনা তক্লদবা খজিক্তা ঙায়রম্মী।

গাড়িগী স্পিদ অমুক কনখৎলকখি। মনীংগী সিটতা মখোয় অনীগী ব্রারীগী স্পিদসু কনখৎলকখি। মচানুপীনা মমাঙগী সিটতা ড্রাইভরগা ফম্মিন্নরি, অহানবা কার তোংবগী অঙকপা নুংঙাইবা অমা মঙোন্দা ফাওবগুম তৌরি।

"নঙদি নরাইবক ফৈনে। নশক ফাওবা ফজথোরক্লে, লৈশারিঙৈগা হারুরদি।" হায়দোক্লুরগা মতোমতা ইকায়জরকখি সখীতোম্বী—কদায়দগী হায়রুরিবা, মানা করি হায়না পৌরমগদবা !

থাঙ্জেশেংববুদি, লৈশারিঙৈদা মখোয় অনী খরদি অদুম খেন্নরকই। সখীতোম্বীনা শাওং-শাদা ফজে, থীক-থা করিমতা ব্রাণ্ডে, কুচু পাল্লি, মায়থোঙ রাশি লৈ, অদুগা সরোজিনীনা তোঙ্গানৈ, ফিগর তাদে হায়দুনা মরক মরক্তা মতোমতা খোয়দৌ শাগৎলি, কুচুসু অমুবা হায়বমক য়াদ্রবসু কুলৈ কুচুমক্তি নত্তে, হোয় মায়থোঙদা রাশি মচা অমদি য়াওই, অদুগা য়াম্না রাশি লৈবনা মানা ব্রা ঙাঙথোকপদনি, নোকথোরকপদনি। মখোয় অনীগী মনাক্তা ঙংলখিবা খোইমু নহা খ্বাংজেংবশিংদো মসিমদি ফৃদিৎতা মাঙজোং চোংহল্লসিদো হায়দুনা খল্লকপদা সোরোজিনীনা মকোক পৃমঙাও ঙাওহন্দুনা থাদোকখিবা কয়ানি। গাড়িদো অমুক্তং খংশু-শুদরগা খংচোং চোংখৎলকপদুদা সখীতোম্বী 'জ্ঞান খংতা তারকই—কদায়দনো মানা মাঙলুরিবসিবু !

ড্রাইভরদুনা ইকায়বগীরা শাউনীংবগীরা অকামপেৎ থাংদুনা চৈরকই, "থোরাইমচা, লম্বীনি হায়দুনা....।"

ড্রাইভরগী ব্রাদো থৌওইনা তাদবগী মতাশুম সখীতোম্বীনা সরোজিনীরোমদা ওনশিল্লি, "অঙাংশিংদি করি করি তন্নি ?"

"নুপীমচা অহনদুনা টেনদা, য়াইমবীদুনা এইটতা, অহুমগুবদুনা নুপামচানি মানা সিক্সতা- লোইনা দিল্লিদা তন্নি। অদুগা ইতোন-তোম্বী অদুনা লিটল ফ্লব্রারদা, মাদি অঙাং ওইরি, অদুবু থাদোকখ্রনি মাসু বোম্বেদা, মিং চনবগী ব্রা-কা ঙাঙনদুনা লোইরে। বোম্বেদা তমহনবসু ফৈনেকো।" সরোজিনীগী ব্রাঙাঙ অদুদা নুংঙাই-য়াইফবা ইমুং অমগী শক্তম অদো মকারাম্না চোংথোরকই।

"অদুদি নখোয় অনী লৈশাবী-পাখং শাদুনা লৈরেনে অঙাংমখৈ থাদোকখ্রগা।" সখীতোম্বীনা ফাগি তৌই।

"হিংচাবীসিদি!" মখুৎনা তাক থারকই, লৈশারিঙৈগী হৈনবীদো থাদোক্লি সরোজিনী।

মখোয়গী কোছোং মপা য়ৌরমাল্লে। ড্রাইভরনা গাড়িগী হোর্ন শাংনা অনীরক খোংই। থীন্দনা নুপা অমনা চাউরবা হোজং অদো হাংদোরকই। চেকপন্না ব্রাংনা ইকোয়-কোয়না খাজিনবা চাউরবা ইংখোললনি। ইংখোলগী অকোয়বদা হৈপাল-লৈপাল, ইনশাং-নাপী, শূমাঙ মতোন ওইরপ্না পুখ্রিমচা অমা, ময়ায়দা ঈশিং পেরে কাপ্লবা ওইরমাল্লে মতোক পানবা

যূম্বী অমা য়ুংলি, শূমাঙ অকোয়বদো পাক্কা চল্লি। ময়ামদো উরগা সখীতোম্বী মতোমতা খংপিক পিকশিল্লকখি।

গাড়িদগী কূমথরগা সরোজিনীনা মাঙ থানা দারীগী সিরিদা কাখৎলি। সনাতোম্বীনা খোঙউপ লৌথোক্লে তৌবদা লাউরকই, "হাই, করিগীনো খোংউপ লৌথোক্কদৌরিবা ? কাখৎলকউ অদুম কাখৎলকউ।"

অদুবু খোঙউপ লৌথোকই সখীতোম্বী, ব্যভারগী ব্রাতা নত্তনা খাঙউপ য়াওনা কাগদবা হঙ্গোইরকই। মার্বলগী মার্বল ঙাক্তা ঙৌরোক ঙৌনা শূৎ নাম্না- সিরিদগী হৌদুনা মাঙ্গোন, ড্রোইংরুম....কা পূম্নমক।

ড্রোইংরুমগী চাউরবা থোৎলবা ফজরবা নাল্লবা সোফাদুদা ফমহল্লগা সরোজিনীনা কৌরকই, "রামকিষন, ও রামকিষন।"

নুপা অমা চেংথোরকই, ময়াং মাল্লি, রামকিষন হায়বদো ওইরমাল্লে।

"য়েংঙোই, ভাবীজিনি খঙলব্রা, কাউরোইদবনি, মত ভুলনা। ঐগী লৈশারিঙৈগী, জব্রানী মতমগী সহেলীনি খঙলব্রা, মালুম ! চা হাউনা লোল্লকউ.... চৎলো, জলদি।" অদুদগী সখীতোম্বীরোমদা ওনশিল্লগা হায়রকই, "ফন্নমউ, ঐ ইমুংলোমগী ফোনসে অমুক্তা পায়রুখিগে, ড্রোইংরুমগীসে য়াদবা থামুক ফারে।" হায়রল্লগা সরোজিনী ইমুংলোমদা চঙখ্রে।

মখোয়গী অসিগুম্বা য়ূম অসি সখীতোম্বী অমুক্তা উজদ্রি। মপান্দগীবুদি অচৌ-অচৌবা অব্রাং-অব্রাংবা য়ূম কয়া ময়াম শাৎগনরক্লিবসে উরে, মনুংদা চঙদুনা উবদি য়াওদ্রি। খল্লকই, মচৌ-অচৌবা অব্রাং-অব্রাংবা য়ূম ময়াম অমা শাগৎনরক্লিবশিংসে। মনুংদা লোইনমক মখোয়গী অসুম হায়না ফজরমগদ্রা! য়েংল-য়েংলগা পূমঙক ঙকখ্রে সখীতোম্বী। থাইনগী নিংথৌকোনুং-ককা হায়বদো অসুক চাউরিদ্রা, অসুক ফজরিদ্রা, অসুক নাল্লিদ্রা ! কদায়দগী পৈশানবু শারিবা ! ড্রোইংরুমদা লৈরিবা ফজ-ফজবা পোৎচৈশিং অসি কদায়দগীবু পুরক্লিবা, কনানবু শারিবা! পায়গদবা শোক্কদববু হঙ্গোই। সিলিং ময়াইদা য়াছরিবা লৈরোং লোঙবা লিক্লাইগী চাউরবা থাউমৈ অমা য়াছরিবসিনা কদায়দগীবু পুরক্লিবা । য়েংল-য়েংলগা মমিৎ-মমায় ইথক-থক্কৎলকই সখীতোম্বী।

রামকিষননা অচাপোৎ পুদুনা থোরকই ফজরবা ট্রে অমদা। অদুদগী অমুক চঙখ্রগা ট্রে অমদমুক কপ-প্লেটনে টি-পোৎনে অদুগা অতৈ করি করিনো পাত্র খরদা হাপতুনা পুথোরকই। সরোজিনীসু তুংথ-মাঙথা থোরকই।

রামকিষননা কপ-প্লেটশিংদো মী খুদিংগী মপাদা শৎ শৎ শীন্দোকই।

"চো চো, নঙগী নথৌ, আপনা কাম, তৌজরুরো।" হায়দুনা সরোজিনীনা মাবু থাদোকপিখ্রে।

সখীতোম্বীনা মমিৎ কৃপ্তমখৈ মাবু য়েংদুনা লৈবদো উবদা হায়রকই, "করিনো নঙনা চাথোক্লদগী য়েংলিবদুবু ?"

"মঙসে বিউটি কন্টেস্ট য়াওবা য়ারনি হায়দুনা য়েংলিবা। লৈশারিডঁদো ফিগর য়াওদে হায়দুনা নখোয়দৌ শাউগপদো, হৌজিক্তি ইবেম্মা...।"

"হিংচাবীসিদি ! ইঞ্চি টেপ হেক থাদুনা ওল্লবদৌনা।" মখোয় অনী নোকমিম্নে।

সরোজিনীনা কপশিং অদুদা ঈশিং অশাবদো হৈরগা সখীতোম্বীদা হংই, "নঙবু থাইনদি চিনি য়াম্না হৈনবদাইনে, কয়াম হাপ্লুগে ? চামচ অমা, অনী...।"

"নঙনা হাপনীংবা হাপ্লু।"

সরোজিনীনা তৌরিবদো মুম্না য়েংই সখীতোম্বী। অসুক কুইনা মানা চা থক্লক্লিবসে শেন্নগা পুথোরকপা ভাক্তনি—মরূপ-মপাংগীদা খঙদে, মরী-মতাগীদা খঙদে, লৈকাইগী হোটেলমচাশিংদসুনি। সরোজিনীনা কপশিং অদুদা চামচ মচা অমা-মম্না ওৎলগা পাত্র মচা অমদগী শঙ্গোম অমুক হৈরকই তপ্না তপ্না, অদুদগী চে অপাবনা য়োম্বা লং য়ানবা পেকেট মচা অম-মম থাদরগা মচানুপীগী কপতুদা লংদো পায়রগা চূপ চূপ থাঙ্গৎক-থাংদগা তৌরগা হায়রকই "সে সে অসুম হায়নকো।" অদুদগী মখা অমুক তাথরকই, "অচাপোৎশিংসে চাও, সে সে....।" হায়রগা অঙাং অদুগী মখুত্তা কেক অমা পী।

সখীতোম্বীসু মাগী মতৌ তমদুনা চেগী পেকেট মচা অদো চূপ চূপ লূপই, কপকী ঈশিং অদো চাগী মচু লাংশিল্লকই- খল্লি, চা-মনা ওইরে য়োম্লিবসে। অঙাং অদুনা কেকতো চাবা লোইবগা অচাপোৎ অম-মুক লামই, অম-মুক চায়। সখীতোম্বী মতোমতা ইকায়জরকই- সরোজিনীনা করি খল্লমগনি, ফংজদা চাকচা হায়দো ওইরে খল্লম্মোইদ্রা। অঙাং অদুনা লাম্বদা সেন্টর টেবল অদো পুংচাই, মীগী লুপ্প্রবা কার্পেট মথক অদুদসু। নুংশা থীজে মতোমতা, অঙাং মখুত্তগী কপসে তাদুনা চা হৈজিল্লদিনে...। মচাদা হায়, "চাদো ঈংখিসনু, তপ্না তপ্না থকউ।"

চা থক্লা থক্লা সরোজিনীনা ব্রারী তৌই- "ঐখোয়গী হাম্নগী য়ুমদো ইচিন্নাওশিংদা পীথোক্লন্নবা। ইংখোল অসি ঐখোয়না লৈজবনি, য়ুম অসি

শাবদা খরদি চঙখ্রে, পোৎচৈ খুত্তাং-লাক্তাং অসিদা। হৌজিকসু শেমজিন-শাজিনবা লোইদ্রি।”

চা-নুং থকপা লোইরগা ঙাইহাকমুক মাগী ব্রারীদো তারবা মতুংদা সখীতোম্বী হৌগৎপনা ফরবা খল্লকই, হায়, “চৎলগে অদুদি, নোংমা অমুক লাক্কে।”

“ঙাইখোনে হিংচাবীসিদি ! নয়ূমদা করি তৌরুগে হায়রিনো, করি থবক লৈহৌবগে ? অসুক কুইনগী মতুংদা উমরগবু হেক্তা চৎপা য়াব্রনে ?”

সখীতোম্বীসু য়াম্না কম্না চৎনীংববুদি নত্তে, মীগীসিদা অসুম ফমজিন্দুনা লৈরগা থবক কায়রমগদ্রা খন্দুনা হায়বগী ব্রানি। ব্রারীসু তাবা নুংঙাইরি।

সরোজিনীনা ব্রারী মথং-মথং তৌরকখি। হান্নদি মখোয়গী ফিভম অসি ফৎলমদে, সখীতোম্বীসু উহৌরিবনি। মতৈ-মনাও তান্নদুনা কারবার মখল-মখল্লি তৌরকখিবা, অদুদগী শির-শি চংঙ-চঙ হায়দুনা হৌজিক তৌরিবা কারবার অসিদা লাইবক য়েংবনি। লাইবক চুন্নুবা হায়বা তাই, লমহূই মখুন্দো থেংনখি। খুদোংথীবা কয়া নংখিদবদি নত্তে। অদুবু সঙ্গ ফবদগী হায়বা তাই,খুদোং থীবা পূম্নমক্তগী নাহোকরখি। শেনবু লৈরবদি ঐগী মী ঙাক্তনি, কনাগী অচৌ-অশাং খঙদে, মন্ত্রী এম এল এ খঙদে।”

চৎলমদাইদা সরোজিনীনা হায়রকখি, “ঐগী ইচা অতোম্বী নাহুৎকদৌরিকো থামুক মতুংদা। নঙ লাক্তবা য়ারোইকো।”

বার্তোন তৌরক্তুনা নাহুৎপদো চৎলুই। মী অতৈগী কর্ম-জর্ম চৎপদা পোৎয়েং লুপা য়াম্খেদগী পংহেন হেন্না তৌখিদে, মানা ঙমজবা তৌবনি খনখি। অদুবু সরোজিনী মচাগী নাহুৎপদুদা লুপা য়াম্খে তৌবা ঙমখিদে, চামা চৎপী অদু ফাওবা পিশক পিকশিনখি- চামঙা তৌবা লিশিং তৌবা ময়াম অদুগী মরক্তা। লাক্লখিবা নুপী ময়াম অদুগী মরক্তা মহাক তুম্বক তাশিন্দুনা লৈনীংখি। মাসু লৈকাইগী মচেম-মনেম থোকপীশিংদগী লিককোন-ফিরোল ব্রায়দুনা শেৎ-চারগা লাকপনি ইনাকখুনবা ইমুংগী থৌদোক্লিকো হায়দুনা। অদুগাদি লাক্লিবা ময়াম অদুগী মরক্তা মহাক ইমক-মকশিনখি- মণিপুরসিদা সনা-লিককোন অসুক য়াম্না লৈ হায়বসি মহাক খঙলমদে। লৈবাক অসিদা ইনাকখুনবা মীবু অসুক য়াম্না লৈব্রনে ! ঈশৈ অদো যশোদানা শক্লগা গায়ত্রীনা দুহার চৎপনি। নুমিৎ অদো মখোয়গী মমাঙদা পৈবা তরাচৎপী ময়াম অদুদি চীংদুম মচা মচামুক ব্রাংই, য়াংখৈ-চৎপী চাম-চৎপীসু য়াওখি। অচৌ-অশাংশিংদো কনানা করিনো মাদি খঙদে,

সরোজিনীনা খঙনহনবা মনাক্তা ফমিন্নবা নুপী অদুনা তাক্লকখি- হন্দক চঙলিবসিনা আই জি পিনি, হন্দক্লীসিনা এস পিনি....এম এল এনি, ঠিকাদারনি, ইঞ্জিনিয়ারনি, ডাইরেক্তরনি, সেক্রেটরিনি, ও-সিনি...। লোইবা নাইখিদে মথং মথং—কৃক ঈন্নখি। পীজ-পীথক্লী ব্রাদি তম্ফমবু খঙদে। মী অদুক য়াম্বা, চামরি চামঙাদো, মথেল-মকোয় অদুক য়াম্না করম্নবু শীল্লিবা। সখীতোম্বী মথেল কুন ফাওবদি থীহৌরি। থাইনগী নিংথেম-কীর্তোন-ককা হায়বদো অদুম হায়না তৌরিদ্রা ? অঙাং ওইরিঙৈদা মপূবোক্লা লীখিবনি নিংথেম-কীর্তোনগী ব্রারীদো।

অসুম হায়না মখোয় অনী মতম কুইনগী মতুংদা নকশিন্নরকখি, হঞ্জিল্লক্লবোই খনখি অদুঙৈগী লৈশারিঙৈ মতম অদো। মরক মরক্তা খল্লকপা হৌরকখি সখীতোম্বী- অসুম হায়না নংদুনা কয়াম কুইনা লৈগদগে ! মঙ মঙবা হৌরকখি- মখোয়সু নোংমদি সরোজিনীখোয়দৌনা ইন্নাকখুনবা য়াইনা, হায়নরিবদুনি- লাইরবা মপান শাবরা ইনাক-খুনবা মউ লিংবব্রা!

ব্রা অদো মপূরোইবদা নোংমদি হৌদোক্লুই। দীনচন্দ্রনা য়ানীংদনা হায়রকখি, "য়াম্না মিহৌচাউবসু ফত্তেকো। লাইবক্তা লৈরগা ঐখোয়সু মরাইনা নুংঙাইজরক্কনি।"

"লাইবক, লাইবক! লাইবক্তা অসুম্না তাইনরগা ফমদুনা লৈবনদি য়াবপোৎ নত্তে।" সখীতোম্বী চান্ননা শাউনীংখি। মখা তাথখি, "তূমদুনা লৈবা নোংশাগী খয়াত্তবু শজীনা চেনশিল্লকপা হৌনব্রনে ?"

সখীতোম্বীগী যুক্তি অদো দীনচন্দ্র ককপা ঙমখিদে।

পোৎচৈ গাড়ি-নুংলি—লোইনা সরোজিনীখোয়না শীল্লকখি। লুপা লাখ কয়াগী মাল ওইরিগদবদুদি খঙদে। মফমদু য়ৌনবা থিল্লুগদবতনি। লম্বীদা করি থোইদোকপা খুদোং থীনিংঙাই লৈতে। মকোক থোংবা পুলিশ ওফিসারশিং য়াওবনিনা মখোয়না ফননবা শীনখ্রবনি। লম্বীদা চেক তৌফম পূন্নমক শর শর অদুম লানগদৌরিবনি। সরোজিনীগা তান্নদুনা মখোয়গীসু শেয়ার মচা অমা য়াওখি- লিককোন লৈজবা খরদু কায়থোক্তুনা, অদুগা মপূরোইবগা ফি য়োনবা য়াওরিবা মারব্রারি মহাজনদুদা লাইফম চৎকদৌরিবনি হায়দুনা এডভান্স খরগা লৌদুনা। মাগা লুনা তিম্নবা মরূপ জামালসু নপশিল্লকখি। মরীন খাবনি জামালদো, তৌসি হায়বা থবক্তা মায় লৈবা মীতা নত্তে। মাগীসু শেন খরা পুথোরকখি।

(২)

নোংঙানবগা ইমুং-মনুংগী থবক-থনা থ্রপ থ্রপ লোইশিল্লগা সরোজিনীখোয়গীদা চৎলে। সরোজিনীগী নুপাদো লৈরমদে, ঙন্না চখোক্লম্মী। অদু ওইরবসু সরোজিনীনা লোইনা খঙবদৌনা হায়রকই, "করিমভা ব্রারুনু। ফনবা তৌগনি। ঈ-পাউ লৌনরি। গঞ্জাগী কেস অসিদি কৈসু লৈবা পোৎ নত্তে, নম্বর ফোরতবু খরা লুই হায়বগী ব্রানি। করিমত্তা নপূক্লিং শোম্বরুনু। ঈন চিংবা হায়বসিদি অমুক লকপা অমুক লক্তবা মহৌশানি, করি গুম্বা মতমদা ঈন শেগায়বা হঙ্গেন-পৌরা তেকফাও য়াওরিবনি। অদু হায় হায়দুনা ঈন চিংবা তোক্লবদি কদায়দগী ঙা লক্কনি।"

ময়ূমদা হল্লক্লগদি মনেম্বোকতো ফমুংদা ফৈজুপ চিংখত্তুনা লৈরম্রে। য়েংলুবদা মশা মৈমুক শাদুনা লৈরম্রে। করি তৌগদবা সখীতোম্বী ভাব তাদে। নুংথিল ফাওবা লাইহৌ হন্দ্রবদুদদি লৈকাইদা লৈবা কুমার কম্পাউণ্ডর কৌহল্লুরে। কুইনা কম্পাউণ্ডর ওইরক্লবনিনা ডাক্তরদৌনা খঙই হায়না ময়াম্না হায়নৈ। কোকচিকপা লাইহৌগুম্বা লাইনা মচা-মশূগীদি মানদুম হেম্না ফৈ হায়না থাজনৈ।

মচানুপা অহম্না স্কুলদগী কূন্নকপদা কুমার কম্পাউণ্ডরনা ইরম্বা হিদাকশিংদো লৈহল্লুনবা থারে। নুংশা থীরকই মমল য়াম্বা হিদাক ওইরম্নবদি কমদৌবা ! মপূরোইবনা থন্নম্বা শেন খরদো চিশিল্লক্লে। নোং-নীনিতং চালাইবা য়াননবা শেন খরতংনি থন্নম্মিবা। মনেম্বোক্লা নোংমগী কৈথেলদা য়েংশাং-নাপী য়োল্লগা খর-খরতং ফংলকপদুনা অকূপ-অতাই পুবদি অদুম ঙমই। অদুগী মথক্তা মপূরোইবসু কুইরক্কদবা নত্তে। অদুনা শেন য়াম্না থন্নমদে। অদুবু মীনা নীংবনা অমা লাইনা শীনবনা অমা।

নুমিৎ মরি-মঙানি ফাওবা মনেম্বোক্কী লাইহৌদো হম্বদ্রে। কুমার কম্পাউণ্ডরনা টাইফোইদ নৎত্রগা মেলেরিয়া ওইবা য়াই, অদুনা হোসপিতালদা পুখত্তুনা য়েংহনসি হায়রে। হোসপিতালদা পুখৎপা হায়রিবসে শেন চঙগদৌরিবনি। অসোমদনা মখুক্তা শেন খরা লৈরম্বদুসু লোইশিল্লক্লে, মনেম্বোক্কী শেম্বোক-লম্বীদুসু লৈত্রে। লিক-কোন খরদো লৈরন্নগদি উপায় খজিক্তসু ওইগদবা, অদুবু পূমকোক কোক্লে। মপূরোইবগী মব্রা-মপাউসু তাখিদ্রে।

নুমিৎ নীনি-হুম্নি খনগদমখৈ খল্লগা অয়ুক অমা সরোজিনীখোয়গীদা চৎলে। ইনাকখুনবগী গেটনি, মতম্নগা ফত্তবনিনা, মতম পূম্নমক্তা লোন্দুনা

লৈগল্লি। ফনা কুইনা থীনবনে কৌবনে তৌরবা মতুংদা মহাক্কি হায়বা খঙলবা অদুতা রামকিষননা গেট অদো হাংলগা কৌশিল্লকই, “নমস্কার ভাবীজি, আইয়ে, লাকপিয়ু।”

“মেম-সাহেব লৈবরা ?” চঙবগা হংই সখীতোম্বীনা।

“মেম-সাহেবতি লৈতে। সাহেবতি লৈ।”

“অদুদি ঐ কোন্না অমুক লাক্লগে।” হায়রগা হনগদগী তৌই।

মাঙোন্দগী সরোজিনীগী নুপানা কৌরকই, “ইবেম্মা, লেঙশিল্লকখো। লাক্লগা, হনগদৌরিবসিবু করিগীনো ? ঈ-পাউসু খরা লৈ।”

সরোজিনী লৈতবনিনা চঙদুনা ফম্বা হায়বদো ফজরোইদ্রা খল্লি সখীতোম্বী। অদুবু ঙাইহাক্তং ওইরবসু চঙদুনা ব্রা অম-নী ঙাঙনরমদনা হনখিবা হায়বদুসু ফজদে, সরোজিনীগী নুপানা করি খনগনি—পূকচেল পিকপা ওইনা খল্লোইদ্রা ! ইকায় ইকায়না দ্রোইংরুমদা ফমদুনা ঙাইহাক ব্রারী-ব্রাতাই শান্নরে।

চৎলমদাইদা সরোজিনীগী নুপানা হায়রকই, “ইবেম্মা, করিমতা চিংনগনু। ঐখোয়না ফনবা শীনগনি। তাঞ্জামা চাদবদগী তৌখিবনি। অদো, ঐ ব্রা অমা হায়গে, নত্তবকাদি খনগনু—করিগুম্বা শেনথুমগী অচিনবা লৈরবদি ঐঙোন্দা হেক্তা হায়য়ু, করিমতা কোইগনু। ঐখোয়দি তিন্নরবদি করিমতা খাক্তনা তিন্নবা জাৎনি।”

শেন খরদি হায়রুগে লাকপনি সখীতোম্বী। অদুবু সরোজিনী ওইরবদি ফৈদো, মাগী নুপাদদি হেক্তা করম্না হায়গনি, হায়গদবদো হঙোইদুনা তোক্লে।

হল্লকপদা লম্বীদা খন্না খন্না লাকই, সরোজিনীগী নুপাসে মবুক-মপাউদি ফবা জাৎনি, মীনুংশি চাউবা মাল্লি।

নুম্মিৎ তরানিমুক মতুংদা সরোজিনীখোয়দা অমুক্তা চৎলে, শেন খরা হায়রুদবা য়াদে। মনেম্বোক্তী ফিভমসু ফগত্তে, হিদাক-লাংথক লৈবদা লৈকাইদগী মচিৎ মচিৎ হারোই হারোই তৌবদুসু য়ামশিল্লক্লে। চেঙসু ব্রান্দুনা চারিবনি। লৈরক মচীনগী ইনে-মনিরৈমগী দুকান্দগী শোৎপদুসু য়ামশিল্লক্লে। ফিরোল খরা থমদোক-থমজিন তৌদুনা হোৎনবদুসু লৈশিল্লক্লে। সরোজিনী হল্লক্লম্বসু য়ারে, হপ্তামুক লৈরগা হল্লক্কনি হায়বনি।

অদুবু সরোজিনীদো হল্লক্লমদ্রি। মপূরোইবনা মাঙোন্দা করিনো অমা পাদুনা লৈরম্মী, কৌশিল্লকউ, “লেঙশিল্লকউ, লেঙশিল্লকই।”

ড্রোইংরুমদা ফমথবগা সরোজিনীগী নুপানা হায়রকই, "সোরোদো কলকতা চৎপনি হায়না চৎখ্রেগা বোম্বে য়ৌখ্রে, হপ্তামুক চোহুরকপা য়াই। অদো করিসু কায়দে, মঙোন্দা হায়নীংবা ব্রাদো ঐঙোন্দা অদুম হায়য়ু। সোরোগী মরূপতি ঐগীসু মরূপনি। অদো, মখোয়গী অদু-অদাদো মথক্তা লৈবা পুলিশ ওফিসার মশেন পাউ চৎনরি। 'হূরানববু হূরানবনা ফারবদি কনানা বিচার তৌবিগনি' হায়না মাধবীদা য়াওবদাইনে। মদুমক্তি তৌরিসে। পুলিশপু পুলিশনা ফারবদি কনানা বিচার তৌবিগদগে ? মখোয় মশেন তৌনবা তাবনি। ঐখোয়গীদি শেন খরা চঙবগী ব্রাতনি।.... ইহে ঙাইখো, ফমখো, ঐ অমুক্তা চঙলুখিদে।" হায়রম্লগা ইমুংদা চঙখ্রে।

সখীতোম্বী মতোমতা ড্রোইংরুমগী অচিকপদুদা ফম্না ফম্না খল্লি, তৌরিসিবু অতোপ্পা কনাগুম্বনা উপ্রগা করি খনখিগনি। নুপী লৈতবা য়ুমসিদা, চিরুবা ড্রোইংরুমসিদা—মী হায়বসে খনগে হায়রবদি খম্নীংঙাইগী খম্নীংঙাই ঙাক্তনি। সরোজিনীগী নুপানা মবুক অসুক শেংনা ভৌরিবসে কনাসু থাজরোইদো !

পংকুই কুইদনা সরোজিনীগী নুপা থোরকই, হায়রে, "ঐ নহানদো কয়াম নুংঙাইহৌদ্রে শেন চিল্লমগনি হায়বা খন্না খন্না খরফাওবা পীহৌদবা।" হায়রগা সখীতোম্বীগী মমাঙদা চাম-চৎপী মপূন অমা থল্লগা হায়রকই, "সে করিমতা হঙ্গোইগনু, হেক চিনবগা হায়রোলাউ।"

"এ , তামো, লিশিং অসে য়াম্মনখ্রে, চামরি-চামঙাখক্তংনি ঐগী হৌজিক হৌজিক দরকার ওইরিবদি।" সখীতোম্বীনা ইকায় ইকায়না হায়।

"লৌশিল্লুনে ইবেম্মা, করিমতা হঙোইগনুনে।" মাগী অচিনবদো উরিবা সরোজিনীগী নুপা হায়।

য়াররোই খন্দুনা শেন মপুন অদো বেগতা হাপচিল্লি সখীতোম্বী, অদুগা হায়, "তামো, য়াম্না নুংঙাইজরে, অদুদি ঐ অমুক য়ৌজরগে।"

"করিগীনোনে ইবেম্মা, অসুক থুনা চৎকদৌরিবসিবু ? ঙাইখো ব্রারী শাম্নখিসিনে।" হায়রগা থোঙদো লোনশিনখি।

সখীতোম্বী শ্বাই লাউই, "করিনো তামো তৌবিরিব'সিবু ?" হায়বদগী হেম্না করিমতা মখা তাবা ঙমখিদে। কা মনুং অদুদা লাউর-খোংলসু তাবিগদবা কনা লৈতে। তারগসু চোপকদবদি নুপী মাতনি। চরাম্নবা নোংশাগী খয়াত্তগী শর্জী অমোমদো নাহোকপা ঙমখিদে।

য়ুমদা হল্লক্লগা মফি-মরোল হোংদোকপতা ঙায়রি, কনানো অমনা মপান্দগী কৌরকই, "ও ইচে, ও ইচে।"

সখীতোম্বী মপান্দা থোক্লকই। শূমাঙ মতোন্দা থোইবীবু উই, জামালগী নুপীনি, অঙাং অমনা মনঙ্গন্দা পোরি অদুগা অমনা মখুৎনা শক্লি।

মাঙোন্দা মোন্না অমা থাদুনা ফমহল্লগা হংই, "কদোমদগীনো, করি থবক্কীনো ?"

"ইচে উন্নগে লাকপনিনে। করি পাউ তাবগে ?"

"তাদেনে থোইবী।"

"অদো ইচে, ঐখোয়গী ইদ হায়বদো মরি-মঙানিতা মঙায়রে। মপা লৈতবসিদা ঐ করিমতা তৌরনুসিরা খনবনি। অদুদা অঙাংশিংগী অনৌবা মফি-মরোল থোন্দবদি য়াদেদো। ইদ হায়বসে ঐখোয় পাঙলগীদি নখোয়গী য়াউশঙগুম্বনিদো।"

"নঙনা হায়রিসে শেন খরা পীয়ু 'সিনিনে ?" শমজিন্নবা তৌই সখীতোম্বী।

"হোয়নে ইচে, য়ারবদি চনিমুক্তা।"

"খঙদেনে ইবেম্মা, মাগী মাগী শবিরাইনা হেল্লি হায়দুনি। ঐগীসু অবোকতো কম্না নাদুনা লৈরিবনি। শেন য়াম্না চিল্লিবনি।"

"অদো ইচে, নখোয় মৈতৈ নুপীগীদি ফৈদো, মপান থোক্লুনা শূ-নোম্বা য়াইদো। ঐখোয় পাঙলনুপীগীদি মপান থোক্লুনা শূ-নোম্বা য়াইগা য়াদেগা। পাঙলনুপাশিংসে মপূকচেল পিকখ্রবা জাৎনি।"

সখীতোম্বী ঙাইহাক ব্রাখল তৌই— মপূকচেল পিক্লিবসিবু পাঙল নুপাশিংতরা। অদুদগী ইমুং চঙদুনা লুপা চনি পুথোরক্লগা থোইবীদা পীরে।

"ইচে নঙগী হুমাংমলগী শেলসে ঐ মপা লাক্লগা শোয়দনা শিংলক্কনি। মপূনা নঙবু দুব্রা তৌবা ওইসনু।" হায়রম্নগা থোইবীদো হরাও-হরাও চৎখি।

মানা চৎপ্রবা মতুং ফনা কুইরফাওবা থোইবীগী ব্রাহে 'হুমাংমলগী শেল' হায়বদুনা সখীতোম্বীদা তুম অমগুম্না চক্ চক্ থিল্লকখি।

(৪)

হায়না হায়না থা অমা হৌখি, অনী হৌখি— থাদোরক্লনি থাদোরক্লনি হায়রগা থাদোরকপদি লৈখিদে। থা তরুকলোম লৈরগা অয়ুক অমা ইথা-থাজদনা সরোজিনী ফাওরকখি, হায়রখি, "থাদোরক্লে, নোং-নীনিসিদা য়ৌরক্লনি। লাউ ঐখোয়গীদা চৎসি, ফোনদা ব্রারী শাম্নরো লাউ।"

হরাওবনা সখীতোম্বী তৌফম খঙখিদে। অদুবু মখোয়গীদা চৎসি হায়বদুমদি মহাক হরাওবা ঙমখিদে, শৌবিং শৌবিং লাউরম্মী, মচীন্দদি

করিমতা হায়বা ঙম্রমদে। সরোজিনীনা হায়রিবনিনা চৎলোই হায়বসু ঙমদে, অদুগী মথক্তা মপূরোইবগা ব্রারী শান্নবগী মিহৌবা অমসু য়াওরি। থীজ্বা তৌদনা মফি-মরোল হোংদৌক্লগা সরোজিনীগা অদুম চৎলে।

সরোজিনীগী নুপাদো উবদা সখীতোম্বী মমায় পুবা ঙমদে। অদুবু অতৈনা খঙখিদনবদি হোৎনৈ। সরোজিনীগী নুপা হৌদোং লম্বোইবদো করিমতা থৌশা ব্রাশাবা তৌদনা ব্রারী-ব্রাতাই অদুম তৌরকই, টেলিফোনদা ঙাইহাক তোক্ক-তাক্কা তৌরগা হায়রকই, "সে ইবেম্মা, ব্রারী শান্নবিয়ু।"

"হেলো, হেলো।" অসোমলোমদগীসু খুন্নকই, "হেলো, হেলো।" মমিত্তগী মপি তাখিবা খঙদৌদে সখীতোম্বী মপূরোইবগী খোঞ্জেল তাবদা।

ঙাইহাক চা-নুং থক্তুনা ব্রারী-ব্রাতাই শামিন্নরগা সরোজিনীনা হায়রকই, "ঙসিদি নঙ চাক চাগ্রসিকো।"

"ঙসিদি চাররোই। মা লাক্লগা নোংমা চারগে।"

"তৌরক্রবনি মাগী হৌনবী, ইতা হেক তাখৎলদুনা হিংচাবীসিদি। মা লাক্লগসু চাগনি, ঙসিসু চাগনি।"

"য়ূমদা হনুবী অনাবী অমা লৈহৌরি, নঙনা খঙলিদুনি।"

"নচানুপী অদুক চাউরবী অমা লৈহৌরিবদুদি, মানা অদুম হোৎনজরমগনি। অসিদা চৎখি হায়বা খঙহৌরিবদুদি,।"

হৌগত্তুনা লাকপা ঙমখিদে সখীতোম্বী। ঙাইহাক লৈরগা সরোজিনীগী নুপাদো থবক অমা চৎলুখিগে হায়দুনা থোকখি। সখীতোম্বী মশা পূম্না ইয়াংহেক য়াংবগুম তৌরকই। মখোয় অনী চাকশঙদা চঙদুনা ব্রারী শানা শানা চাক থোংলিবা বামোনগী মতেঙ পাংশিল্লি—ঙা শেম্বোই, ইনশাংনাপী শেম্বোই। মরক মরক্তা থাইনগী ব্রারী হৌদোক্লদুনা ফাগি-জুগাই তৌনৈ। বামোন অদুসু মতৌ ইমান-মান্দনা মখোল ইশি-শিনা মতাং চানা চানা পাংশিলকই, "পুন্সিরোলনি।"

চাক লোইনীং-লোইমাঙগী অদুব্রাইদা সরোজিনীগী মপূরোইবদো হল্লকই, কনানো মী অমসু লোয়নরকই। সরোজিনীনা হায়রকই, "তামো চাউবসু য়াওরক্লে, এস পি সাহেবনি হন্দক্কী মতাংসিদা য়াম্না ব্রাবিগ্রবা।" হায়রম্লগা মপান্দা থোক্তুনা ওক্লুই, "নমস্তে তামো, পুলিশকী খুৎচিন-লাকচিন অদুদা ঐদি লেংঙক্লরোইদ্রা খল্লুরবনি। য়াম্না নুংঙাইরে তামো লেংঙকপা।"

"মেম সহেবকী বার্তোনবু ঐনা করি নুমিৎ লৎনবা তৌগ্রবগে?" হায়রগা ম্রোইংক্লমদা চঙলকই। অদুদগী সখীতোম্বীরোমদা মুম্না য়েংলকই।

"ঐগী ইমান্নবীনি, সখীতোম্বী।"

"উম্, মবুক-মপাউ ফরমগদবা মাল্লি। মী হায়বাসিদি উবদা হেক্তা খঙবনি।"

"পুলিশকী মিৎয়েংদো তৌবিরক্কনুকো।"

কোইনদদুনা ঙাঙনবদি ওইরম্বা য়াই, অদুবু মওং-মতৌদো সখীতোম্বীদা ইহৈ-হৈনরক্তবগুম তৌরকই। ঙাইহাক লৈরগা সরোজিনীগী নুপাগা এস.পি. সাহেবকা কা অমদা চঙখ্রে। সরোজিনীসু চাখুমদগী অঙৌব-ও অতাওব-ও অথোংব-ও অনোয়ব-ও খাইদোক্লগা পুশিন্দুনা চঙখি।

সখীতোম্বী তৌফম খঙলক্তে। চাকশঙদুদা বামোনদুগা হৈনরক্তে। অদুবু হৈনরসু হৈনদ্রসু ঙইবা তাখি। ফনা কুইনা ঙাইরবা মতুংদা সরোজিনী থোক্লকই, চাক চারসি হায়দুনা হোবে হোবে কৌরে।

টেবলদা চাক চাবা হায়বদো সখীতোম্বী নোংমতা তৌখিদ্রি, অদুনা মঙোন্দা অরিং-অরাং ওইনা থোক্রে। মাগী মতৌ অদো উবদা এস পি সাহেবনা হায়রকই, "করিগীনো অদুক য়াম্না কোইবিরিবদুবু ? ঐখোয়দি য়াম্না চন্বা জাৎনি।"

সখীতোম্বী য়ারদি চেন্নীংলকই, অদুবু য়াদবনিনা হৈনদ-হৈনদা চাগদবা খরা অদুম চারে। চাক তোকপগা দ্রোইংরুমদা হৈ-রা অমুক পুথোরক্লে। অম-নী লৌদুনা ঙাইহাক চামিন্নরগা সরোজিনীনা হায়রকই, "ইংখোলগী মনীংলোমদা লফোই লৌউ অমা মুল্লে হায়য়ে, রামকিষনগা ঐ অমুক্তা য়েংলখিগে। সখীতোম্বী নঙ তামোখোয়গা ঙাইহাক্তা ব্রারী শান্নরমখো," হায়রন্নগা থোকখ্রে।

ঙাইহাক লৈরগা, ইকান কান্নদনা, সরোজিনীগী নুপাদু "চাক তোকপগা ঙাইহাক উইহৌদ্রবদি ঐ খাঙবা ঙমদে, সোরী মিনিট মঙাতং" হায়রন্নগা চঙখ্রে।

সখীতোম্বীসু হৌগৎকে তৌই। অদুবু হৌগৎপা ঙমখিদে। "করিগীনো হেক্তা হৌগৎপিগদৌরিসিবু, ব্রারী-ব্রাতাই শামিন্নখিসি কৈদৌবগে ? ঐবু হিংচাব্রনে ?" এস পি সাহেবনা হায়রকখি। অদুদগী খুৎলৈ থুনা থোঙ গম্ লোনশিনখি। খূদক্তা কা অদু শোঙলবা উমং-ব্রামং ওইরকখি। হিংচাবদুগী মখুত্তগী নাছোকপা ঙমখিদে সখীতোম্বী।

(৫)

নুমিৎ মরিনিরোম মতুংদা মপূরোইবা থুংলখি। মাবু উবদা সখীতোম্বী মপি খাম্বা ঙমখিদে- হরাও-ভুজুংগী নুংঙাই-ঈথক্কী।

নুমিদাং অঙাংশিং তূম্ন-হীপ্পুব্রবা মতুংদা কাংখল মনুংদা মপি তৈথোক-তৈথোক্লা সখীতোম্বীনা হায়, "মতুং-মনাও অসিগুম্বা থবকসি অমুক তৌরনুসিকো। মীনা উশিন্তে। ইজ্জৎ-ফাজৎ লোইনা মাঙই।"

"করিগীনো নপূক্লিং অদুক পিকথরিদুবু ! খুদোং অমুক থীগ্নে হায়দুনা অমুক্তসু থীগনি হায়বা লৈব্রনে ? শেন লৈতনবু ইজ্জৎ লৈবা য়াব্রা ? শেন লৈরগনি ইজ্জৎ লৈগদৌরিবা। নঙসু ইচেবেম্মা, ইনেবেম্মা কাগদৌরিবা।"

"পামজদে ঐ মদুগুম্বা ইজ্জৎতো। ঐসি হায়রিসিনি।"

"তোক্লসি, মদু হৌজিক শান্নরনুসি, কোম্না ঈংম্না তপ্না শান্নরসি।"

সখীতোম্বী মখা তাখিদে। মপূরোইবসু তূমিন লৈখি।

নোংঙানবগা ঙাউরি-ফৈরিবা, সখীতোম্বীনসি খরা লুনা তৌবিবা, ইন্দ্রমনিনা খবর অমা পায়রগা থোজালদগী লাউর-লাউরদুনা চঙলকই, "ইতৈমা, ও ইতৈমা, এস পি চাউবা শিরে, য়েংঙু খবরদা য়াওরিসে- খুৎলায় পায়বা নহারোলশিংনা এগ্জস তৌবদা এস পি চাউবা শিরে।"

দীনচন্দ্রনা হায়রকই, "নুংঙাইতেদা, ওহোকপা হায়দুনি!"

সখীতোম্বীগী মচীন্দগী খঙহৌদনা থোকখি, "শিসনুদা খরা, হিংচাবশিংদো।"

ঙকচানদুনা দীনচন্দ্র সখীতোম্বীরোমদা মুন্না য়েংলকই। ❑

*-ডিসেম্বর, ২০০১*



# সাখিনা পীবা

গাড়ীদা কাখৎকে হায়না হেক তৌবা তাঙ্গাদুমক্তদা থোঙ্গাল্লোমদগী কনানো অমা চঙলকপা উই।

"তৌররবনিসে মীনা হেক চৎলমদাইসিদা ! ফরক্তি ওহোক্লা ফৃশ্রবনি। করি চাগে হায়দুনা ...।" নুপীগী মচীন্দগী ফ্রি ফ্রি কামথোরকপা মৈরীদো মঙাল য়াওদ্রবসু মৈশাদি ফনা কল্লি। অদুবু ঐগী অখাবা মিৎয়েংদুদা লাভাদো কামথোরকপা ঙমদদুনা মৈগী চীং মনুংদুদা ওমচাক্লদুনা লৈখি।

অয়ুক ঙন্তাদগী পোকখায়গে পোকখায়গে তৌদুনা লৈরক্লিবনি। মানা লুনা তৌজবা অরাংবীদুগা য়েংখোমগী জেকীগা চিক্লবদা ফৃবিরকপগী নুঙাইতবদো তাইনফম খঙদদুনা লৈরকখিবনি। মুরুম মুরুম শোনবা তাখি - 'হৃই চিক্লবদবু অসুক হিংচা-য়াইতঙ্গদৌনা, খঙগনি ....।' খরা ঈংথরকপা মতাংদুদা শৌগাইরখি শোয়বমগী সবিতা-মমানা অমুক "ইনম্মা, ঙসিদি শঙ্গোম থোক্ত্রে, শন্নাউ তৎলম্মে।" মরন তোনবদৌনা সবিতা-মমাদা খাকচিল্লুই।—"হাই করিনি হায়গে, শয়াউদু ফাওবা তত্তনবা পুনবা ঙমদ্রবরা ?"

অমদুসু মীনা হেনবা য়াদবীনিনা খাকচিল্লম্মী —"হোরেন্দগীদি ইনম্মনা হেক লাক্তুনা পুনবিরো লাউ।"

ঙাইহাক লৈরগা ঐঙোন্দা ওনশিল্লকখি —"মোয় বাবা, ঙসিসে ঐ তোকচরগে, থব্রায়সি ইনুং নুংঙাইভে।" খরা তপথরক্লবা মতুংদা মমোম লাংলেন অনীনা করি করম্বা লাইব্রা কামশিল্লুবনো খঙদে চৎসি হায়বা য়াখি।

ছুটি নুমিৎনি হায়দুনা শিংজমৈগী ঠিকাদার মাইবম মণিমোহন্না অঙাং-নুপীশিং পুবিদুনা শেন্দ্রা কোয়রুসি হায়বদগী তৌরিবনি। ওফিসকী গাড়ীনা দ্রাইভরগা কোম্ননা মন্ত্রীনা পুখ্রে মোরেদা টুর চৎলুনি হায়দুনা। মন্ত্রীগী তুংইনবসি খীরদুনা ঐ ইশাদি নাহোকচহৌরবনি। তশেংনা ওফিসকী থবক লৈদুনা চৎপদি ফৈদো, ওফিসকী থবক শাশিন্নদুনা চৎপদুদি হৈনরক্ত্রে।

পাউবুদি পীগ্রবনি মোরেদা সপ্লায়ার সর্দার পূরন সিংহদা মানা থোকপা ফননবা তৌ হায়দুনা।

ঐখোয়সু নোংকাদোক ইচা-ইশু পুদুনা কোয়রুবা য়াইদনা – শেন্দ্রা, ফুবালা, লৌকোই পাৎ, সিংদ্বা ....। নুপীনবুদি হায়জবনি – "ছুটি নুমিত্তা মীদি তিল্লমগনিদা!"

ঐনা ফাগি তাথোকপিখি – "নখোয়বু থাইনা মী তিন্দবা নুমিত্তা কোয়রকপ্রনে ?"

নুপাদো চঙশিল্লকই – খাদিগী কুর্তা পায়জামা শেৎলি, জব্রাহর কোট অমা লিংলি, গান্ধী টুপি অমতংগা থোল্লবদি চপ-চানা নেতা মাল্লনি। মমিংদি পল্লরোই, য়াইস্কুলরোমদগীনি।

নুপীনা গাড়ীগী মমাঙ সিটতগী নোং খাকপদৌনা খেকথরকই– "করিনো মীনা চৎলমদাই খোৎলমদাই মতম নৎত্রবদি য়াদ্রবরা ?" খেকথবা য়াবদুনবুদি খেকথরিবনি।

"ইতৈমবেম্মা, আই এম সোরি। চৎচরগে, আই উইল কম টুমোরো। অদো, হোয়ার আর ইউ গোয়িং ? নৈশাবী অহমসু য়াওরিদনা। অতোপ্পা অমসিনা হোয়ারফ্রোম ?" মাগী হৌনবী কোয়লাং লাঙবীদো তৌরকই।

"ইচানুপী অহনগা দিল্লীদা লাইরিক তম্মিন্নবনি, শিবসাগরদগীনি," নুপীনা খুমই।

"শিবসাগরর ছোব্রালী। নামটু কি ?" অদুঙে গৌহাটিদা চহী অম-অনী লাইরিক তম্রিঙেদা আসামী লোন খরা হৈরকপদো কাপথোরকই।

"বিনীতা বরুব্রা।" নুপীমচাদুনা নোকফেৎ খুন্নকই।

"বড় ধুনিয়া নাম –ফজগ্রেদকো মিংসিদি! সে সে নখোয় অহমগীনি। কোয়বা চৎপা হায়বসিদি নো মানি নো প্লেজর।"

"করিনো করিনো ....।" হায়দুনা মমানে মচাশিংনে লাউবদো তাবা পোৎ নত্তে।

"সো হেপি জর্নি, এ ভেরি হেপি জর্নি।" হায়রন্নগা অদুম থোকখ্রে। খঙই, ঙাওশিন্নরম্রিবসে করিনো ব্রা অচৌবা অমা হায়গদগী তৌরিবনি।

কোর্ডলেসতা টিক্ টিক্ তৌরকই, পায়খৎলি – 'কমদৌবা ? ক্কা-কৈথেল বাজার মচীন্দা। ফনি ফনি ঐখোয়সু থোরক্লগে।'

নৈরক মচীন হেক য়ৌরকপগী অদুব্রাইদা লৈকাইগী মপূ মশক খঙদবা হৌদোং অমুবীদো উশিৎ থৌওইদনা গাড়ী মমাঙদা তুব্বৎ শমদুনা চৎখি।

"মোয় বাবা, ঙাইখো – গাড়ী খামখিসি।" মাগী হৌনবী তৌরকখি।

"নঙগী অদু-অদাদো তৌখৎলক্লনু। হৌদোং অমুবীনা লম্বী শম্বদি হৌজিক্তী মতমদা ফৈ হায়নরব্রনি।"

"মাগী খেৎ খেত্তোকপীসে, মসিনি ঐনা খোয়দৌ থিৎলিবা।"

ক্লা-কৈথেলদা ঙাইদুনা লৈরম্মী মণিমোহন মাগী অহনবা মারুতী জেনদুগা লোয়ননা। নুপী-অঙাংসু য়াওরি।

ঐনা হংফাৎত্রিঙেদা মহাক্না হায়রকই –"জিপ অমা ঙাইহাক ওইরে থাজখিবা। থোং-থাক্লবা লোইনা য়াওগ্রে।" অদুদগী মখা অমুক তাথরকই – "গাড়ী থাউ হাপ্লিগদ্রা, সার ?"

"গাড়ীগীদি হাপ্লরোই। হাপসি হায়রগা ড্রাইভরগী খরা হাপ্লা য়াই।" খঙনবী লোন্দা ঐনা খুমই।

"অঙাংশিং য়াওরি, ড্রাইভরসু য়াওরক্তে। নখোয়গী অদু-অদাদো য়াদে।" কোদ-লেংগুয়েজ খঙবী ঐগী মহারানীনা অকনবা হুকুম তাউথরকই।

"সনা-য়াথং লৈখা তাহজ্জরোই।" মণিমোহন্না খুম্মকই।

চুরুপ মচৈ অম-মম চিংমিন্নরগা গাড়ীদা অমুক কাখৎলে।

নম্বোল বাজার য়ৌরমদাইদা গাড়ী করিনো অমা তৌরকই, হাইবগুম লাক্কুম তৌরকই, থৌবা নুংঙাইরক্তে। কুমথদুনা য়েংবদা মনীংগী য়েৎথংবা চাকাদো পাংচার ওইরম্রে। স্পেয়ারবুদি য়াওরি, অদুবু মদুসু নুংশিৎ য়াওরমদ্রে। ড্রাইভরনা ফোৎকে হায়রগা কাউথোকখ্রবা জাৎনি। কোয়য়েং য়েংবদা অনকপদা কারখানা অমত্তা লৈবা উদে।

চাকাশিংদো লৌথোক্লগা মণিমোহনগী গাড়ীদা হাপচিন্দুনা কারখানা থিরুবা নত্তনা উপায় লৈত্রে।

"ঐদি ঙসাইদগী পূক্লিংসে ইচিংতা চিংনবনি। হায়বুদি হায়হৈদে ঙসিসে মথোং অমা চারোইদৌরি।" মাগী হৌনবী মুরুম মুরুম শোল্লকই।

"ইতৈমবেম্মা, সনা-পূক্লিংদা করিমতা চিংনবিগনু। ব্রারী শাদুনা ঙইহাক্তা পোখাবিরম্মু। ঐখোয়গী সারগা ঐগা চাকাশিংসে অমুক্তা ফোৎচরুখিগে।"

"ফোৎনীংগনি। ঈরুজনীংবগা থোংগ্রা তেকপগা চপ মান্নবনি।" মণিমোহনগী নুপীনা কাপশিকই।

"করিগীনো চৈথারোল কুম্বাবা অমুক ফাত্তোরক্লিসিবু, ইবেম্মা ?" খঙনবা ব্রারীনিনা ঐখোয় মরি নোকমিম্নে। অঙাংশিংদি লাপ্তক্লা উরুমদা ফমদুনা মখোয়না থোকপা ব্রারী শান্নরি।

অদুগুম মণিমোহনগা ঐগা হৌন-হৌনদুনা ওফিস লোইবগা মঙ্গোলয়োমদা হাইথবগী অথ্যায় অমা লৈখি। হৌজিক্কা ওইরবদি লু কোকপা নংত্রগা কন্যা কৎপগী ব্রা লৈ!

গাড়ী শেন্দ্রা লোইরগা অমুক থোঁদরে। বিষ্ণুপুর য়ৌরকপগী অদুব্রাইদা অঙাংশিং লৌকোইপাৎ য়োংথিনি হায়দুনা চঙলে। লোকোইপাৎ উবদা ঐনা কবি শাদুনা হায়—'তাইবং খুৎশেম চঙদ্রিঙৈদা ফজরম্বা অদুনা ঈংন-তপ্পা ফজবনি, তাইবং-খুৎশেম চঙলবা মতুংদা ফজরিবসিনা মফজা অমনি — খেংনা ফজবনি। থাইনা শানৌশিংনা ইচম-চম্মা মকে শেমদুনা ফজবদুগা হৌজিক্কী বিউটিসিয়ানশিংনা মকে শেম্বিদুনা ফজবদুগা খেন্নবা অদুগুম্বনি।' অদুবু ঐগী লৈশি-লৈথোন অদো কনামতা মপূক্লিং চঙনা তাবিখিদবগুম তৌই।

মখোয়গী মপূক্লিংদি অমরোমদনা হেল্লা চঙখ্রে, হি তোংবরোমদা। হি তোংগনি হায়দুনা কূমথখ্রে। পাখং লৈশাবী খরসু হি তোংদুনা শান্নরম্মী। ঐখোয় অনীনা চুরুপ অম-মম চিংলগা ব্রারী শান্নরি। চুরুপ লোইফাৎত্রিঙৈদা মখারোমদা খোঞ্জেল খরনা কন্না লাউনরকই, ''ঈরাক্ক রে, ইরাক্করে।''

পাখত্তুনা চেহ্নৈ। ঐখোয়গী অঙাংশিং অদুদি নত্তে, অতোপ্পা হি অমগীনি। লৈরাই মপান ওইবগী খরা ফবনি, অদুবু পুংচোৎ চোৎলে, লৈশাবীশিংদুসু পাখংশিংদুসু!

''ঐদি মিহুন-থাহুন য়াওরুদ্রে। ঙসিসে ঙসাই অয়ুক্তগী পাম্বোম ক্রং ক্রং চোংলিবনি।'' মিপাই-চাউবী মমানা হান্নদগী খঙবদৌনা হায়রকই। অঙাংশিংদো প্রপ প্রপ কৌশিল্লে। অদুদগী চুমদ্রিং গাড়ীদা কাখৎলে।

মোইরাং বাজার য়ৌবগা আই-এন-এ মেমোরিয়েলদা চঙলে। নেতাজীগী হান্নগী মূর্তিদো শকখঙদবা খরনা বোমনা কাপখাইখ্রবা মতুংদা অনৌবা মূর্তি অমা মফম হোংদুনা লৈরম্বদো উবদা নুঙাইতবা অমা ফাওরকই, চুশিন্নদবদৌনা তৌরকই।

অঙাংশিংদা ব্রারীদো শক্লপ্পা লীবি--মফমসিদনি, মোইরাংগী কংলাসিদনি অনীগুবা লাঞ্জাও লোইরমদাইদা কর্নেল মালিক্না ভারতকী লৈমায়দা মচু অহুমগী ফিরাল ইহান-হান্না চিংখৎখিবদো।

গাড়ী অমুক কাখৎলগা শেন্দ্রা পাংলে। গাড়ী থৌনা থৌনা ব্রাখলদা নুংঙাইতবা অমা ফাওরকই। লম্বী অসিনা লোক্তাক-ঈয়ায়দা ইথৎ ওইরম্বী শেন্দ্রাগী পূক্লিং হুনা ফজবদো মাঙতনবিখ্রেকো। থাঙ্গসু ঈথৎ ওইদ্রে, চীংমায়

য়াহ্দুনা গাড়ী লম্বী শেম্বদা মহৌশাগী ফজবা থিবিক মাঙহনবিগ্রে। কারাংসু নোংমদি থাঙ-শেন্দ্রাগী দশা অসি তাগদৌরিব্রা ? গাড়ীগী মহুৎতা হিনা নৎত্রগা মোটোর-বোটনা চখোক-চৎশিন তৌবদা করি কায়বগে ?

শেন্দ্রা মথক্তা মী ফনা য়াম্না তিল্লগ্রে। লৈশাবী-পাখংনা অয়াম্বনি। খরনা চাক-ঈশিং লাক্করি, খরনা কোয়রি। লৈরং অহুম-মরিনি তোঙান তোঙাম্না মপান্দা। ময়ূম ময়ূমদগী থোং-থাক্তুনা পুরক্লবসু য়াওরি।

ইচানুপী অহনদো কবি খরা খরা চঙই, হায়রকই, —"য়েংঙুনে বিনীতা, নুপীনা হিদা তোংদুনা ঈন চিংলিবসে। নখোয়গী আসামদা উব্রা? কবি চাউবনা করি হায়না শৈথারম্মী খঙব্রা —

নামিবা নুংশিৎনা ঈথক্তা হুম্বদা
ঈথক্লা জগোই শারিবা।
হিথক্তা তোংদুনা খুনগী ইমাশিং
ঈনগী জগোই শারিবা।

মসিগী চাউরাকপা ইংলিস ট্রান্সলেসন অসুম্না ওইবা য়াই....।"

"বিউটিফুল, মার্ভেলাস।" বিনীতানা থাগৎলকই।

"য়েংঙুনে, ফুমথক্তা শাবা য়ূম-মচাশিংনা তাউরিবসিসু। ফজদ্রনে।"

"মোইরাং পর্বগী ব্রারীদো শন্নপ্পা লীবিয়ু মঙোন্দা। থোইবীনা ঈন-চিংব-কাদুসু।" ঐনা অহন্নি হায়বা শারদুনা হায়।

চাক-ঈশিং চাবা লোইরদুনা লৈশাবী মচাশিংদো মখোয়না থোকপা কোয়জরুরসনু হায়না থাদোকখ্রে।

ঐখোয় মরিনা নাকন অমরোমদা হাইদোরক্লে। ব্রারী শানা শানা চৎলিঙৈদা নুপীনা খংপ্রেক খংনা হায়রকই, "হাই, য়েংঙুনে, থাইনগী হেমা মালিনীদো।"

ঐ শ্বাই লাউই। ওইতা ওইরবোই খল্লুই, অদুঙৈগী হায়নবীদো।

"নতৌ য়েংগে তৌবনিদা হাইফেৎ মানবদুদা।" মাগী ফাগিদুদা ঐখোয় ময়াম নোকমিন্নে।

নুপা অমা হাইরং হাইরং চঙশিল্লকই, য়ু শাথীনা ঙাওরবা মাল্লি, মফি-মরোল চমোৎ চমোৎ—"ঐখোয়গী ঐচে নৎত্রনে, ইচে মাল্লি হায়দুনা চঙশিল্লক্লিবনি। সোমগীসিনা ইবাইরা ? ইবাইখোয়না ঐখোয়বুদি খঙববিপোৎ নত্তেদা। .... ব্রারৌবা য়াদে। ইবাই নশেন্না খুরুমজরি।" হায়বগা খোঙ পায়দুনা খুরুম্মকই।

অদুদগী মানা থোকপা অদুম মখা তাথরকই, "ইচে, নৌখাসি শেন্দ্রাদা লৈ খণ্ডবিদ্রা? হান্নানা পাউ পীবিরক্তিবা করিগীনো ? মথংদদি হান্নানা তাকপিরকউ। চাক-ঈশিং ঐনা লোইনা শীঙ্গরমগনি। মফমসিদদি ঐসে ইনীংনি – আই এম দ মোনার্ক ওফ ওল আই সার্ভে – আলেক্সজণ্ডর সেলকার্কনি ঐ মফমসিদা...."

তাঙ্গাদুমক্তদা কদোমদগী খণ্ডহৌদনা 'প্রোক প্রোক'। নোংমৈ ওইরমাল্লে, নোংমৈ মখোলনি। পংলাপ লাপ্তবা মাল্লি। অদুদগী লেপ্পা লৈতনা – প্রোক প্রোক। কনা কনা কাপ্পরিবনো খণ্ডদে – নহারোলগা সিফাইগরা, নহারোল মশেল্লা, সি-আর-পি গা পুলিশকরা। ওহোকপা যুগ হায়দুনি। মহে মহে চীংখা পাংনা চেন্থনখি, খরনা মাগী মাগী গাড়ীরোমদা। অফিং-অফাই মরক্তুদা থেংগাই-খোকাইনগনি-কা খনবপোৎ নত্তে। থব্রায়তবু হিংহৌরগা লোইরে হায়বগী মতানি।

মমা অনীগী হাইগৎখিবা মিহুনদো হাইদরকউ হায়বা য়াখিদ্রমাল্লে। বিষ্ণুপুর বাজারদা ঙাইহাক্তা কুমথরগা য়োংচাক, শোইদোন, শোইজিন লৈখিসি-কা য়াখিদ্রে।

য়ূম য়ৌবদা নুমিৎ তারে। ঈরু মায়থজদুনা ঙাইহাক পোথাবা ওইনা চা চখোম অম-মম থকমিন্নরি, মমানা ঙসাইগী লীলা ময়ামদুগী টেপ থাদোক থাদোক্লা হায়রকই – "মভুং মনাওদি থৌ-ব্রা শাদবা য়াবা পোৎ নত্তেকো। ঙসিসে নোংঙানবদগী ঐঙোন্দা খূদম কয়া সাখিনা পীরবনি। থব্রায় পুদুনা হল্লক্লিবসে চেঙ লৈবদগীনি।"

তাঙ্গাদুনা নুপামচা য়াইমদো মাগী য়ামাহাদু কল্লা থৌদুনা পাইশিল্লকই। মপান্দগী তফিং তফিং লাউরকই –"বাবা বাবা, ইমা...."

"কৈদৌরগেনে, কনা কৈদৌবা য়াওরগেনে ?"

থোঙজিন হেক কানশিল্লকপগা হরাওবনা চোংব-ও ফনব-ও হায়রকই– "লোটরি, লোটরি ফাওরে– লুপা লাক্ষ অমা।"

"শোয়দ্রবরনে ?"

"শোয়দ্রে।"

হরাওবনা হায়নীংঙাই লৈতনা – মকা লাপ্রবা মমাগী মায়থোঙলোমদা য়েংলগা তেনদো কাপশিল্লি – "মচানুপাদা লোটরি ফাওগনি হায়বসে ঙসাই অয়ুক্তগী মমাদা খূদম পীরবনি।"

মমাদো ভাব তারমগদ্রা তারদ্রোইদ্রদি খণ্ডদে। ❑

-জুন ২০০২

# এক্স-গ্রেসিয়া

"ঙসিগী নুমিৎ অসিদা থকচিন-চাশিন্দ্রদি য়াদ্রবরা ?"

কনানো অমনা চৈবোই-লাকপোই হায়রম্মী, কনানোদি খঙহৌদ্রে। মী অতৈবুদি তারমগদবা মান্দে। কোকসি ঙাউফিং ঙাউফিং তৌবদুদা থৌওইনা তারুদ্রে। কনাবু ওইরিগদবা ! ওইরম্বা য়াই খুড়া-খম্বা নৎত্রগা তা-তোমাল। মখোয় অনী নত্তনা লৈকাই অসিদা ঐবু ঙাঙবিগদবা চৈবিগদবা মী লৈতে। ঙাঙজসনু, চৈজসনু। ঐবু নুংশিদুনা ঙাঙম্নরিবনি, চৈবিরিবনি। তৌবগীদি খঙদদুনা হায়রিবনি। ঐসু থক্লোই খল্লম্বনি, অদুবু য়াখিদে, থক্তবা ঙমখিদে। ঙরাং নুমিৎদাং-ব্রাইরমনি মাগী মচানুপা অদুনা লাক্লুবদো, কয়াতা থৌওই-উশিত্তনা হায়রমগ্রবা নাতে চাদবা ব্রাশিংদো। খঙহৌদনা কল্লবা নোংলৈ-নুংশিৎ অমা শিংলকপদৌনা তৌখি, কোক অসি উরু-উরু লৈরকখি। অদুদগী খাঙবা ঙম্রক্তদুনা হান্নগী হৈনবীদু তৌরুবগী ব্রাতনি,পংয়াম য়াম্ন বুদি তৌরুবা নত্তে। হোয়, ঙরাংগী মথাক খরা অদো ঙসি অয়ুক অমুকপুদি নোৎশিল্লুরে।

খঙই, মখোয়না উরমগদবসি ঐগী মপাঙ্গোং অদুতনি। ঐগী ব্রাখলদা ঈথক-ইপোম্না দোলমোল তৌরিবসিদি উরমলোই, ঐগী থম্মোয়নুংদা চাক্লিবা মৈচাক অসিদি খঙলম্রোই। কনানবু মাগী নুপী শিবদা ব্রাদবগে ! চুমই, ঐসে মথোংবুদি খরা হক্তে। অদু হায় হায়দুনা থম্মোয় পান্দবদি নত্তে, কায়নবগী মৈচাক ঐঙোন্দা চাক্তবা নত্তে। খল্লুরুগা নুংঙাইরক্তে, ঐনা মাবু মরক মরক্তা কয়া থীনা তৌবিখিবা, কয়া শাথীনা তৌবিখিবা, খয়া শাথীনা ওৎপিখিবা। তৃপ্তম চাফম খঙহনখিদে। খল্লু খল্লুরুরগা নীংঙমহৌরক্তে। খমুং-শব্রা তানপ্রবী মাদি অমরোমদা অব্রা-অনা পৃম্বা কোকপ্রে। অমরোমদা মরাইবকসু কয়াদা ফপ্রবা ! লৈবাক্তী থোইদোক্লা মরূ ওইবা থৌদোক-ব্রাথোক অমদা থব্রায়না পোঙ্গা ওইবা হায়বসি অমরোমদা মরাইবক ফপ্রবা পোৎনি, সনাতোন ধর্ম ফংই হায়নরিবনি।

লাউরিবসে তাওনে, [illegible] শাখ্রবা নুংশা অসিদা নুপী অঙাং ময়াম্না মাইক্রোফোনদা লাউরিবসে তাওনে-

থৌনাফবী সনাতোম্বীগী আত্মশান্তিগী—জয়।

মৈতৈচনু অথোইবী সনাতোম্বীগী আত্মাশান্তিগী—জয়।

চাউথোকচৈ ঐ সনাতোম্বীগী মপূরোইবা ওইবগীদমক। চাউথোক্রোইদবা কনা য়াওবগে মাগুম্বী অমগী মপূরোইবা ওইবদা। অস্তি লৌখৎপা নুমিৎতা লৈবাক হুপ্তুনা প্রোসেসন চাউনা চত্তুনা আত্মাশান্তিগী জয় লাউবসি মী কয়াগী মরাইবক্তা থোকপগে ? ঐনা শিবদবু অসুম হায়না লাউবিগদ্রা ? লাউবিদ্রসু য়ারে, লাউবিদ্রসু পেল্লে। সনাতোম্বীনা ঐবুসু লৈবাক শীন্না ফাওহল্লদ্রে।

নুমিৎ খরনিগী মমাঙ ফাওবদা সনাতোম্বীবু কনামতনা খঙনরম্বা নত্তে। অদুবু ঙসিদি লমদম অসিগী কাচিন-কোয়া য়ৌনা মাগী মমিং খঙদবা তাদবা য়াওদ্রে। নুমিৎ খুদিংগীনি খবরগী লামায়দা মাগী মমিং য়াওরিবসে, মাবু শক্লরিবসে শোন্নরিবসে, মাগী মরমদা ব্রারী কয়া লীনরিবসে, অশেবা কয়ানা লৈশি-লৈথোন্দুনা শৈথানরিবসে। শিবা হায়বসি মফম-মতম-মতাং চানা শিরবদি লৈবাক-মীয়াম্না শোক্ল-শোন্নবা জাৎনি। ঙসিদি মহাক অমর খুভম ফংলে। মহাক মতোমতা নত্তনা ঐবুসু অমর ওইহল্লদ্রে। খবরগী লামায়দা য়াওরিসিনি- সনাতোম্বী, মপূরোইবা হুইদ্রোম হেরামণি। মাগী মশক তাকপদা ঐগী মিং পল্লিবসিনি। মাগী শোরাৎকী বার্তোনদা ঐগী মিং য়াওরিবসিনি। ধন্যনি সনাতোম্বী, ধন্যনি।

মখোয়গী প্রোসেসন অসি নকশিল্লক্লমাল্লে, মাইক্রোফোনদা লাউরিবসে হেন্না ময়েক শেংলক্লে। শাখ্রবা নুংশাসিদা ময়াম শোয়দনা চোকথরল্লগনি—পাখং-লৈশাবীতা নত্তে, ফনা অহন ওইরবী ইমা-ইবেল কয়াসু য়াওখিবনি। মাইক্রোফোনদা লাউরিবসিদি চোকথবা মান্দে। চোকথরমদবা য়াই জিপ মনুংদা ফল্লগা লাউবনিনা। ওহোক্লবু হৈখ্রে লৈশি-লৈথোন্দুনা তেংথা-নাওইনা লাউরিবসে, লৈশাবীরা মৌনহারা খঙদে, তাওনে লাউরিবসে-

চৎলোকো, হে মৈতৈলৈমগী থৌনাফবী মমোল্লোই। তাঙনা ফংলবা তাইবং-মাপোক অসিদা নঙনা থল্লল্লিবা ব্রাংলবা ফিদম নোংমদোনথক্তা নুমিৎ-থানা ঙাল্লিবমখে মুৎপা লৈররোই। চৎলোকো, হে মৈতৈনুজা অথোইবী, লৈগী দোলাই তোংদুনা। ঙসি কায়নবগী মিৎকুপ অসিদা নরোয়-ননাও ঐখোয়না মিৎলু-

পিরাংনা নঙগী মফমদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎচরি।... জয় থৌনাফবী সনাতোম্বীগী আত্মাশান্তিগী -জয়। জয়....।

মখোয়না লৈশি-লৈথোন্দুনা তেংথা-নাওইনা লাউবসি তারগা পৃক্লিং থুক লাউরোইদবা কনা য়াওবগে, মিৎলু-পিরাং শিচ্চরমগদবা কয়ানি ! অদুবু ঐনা ভাব তাদবা অমদি লৈ- মখোয়না জয় আত্মাশান্তিগী জয় হায়না লাউরিবসিগী অর্থ ঐ ঙসি ফাওবা খঙবা ঙমদ্রি। সনাতোম্বীনসু নোংমা ঐঙোন্দা হংখিবনি- মখোয়না আত্মাশান্তিগী জয় হায়না লাউরিবসিবু করি হায়রিনো ?

নুমিৎ অদো ঐখোয় অনী রিক্সা তোংদুনা শিংজমৈ চৎপনি ঐখোয়গী ইনেতোনদো অনাবা লোইরে হায়বা পাউ লাকপদগী। ইপাগা পোকমিন্নবা ইনেশিংগী মরক্তা ইনেতোন মতোমতা ঙায়রবনি, ঐবু মানা য়াম্মা লুনা তৌজবনি। মাগী অরোইবা মিৎকুপ্তা ঐবু উন্ননীংই হায়দুনা পাউ কন্না হায়রকপদগী রিক্সাব্রালাদুদা কন্না থৌ হায়দুনা চৎপনি। অদুগদি আসাম রাইফল্‌সকী নোংচুপ থংবা গেট মপাসিদা লেঙব-লাকপা য়াদনা লৈখিবগী ব্রানি। প্রোসেসন অদু কয়াম্না শাংখ্রে—কনানো ছাত্র-লুচিংবা অমগী অস্তি-লৌখৎপগীনি হায়বরা । পন্দুনা লৈরিবা মীয়াম অদো কয়াতা শাউনখি, অকামপেৎ য়াওনা মচীন্দা মুরুম মুরুম শোন্নবা কয়াসু য়াওখি। ঐখোয় অনীসু য়াম্মা শাউনীংখি, মুরুম মুরুম শোন্নরিবা লোন্দাদু য়াওনা ঐঙোন্দা হংলকখি- মখোয়গী আত্মাশান্তিগী জয় হায়না লাউরিবসিবু করি হায়রি জাৎনো, মসি হায়রগা লাউদুনা চৎত্রবদি ইয়ামক য়াদ্রবরা ?

নুমিৎ অদো ইনেতোনগা পৃকমেন-পাওমেন্নবা নংহৌদে। ঐখোয়না থুংগদবা পৃংখাইমুক ব্রাৎলিঙৈদা ইনেতোন মমিৎ উইশিল্লম্মে। ঐখোয়বু লম্বী থৎতুনা থমখিবা প্রোসেসন অদুবু য়াম্না শাউনীংখি, শাপ ফাওবা তৌখি। অদুবু ঙসিদি মহাক মশামক্তীদা ওইনা থোক্লরে। খঙদে, লাউরিবসে মহাক তারমগদ্রা ? তারন্নগনা করি হায়না লৌরমগনি—শাউনীংলমগদ্রা, নোক্লিংলমগদ্রা, হরাওরমগদ্রা ? ঙসি মাগী প্রোসেসন অসিসু মী য়ান্নমগনি, লম্বীদা অচৎ-অওক কয়াবু অপনবা পীরমগনি। কদায় কদায়দগীনো মী ময়াম অমা পংলাক্তা লাক্লখিবনি- লৈশাবী-পাখং, ইমা-ইবেল-অহনসু, নহাসু। মথৌ চিন্নদবা, থবক লৈনদবা লৈবাক অসিদা মতম লেনবগী মসিসু লম্বী অমনি- অদুননি অসিগুম্বদা অসুক য়াম্না থব্রায় য়াওনরিবসি।

ইহে, তাল্লক অসিদা মাগী মচানুপানি হায়বসিনা অমুক হাইরং-তুরং লাক্লিবসিনা করিগীনো। মমান্নবা ওইরমাল্লে মাদৌনা তৌবা অম-নীসু

ইন্নরক্নি। মানা ঙরাং লাক্লম্বা অদুদগীনি ঐনা নুমিদাং থক্তবা ঙমদদুনা থক্লরিবদো। কয়াতা উশিৎ-থৌওইদনা থমকা তৌরমখ্রগেদো-"শোরাংতা ঐগী ইমিং য়াওহন্দবা য়ারোই। ইমানা পোক্লম্বা মচাদা ঐ ইতোমতা ঙায়রবনি, নুপীদসু নুপাদসু। ইমাগী এক্স-গ্রেসিয়াগী শেনফম অদো ঐঙোন্দা তংখায় থাইগদবনি।"

এক্স-গ্রেসিয়াগী শেনফম অসি লুপা লাখ অনীনি। ঐদি থোইনা খঙজপোৎ নত্তে, থোইনা য়াওজরুদে। মখোয়গী জে-এ-সি, হায়বদি জোইন্ট এক্সন কমিটিগা সরকারগা য়াম্নদুনা লেপ্পবনি। এক্স-গ্রেসিয়াতা নত্তনা জে-এ-সিনা দাবী কয়াসু তৌখি—লৈখিদবীগী ইমুং-মনুংগী মী অমবু সরকারগী লোইশঙদা থবক হাপ্পা, লৈখিদ্রবীগী মচা-মশূশিংবু লেম্না লাইরিক তম্হনবা, লৈখিদ্রবীগী নীংশিং-ফূরা অমা মানা নোংমৈনা পান্দুনা লৈখিদবা মফম অদুগী লম্বী মপান্দা শাবা। দাবী অতৈদুগী মতাংদা করি লৈখায় তাম্নখিবা ঐ খঙদে, অদুবু এক্স-গ্রেসিয়াগী শেনফম অসিদি অতৈগী মতাংদা পীবদগী হেলহনখি, লৈবাক্তী থৌদোক-ব্রাথোক্তা লৈখিদবা অদুনা ওইরমাল্লে। অদুবু ব্রাফম অসি হেক-হাক য়াম্নখিবদি নত্তে। অদুনা নুমিৎ নীনিনি মাগী পোৎলোইবা য়াদদুনা লৈখিবা, জে-এ-সিনা লৈখায় অমা তাম্নদ্রিমখৈ অশিবা হকচাং লৌরোই হায়দুনা শিখাং খঙদুনা লৈখি।

নুংঙাইরক্তে খল্লু খল্লুরগা। মানা চৎলমদাইদসু ঐনা অকামপেৎ-ও করি-ও নত্ত-নত্তবা ব্রা কয়া হায়দুনা চৈবিখি। নুমিৎ অদো অয়ুক্তগীনি মাগা লাউনবদো—য়ু লৈনবা পৈশা পীয়ু হায়বা য়াদবগী। মহাভারতকী লান লোইবা নাইররোই হায়বা খঙদুনা কনাদগী থোকপা মানা পূদুনরা হন্দুনরা থিরুরগা লুপা কুনথক লংশিল্লদ্রগা চৎখিবনি। লৈরক মচীন্দা নুপী ময়াম সোরোক তংখায় অমা থত্তুনা থরনা তৌরিবদো য়াওরুনবা। ঙসাই অয়ুক পূং তরেৎতগী ফম্বা হৌনখ্রবনি। লৈকাইগী মৈরা পায়বীগী সেক্রেটরি ইন্দোন যমুনানা য়ুমথোঙ খুদিং চঙদুনা নুপী অমত্তা চিখ-নাহ্বা য়ারোই হায়দুনা নহান্দগী ব্রার্নিং তৌরম্রবনি। লৈবাক্তী মরূ ওইবা ব্রাফমগা মরী লৈননা ফম্বা থরনানি। য়াওদবা য়ারোই। লৈকাই অসিখত্তদা ফম্বা থরনা নত্তে, মণিপুরগী লৈকাই খুদিংমক্তা ফম্বা থরনানি। থরনা খক্তা নত্তে, থরনাগা লোয়নননা দুকান বন্দ, বাজার বন্দ, গাড়ি বন্দ, মহৈ তম্ফমশঙ বন্দ, সরকারগী লোইশঙ বন্দ- থবক ইনথাং পূম্নমকসু বন্দ। মরক্তা শরক য়েংদুনা চারগে হায়দুনা চৎখিবনি। অদুবু নাহোরক্লবা শরক ফংখিদমাল্লে, চাক চাবা লাকখিদে। খাঙবা কনবী মৈতৈ নুপীনি।

নুংথিল পূং অহুমগী অদুব্রাইদা ওইরমাল্লে ময়াম নিংফুং নিংফুং ঙাঙনরকখি- খরনা ফম্বী ইমা-ইবেল ময়াম মাইকৈ মাইকৈদগী হৌনদুনা রাজভবন তম্না ফূজিন্নগ্রে, ঙসিদি লৈখায় অমা তাদ্রিবখৈ য়ূমদা হন্নরোই হায়রি। অদুঙৈগী নুপীলানগী থৌনা অদো মৈতৈ নুপীশিংদা হন্দ্রি হায়না থাগৎনরকপা মী খরসু য়াওরকই। ইমা-ইবেলশিংগী খরনা অসি তোয়মনগ্রে খরা হহ্রবদি ফৈ হায়না ব্রাখল য়াম্না খনবা শাবা মী অম-নীসু য়াওরকই। অদুদগী কুইহৌদে, পূং অম-মুক মতুংদা ওইরমাল্লে ব্রা-ব্রা লাউনরকখি— নোংমৈ কাপ্লে, সিফাইনা নোংমৈ কাপ্লে। মাইকৈ মরি পূমনিল নিল্লকখি। মিপাইনরবী নুপী ময়াম অমা মাইকৈ-শলাই খঙদনা চেন্নরকখি। লম্মৈ চাকপদৌনা পাউ শন্দোরকখি- ইমা-ইবেল ফনা য়াম্না শোক্লরে, অশি-অনাসু য়াওনরে।

অদুদগী পংকুই কুইদনা পাউ অদো লাকখি- নোংমৈনা পান্দুনা সনাতোম্বী রিম্‌সতা পুখৎগ্রে। নুংশা থীনা থীনা ঐনা রিম্‌স য়ৌবা মতমদদি পূম্নমক লোইরগ্রে।

পোস্ট মোর্টেম লোইরবসু য়ূমদা পুথদুনা পোৎলোইবা য়াখিদে নুমিৎ অদো। কনা কনানো খঙদে, লৈকাইগী মীসু খরবুদি য়াওই, থব্রায় য়াওবা মীওই খরনা জে-এ-সি শেমখি খূদক অদুদা। সরকারদা দাবী কয়া থাঙ্গৎখি, দাবী ফংদ্রিবা ফাওবা অশিবা হকচাং লৌরোই হায়দুনা অকনবা ফিরেপ লৌখি। ঐগী ব্রা তাখিদে, ঐবু ব্রা ঙাঙহনখিদে। নহানমখৈ ঐগী ওইরম্বা সনাতোম্বীদো খূদক্তা লৈবাক্কী ওইখি। নুমিৎ নীনি অশিবা হকচাং অদো মোর্গতা তাদুনা লৈখি, ঐনা ফনা পুথনীংলবসু পুথবা য়াখিদে। নুমিৎ নীনি অদো ঐনা কয়া নুংঙাইতনা খাঙখিবা, শিরে হায়দুনা অশিবা হকচাং অদুবু অদুম হায়না মীনুংশি য়াওদনা লংশেক্লুনা থম্বদো য়াম্না নুংঙাইখিদে। ফরসু ফৎত্রবসু ঐগীদি নুপীনি, য়ূম পানমিন্নরিবীনি। ঐঙোন্দা ফাওরিবদো ময়ামদা ফাওরমদবসু য়াই, অদুননি মখোয়না মদোমদা থোইনা খন্দ্রিবা।

হোয়, জে-এ-সিনা হোৎনবিবদগী ঐ হৌজিক নুপা লাখ অনী ফংগদৌরে। মদুগীদমক জে-এ-সিবু থাগত্তবা ঙমদে, লোয়ননা লাইবক-চাউবী মাবুসু। ঐনা মাবু কৈদৌঙেদসু নুংঙাইনা থম্বা ঙমখিদে, মানদি ঐবু খূয়া তুশিৎনা পানবা য়াননবা হৌদোকচরো হায়বগী মতাঙম লুপা লাখ অনী পীবিরগ্রে। শেনফম অসি নোংমদোনথক্তগী তারকপদৌনা ফংখিদৌরে হায়দুনা ঐবু কল্লকপা মিহৌবসু য়াওরিবনি। লুপা লাখ অনীমক মহাক মতোমতনা ফংবা কদায়দগী য়াগদগে—হায়না ঙাঙনবা ঐগী নাকোং য়ৌরকখ্রবনি।

মীনা ঙাঙনবা তাবদগীনি খণ্ডদে, ঈনশিনবিবা য়াওবদগীনি খণ্ডদে শেনফমদু মিহৌবদগীনি  খণ্ডদে মচানুপা অসিনা অসুক কুইরবা মতুংদা মমা-নীংবা শারদুনা ঙরাংদগী লাকপা হৌরক্লিবসি। সনাতোম্বীগী হান্নগী নুপা অদুদা পোকপা মচানি। নুপাদো ফরম্লোই, মচাসিগী মতৌ উবদা অদুম খণ্ডবা ঙমই। হিংচাবনা হিংচাবা পোকপা তাবনি। মপূরোইবা হিংচাবদুগা মনেম কোৎচাবীদুগা পূংবা শাদুনা সনাতোম্বীবু ওৎপিবদগী খাঙবা ঙমদদুনা নোংমদি পিক্লিবা মচানুপাদু পুদুনা মপামদা চেল্লকখিবনি হায়। নুমিৎ খরনি মতুংদা নুপাদুনা লাক্লগা করি করিনো হায়জিন্দুনা—মমিৎ য়াম্মিবু হায়বনে নুপা ঙাঙনৈবু হায়বনে মহাক্না অফবা অমদি অচুম্বা শাদুনা মচানুপাদু মুন্দুনা পুখি। অসুম হায়না মমা-মচা কায়নখি, ফনা কুইনা মমাগা মচাগা মরী লৈনহনখিদে। হন্দক্তা চহী অম-নীসিদতনি মচানা মমাগী থবক শূফমদা মরক মরক্তা লাকপা হৌরকখিবা। মমা নুংশিংদুনা লাকপা মান্দে, ঙংবোই ধমকা তৌবোই তৌদুনা শেন লৌবা লাকখিবা মাল্লি। লাপ্তক্লা উবগী ৱানি, ঐ থোইনা উশিন্নরুদে। সনাতোম্বীনা নোংমা ফাদোক মচা লাক্লম্বগী ৱা তম্বসু য়াওখি। ঐ থৌওইনা তারুদে। হিংচাবদুসু লৈখিদ্রে হায়।

সনাতোম্বীগা ঐগা অহানবা উন্নবসি ঠিকাদার থোইবগী থবক মফমদনি। ঐনা বোড়োমিস্ত্রী তা-শামুগী মতুং ইন্দুনা চেক শূবা, অদুগা মানা জুগালি। মশক-মতৌ য়াম্না ফজেনা হায়বদুমক নৎত্রবসু চূং-ফিরানদি চঙখোল্লি, মাগী মমিৎ অনীদুনা মীঙোন্দা পাউখোং চনবদৌনা তৌই। ঐবু মানা য়োৎচাবীদৌনা চিংশিল্লকখি। মনাক্তা চঙশিন্দুনা ঙংলুই। অদুবু ঐঙোন্দা করি অৱাৎপা লৈবননো খণ্ডদে, থক্ থক্ ঈঙ্োরকখি। মসিদি কাম্নরোই খন্দুনা ইতৈম-ইবেনীদা মায়োক-ৱা তম্বিয়ু হায়রুই। ইতৈম-ইবেনী মশা-মউ ফরি, ৱাখলদা বসন্তগী নুংশিৎ শিৎলি, মতম অমদা দৃতী ওইবদসু ফাওরম্রিবনি। মাগী মায়োক-ৱাদুগী শুম্মৎয়াইননি খণ্ডদে, ঐনা তৎতনা ঙংলুবদুননি খণ্ডদে সনাতোম্বী শামায় লৈশিল্লকপগুম তৌরকখি। অদুদগীদি মরূপ-মপাং খরগা লোয়ননা চিংবোই-ফাবোই তৌদুনা মাবু য়ূমদা পুরকখিবনি।

মাগী মচানুপানি হায়বা হাইরং-হাইরং অসিনা তৌরশারিসে য়েংভুনে, ব্যবহার-ককা করিমতা য়াওদনা হায়ররিসে তাওনে-"শোরাৎকী বার্তোন্দা ঐগী মিং য়াওহন্দ্রিবা করিগীনো ? উকিল তান্নরুরগনি। ঙরাংদি এক্স-গ্রেসিয়াগী শেনফম অদো তংখায় অমা পীগদবনি হায়রম্বনি। হৌজিক্তি

বার্তোনদা ঐগী মিং য়াওহল্লবনিনা শেনফম অদো ঐনা লোইনা লৌরগনি। ইমাগী মচা হায়ববু ঐ ইভোমতনি, ঐনা লোইনা ফংফম থোকই। ঐ উকিল তান্নরগা লাক্লিবনি।"

"ইবুঙো ঙসিদি ব্রাফম অসি ঙাঙনরগনুসি। হয়েং শোরাৎ লোইরগা খন্নসি।"

"য়ারোই, ঙসি লৈখায় অমা তাদবা সুকয়া য়ারোই, নৎত্রবদি থানা পুরক্নুনা শোরাৎ থুগাইগনি।" তাওনে নুপামচাসিনা হায়রিবসে, কয়াতা অনম কনগ্রবনো ! ঐনা হায়রিবসে মনাকোংসিদা চঙদমাল্লে।

ইহে, ইবাই-ইবোবীসে তূমিন্না তাদুনা লৈবা য়ারক্লমাল্লে, ফূক হৌগৎল্লে য়োৎখোক অমা পায়দুনা হোৎচিল্লক্লে-"তাগে হায়না তাবনি, য়াম্না উশিৎ-থৌওইরক্লে, হৌজিকমক চৎখো নৎত্রবদি য়োৎখোক অসিনা উরেদনা। লৈকাইগী পাখংমচাশিংগা মৈরাপায়বীশিংগা য়ৌরক্লবদি নাতে চারোই। চৎকদৌরিব্রা চৎলোইদৌরিব্রা ?"

মথোং অমা চাররোই হায়বদো খঙমাল্লে, পহুদ্রে, খোঙথাঙ য়াঙনা থাঙদুনা থোকপদি থোকল্লে, অদুবু লাউশিল্লন্নিবসে তাওনে-"লেম্নদি থারোইকো। ঐসু ইমাগী শোরাৎ শোনগনি, বার্তোন নম্লুগনি, এক্স-গ্রেসিয়া কনানা ফংগে য়েংননি।"

আত্মাশান্তি লাউবশিংসু য়ৌরক্লমাল্লে, অরোইবা ওইনা পেম্না লাউরি-"থৌনাফবী সনাতোম্বীগী আত্মাশান্তিগী জয়।"

খঙদে, সনাতোম্বীগী আত্মানা লাইরৈবাক্তা শান্তিদা ঈংন-তপ্না লৈবা ফংলুগদ্রা ফংলোইদ্রা। অদুবু মাগী এক্স-গ্রেসিয়ানা ঐবুদি ফনা কুইনা শান্তিদা লৈহল্লোইদৌরি। ❑

-অক্টোবর, ২০০২

# নোংঙাল্লমদাই চরোইগী খোঞ্জেল

অহিঙ নোংয়াইদুদা মিংকপ খংথোক-থোরকই থবলো। মমিত্তা শংশংনা উরকই ঙসাই অয়ুক লাইশ্রমদা লৈবা কুলিমচাদুনা শম্পোৎ খোইহৌবদো মাগী শনলাবা মঙ্গেবদুগা তাঙৌগী অমুবদুগা পাবোৎ লাক্কুনা। নীংশিংলকই নুমিদাং-ঙ্গ্রাইরম শঙ্গোনদা শনবী অদু পুনবা চঙবদা শনলাবদুগী পুনফমদো ইহাঙ হাঙদুনা লৈরমখি। মদু উবদা থুক লাইবা অমা মঙোন্দা পোকখি। শঙ্গোন-শম্নি, শনবীসিনা পোকপনি, পিশক পিক্লিঙৈদগী লুনা য়োকচরকপনি। মচা শেংনবগী চৈনাগুম মঙোন্দা ফাওরকখি।

নুমিদাং ফমুংদা চঙলগা কুইনা তৃম্বা য়াখিদে। মাগী নুপীসু নুংঙাইতবদি নত্তে, মানা হেন্নদুম নুংঙাইরমদবা য়াই, হায়রকখি "মঙ্গেবদুবু মতম থরা লৈরগা হন্দোকচগে হায়বা ইয়ামক য়াররোইদ্রা ?

"কদায়দগী শেম্না হন্দোক্কদৌরিবনো ?

"থবক কন্না শূদুনা তাল্লগা লোইরেদনা।"

মহাক মখা তাখিদে। মঙ্গেবদো মহাকসু হন্দোক্লিংলিবনি, য়ারবদি হয়েংমক। অদুবু মঙগা তাইবংগা খেন্নরিদো মহাক খঙই। শাংলবা পুন্সি লৱীসিদা খুদি কয়া থীদুনা মঙগা তাইবংগা কয়াম শাথীনা খেন্নবগে হায়বদু মহাক খঙলবনি।

মখা তানা নুপীনা করি হায়খিবা মহাক থোইনা তারুদ্রে। ঙসাই অয়ুক শনলাবা অনীদু পাবোৎ লাক্কুনা কুলিমচাদুনা শম্পোৎ খোইহৌবদো মাঙদা চোংথোরক্কুনা মহাকপু ব্রাখল মওল মওল খলহনখি।

কয়াম কুইনা তুমথরল্লরবনো খঙদে, মিংকপ খংথোক থোরকই। পাবোৎ লাক্কুনা শম্পোৎ খোইহৌবা শনলাবা অনীদু মমাঙদগী চংলমদ্রি।

তুম্নমদাইদা খোংহৌবা উচেক অদুসু অদুম খোংলম্মি,'তিংগোং কাকোং, তিংগোং কাকোং.....।' কোয়পাই পাইদুনা খোংলি উপাল অমদগী উপাল অমদা, অমুকসু নকশিল্লকই অমুকসু লাপথোখি, অমখক্তা ওইরমদবসু য়াই, অনী অহুম মরি...কনানা খঙবা কয়া শুরমগদবা !

নীংশিংলকই, অঙাং ওইরিঙৈদা দুকান্দার দেবেন্দ্র পালগী মচানুপা হরেন্দ্রগা স্কুল কাবদা লম্বীদা ফূনখিবদো। থৈবোং-হৈনৌ মুনবা মতমদনি

তিংগোং কাকোং খোঙবদো। কদোম্নদগীনো খোংলকখি–তিংগোং কাকোং....!

হরেন্দ্রনা হায়রকখি, "খোংলিবসে করি হায়রিবনো খঙব্রা ?"

"তিংগোং কাকোং হায়রিবনি।"

"নত্তে কৈসু, বউ কথা কউ হায়রিবনি।"

"নত্তে কৈসু, তিংগোং কাকোং হায়রিনি।"

"নত্তে, নঙনা করি খঙলদুনা-বউ কথা কউ হায়রিনি।"

"মৈতৈরোম্নি হায়রিসে।"

"নত্তে কৈসু, বাংলানি।"

"হায়, মণিপুরী দাদি নঙনা করি খঙলদুনা ?"

অদুদগী পোগ পাগ থাজিন্নখি। কোম্নদুনা নম্নখি। চৎমিন্নবা ময়াম কুম্মৈ ওইনা য়েংনখি। থৌদামগী খুড়া য়াইমা লাক্লমদ্রবদি ফনা কুইনা নম্নরমগনি। মহাক্না খামদোকলগা খৎনবদুগী মরম খঙবদা থব্রায় তানা ফাক ফাক নোকখি–নপা থাংচখৈ মচাশা অদুগীদমক্তা ওইরে, নখোয় অনীমক অমত্তা লান্দে।

তাপ্পাদুদা উচেক অদু অমুক্তা খোংলকই। খুড়া য়াইমনা হায়রকই, তাও তাও হায়রিসে-তিংগোং কাকোং, বউ কথা কউ, কাঠোল পাকে, থৈবোং মুল্লে....।"

হায়গুম্মদুনা উচেক্তুনা খোংলিবদুগা খুড়া-য়াইমনা হায়রিবদুগা মরোল চপ মান্নবগুম তৌখি।

অদুবু অঙাং ওইরৈঙেগী হৌনশা ফনা কুইনা হরেন্দ্রগা কৌনখিদে। থা কয়ামুক মতুংদা সরস্বতী পূজা নুমিত্তা লাই মমাঙদা ওজানা 'কৌনদ্রবদি লাইরিক হৈজরোই' হায়দুনা কিহনবদগী অমুক কৌনখি।

অদুদগী চহী কয়া হৌখ্রে। খুড়া য়াইমা লৈখিদবা কুইরে। হরেন্দ্রপালসু খুল অসিদগী হোংখ্রে–অব্রাং আসামগী সদিয়ারোমদনি হায়বরা কদায়দনো কারবার চাউনা তৌখ্রে হায়। হাকুম লাক্লম্মী, মশা-মউ নাম্না উই, শেন পায়রবা মাল্লি। ওহোকপনি পুল্সি হায়বসি খঙ্করুরবদি–কনানা কদায়দা চৎখ্রবা, কনানা করি ওইখ্রবা ! লাইর অনংগী চৈথেং খাঙবা ঙম্নক্তদুনা মরাইবক য়েংলুরগে হায়দুনা সনসমগী সনাহোংবসু হোজাই-যমুনামুখতা হোংখ্রে। লাইরবা কৌবা লাইনা মাবু থাদোক্লরিদ্রা হায়বদুদি খঙদে, মদুগী পাউ কনাসু তাদ্রি। হোংখ্রে, অঙকপা ফংনা হোংখ্রে মতমগী খোঙজেল অসিদা !

অদুবু উচেক অসিগী মরোলদি হোংবা লিত্রি। ঙসি ফাওবা থৈবোং-হৈনৌ মুনবা মতমদা হান্নগী অদুম হায়না চহী খুদিংগী অদুম খোংলি-তিংগোং কাকোং। অঙাং ওইরিঙৈদা খঙলমদ্রবসু শকউদ্দবা চেক্লা মানা খোংলিবসি অর্থ ঙসিদি খঙবগুম তৌরে। পুন্সি অসি তিংগোং-কাকোং হায়বদুমক ওইরে। নীংশিংলকই, চহী খরা অসিদা করিদগী করি ওইরকখিবা।

লৌ পূম্নমক তীন তাদুনা ফৌ লোক্তবা কুম অদুনি। মমাঙগী চীংদুম মচাদা হৌবা লিরবা বেড় তরেৎ কোনবা চাম পাম্বীদু য়াম্লুই, য়োল্লগা শেন খরা ফংগদ্রা খন্দুনা, য়ম্লবসু য়ামদ্রবসু খরা ফংবদুনা অৱাবা খাঙনগদ্রা হায়দুনা। য়ানবা হেক লোইবগা তা-ঙৌ মপা-মচা লাকখি, "উ অসি ঐখোয়দা হায়রমদনা য়াম্লিবসি য়াম্না লাম্লি। ঐখোয়দা হায়রমফম থোকপনি।"

ধবলো ঙকখি, মখোয়না হায়ররিবদো ভাব তাবা ঙমখিদে। মহাক্কী মরমদা হৌবা উপাল অমা য়ানবদা করিগীদমক মখোয়দা তাক্লমফম থোক্লিবনো হায়বদো ৱাখলনা লাম্বা ফংখিদে। খুমখি, "তা-ঙৌনা, হায়রিবসে ঐ ভাব তাবা ঙমদ্রে।

"করিগী ভাব তাদ্রিবনো ?" শাউরপ্লা হায়রকখি তা-ঙৌনা, "চীং অসি ঐখোয়গীসু শরুক য়াওরি হায়বসি খঙদ্রা ?"

য়াম্না ঙক্লা থোকখি। ৱাফম অদো ইহান-হাম্না তাবনি। অসুক কুইবসি চীংদুম অসি মহাক্কীনি, মহাক মতোমতগীনি হায়দুনা লাক্লিবনি, অহন-লমন হাক্তক্তগী মখোয়গীনি হায়দুনা লাক্লিবনি। খাজনাসু মখোয়তনা পীরক্লিবনি। অতোপ্পা মীগী শরুক য়াওরি হায়বসি সুকখঙ খঙলক্তে, সুকতা তারক্তে। অদুনা শাউরংননা খুমখি, "কনানা হায়রিবনো তা-ঙৌখোয়গী শরুক য়াওরি হায়বা ?"

"নহান পাটুৱারিনা জরিপ লাকপদা হায়রম্লিবনি। পাট্টাদা ঐখোয়গী ইপূবোক্কী মিং য়াওরি হায়রম্মী।"

"ঐদি তাহৌদেনা ঐ খঙহৌদে।"

"ও, তাহৌদবা খঙহৌদবদো ঐনা হৌজিক হায়রিসিনি।"

"তা-ঙৌনা করি পাৱার পায়রদুনা ?"

"পাৱার পায়বা পায়দবা হায়রিসিনি। য়াদ্রগদি ...।"

"য়াদ্রগদি হাত্তোক্লসি হায়বগী ৱারা?"

"অদুদি য়েংনবা তারেদনা।" মখোয় অনী মফি তাখৎনরগা হোৎচিন্নখি। উ য়ানফমদুদা মী খরা লৈরমদ্রবদি ঈমু- নাইমু তানরমগনি। মখোয়না খামদোকপদগী ঈমু-নাইমুমক্তি তানহৌদ্রে।

হোয়, ঈমু নাইমুবুদি তানহৌদ্রে, অদুবু শাগৎনখিবা ঈ অদুদি হেক হাক হন্থৌ হায়বা য়াখিদে। লৈকাইগী মী খরনা ব্রাফমদু তাইশিন্নবনা হোৎনখি, অদুবু কান্নখিদে। নারদ শাবা মী অম-নীনা চাকখৎলক্লিবা মৈদা ঘি হৈজিনখি।

মথংগী নুমিত্তা অঙৌনা থানাদা চত্তুনা ব্রাকৎলুই—মহাক্কী চীংদা হৌবা চাওরবা উ-অমা ধবলোনা য়াহুৎপিরে, য়ানগনু হায়দুনা থিংবা চঙলুবদা শীংজং-থাঙজৌ পায়দুনা মচানুপাগা মাগনা হাৎলমগদৌরে।

ব্রাকৎ অমত্তং লাক্লবদি হায়না নোংগৌবীনা নোং ঙাইবগুম লৈরিবা থানানি। ব্রাকৎ অদুগী মথক্তা শেন খরতংগা নোৎশিনবদদি লোইরে, বোল অকাম্বীদা নুংশিৎ কান্ন-কান্নগা চাউথোকহন্নীংবা মওংদা চাউথোকহনবগুম ব্রাকৎ অদো চাউথোকহন্নবা তৌখ্রে।

থীন্দনা থানা কু ন্নকখি। ধবলোবু ফাদুনা পুখি। অঙৌনদি ময়াম মমাঙদা হাতকড়া তৌদুনা পুহন্নীংলম্বনি, থানানসু মদুমক তৌগদগী তৌরম্বনি। লুপা চামা পীবদগী মখুৎমক্তি পুনখিদ্রে। অদুমকপু থানাগী লোক-অপতা অহিঙ অমা থমখি। জিলাদা চালান তৌগনি হায়না তৌরম্বনি, লুপা চাহুম য়াখ্বে পীজদুনা থানাগী মবুক তপথহনখি।

ফৌ থোক্তবা কুমগা ওইবনে মীগী শেন খরা শোকচিল্লুবনে লুপা চামরি য়াখ্বে অদুগা লিশিং অমা ফানা লাইশ্রমগী মাম-দীনমণিদগী পুবা তাখি। পোৎ য়াওদনদি শেন পীবিয়ু হায়বা য়াদবনিনা। লৌ কিয়ার অমা মঙোন্দা ইজরা থমখি। থা খরা মতুংদা অমুক ফৌ চাননবা ব্রাত্তুনা লাইশ্রমদগী ফৌ মোন তরা লৌবা তাখি, পোইনুদা তরা কাবীদা।

লুপা-পৈশা মাঙখিবদুদি মাঙখিবনি, মহাক্লা কাউবা ঙমখিদবদি অঙৌনা মহাক্কী ইজ্জৎ লৌখিবদুনি । অমুক্তং তাঞ্জা ফংলবদি শোন্দোইনে শেল্লেপনে লমন খুমগে খল্লকখি । অফবা থবক্কী তাঞ্জা ঙাইবতনি মতম কুইনা চঙলিবা, ফত্তবা থবক্কীদি কুইনা চঙদে । তাঞ্জা অদু থীন্দনা লাকখি।

পোইনুদনি। লাইশ্রমদা ফৌ থিনবা চৎপদা খুড়া তোমালনা তূমিন্না কৌশিল্লগা হায়রকখি, “ পাৎ ময়াগী লৌ কিয়ার অনী অঙৌনা চারিসে মসিবু নখোয়গী শরুক য়াওবরা করিনো ! নহান জলালুদ্দিন পাটুব্রারিনা চে-চাং থিদোক্লুবদা নপূবোক্কী মিংসু য়াওরম্মী হায়না তমলকই।”

নোংঙানবা নংখিদে । চন্দ্রপুর তান্না মাইল মরিরোম খোঙনা চৎপদা অব্রাবা খঙখিদে। পাটুব্রারিদা লুপা কুন খক পীরগা থিদোকহল্লুই। চুন্নম্মী, মপূবোক্কী মিং য়াওরম্মী। পাটুব্রারিনা হায়রকখি, “খঙদে সরকারগী ওফিসনা শোয়রিবরা নৎত্রগা থাইনা অহন-লমনশিংনা লম য়োনথোক-

য়োনশিন তৌবদা মমিং-মথা হোংলমদনা মানা মানা থোকপা চানরম্বদা অসিগুম্বা চয়েৎনবসি থোকলিবরা।

অদুবু তাঞ্জা অদো থাদোকখিদে থবলো। পাৎলৌনিনা খরা থেঙনা মুল্লি, অদুনা লৌফম অতে খাওবা লোইনগ্রবসু পাৎলৌদি খাওনদ্রি। অদুবু পঙচোন চোহ্নদনা খাওবা হৌনরকই। অঙৌনা লৌ খাওবা হৌরে তাবদা থবলো খঙচৎ চৎখি লৌ খাওবা য়ারোই হায়না থিংলুই। খুৎ থোক্লবদা মহাক্কীদা লৌউ উনবা থম্বা কুলিমচা অদো থীনা শোক্লকখি। থীন্দনা থানাদা চত্তুনা ইজাহার তৌরুই। থানাগী হৌনবী অঙৌবু ফাদুনা পুখি। শনবীদগী শঙ্গোম য়ারিমখে শুম্বদৌনা মঙোনদগীসু শুম্বা য়াবা শুমথখি।

অদুগী মখাদি চহী কয়া চুপ্পা চত্থরকখিবা কোর্ট কানবগী শাংলবা ব্রারীনি। উকিল নেকপা তাখি মখোয় অনীমক। শেন কয়া য়ামখ্রবনো তিংনখিবা। বর্ষা মতমদা শম্পোৎ লেপ্তুনা, পোইনুদা লৌ লোকপগী মিৎ-মায় পাঙবা শংনদবা মতমদা থবক লংশেক্তুনা মোকদ্দমাগী তারিখ থোকই হায়দুনা কোর্ট কানখি। চীংদুম মচাগী কেস, পাৎয়া লৌফমগী কেস। কেস অমদা অঙৌনা ঙমই, কল্লক পেন্নবা ওইনা বোম্বালা মঙা থায়। কেস অমদনমুক মহাক্লা ঙমই, কমদৌরে হায়বগী মতাগুম বোম্বালা তরা থায়। মথংদা অব্রাংবা কোর্টতমুক আপীল তৌনৈ। চহী কয়া কেস চত্থনখি। হৌজিকসু লোইশিন্নদ্রি, হাইকোর্টতা আপীল তৌনবগী ব্রা খন্নরি। অদুবু লনথুমদি মখোয় অনীমক্কী পূংলোই লোইশিন্নরে হায়বা য়ারে। লৌ কিয়ার মরি-মঙা লৈনরম্বদো মচিৎ মচিৎ তৌদুনা লোইনা চৎপ্রে।

মখোয় অনীগী লৌ-শীং অয়াম্বা লাইশ্রমগী মাম-দীনমণিনা লৌশিনখ্রে। তোইজমগী খুড়া-তোমালসু তাঞ্জা চানা চানা খরা খরা লৌশিলহৌখি। লৌ-শীং পূন্নমক লোইশন্নরদুনা শনলাবা অম-মমতং লৈজবদু ফাওবা লাইশ্রমগী ওইখ্রে। শনলাবা অনীদো অসুক কুইবসি উনবা য়াদবনি, অদুবু লাইশ্রমগী ওইখিবদগীদি পাবোৎ লকপা য়াখ্রে, পাবোৎ লাক্তুনা শম্পোৎ খোইবা য়াখ্রে। মমিত্তা শংশংনা উরকই, ঙসাই খোইহৌবদো। মপূক্লিং নুংশিরকই, হায়নীংঙাই খঙদনা নুংশিরকই।

'খরগা অমুক চত্থনরবদি য়ুম-ইংখোল মচেৎ অমতং লৈনরিবসিসু লোইশিন্নরনি।' ইরুংবমগী ইবোচৌবনা হায়রিবসি চুমদবা নত্তে। মহক্লা উকিল হেক পাস তৌদুনা থোরকপদগী তাইশিন্নবা তৌ হায়রক্লিবসি কুইরবনি। খুন অসিদা উকিল পাস তৌবসি মহাক্লা অহানবনি। ময়াম্মা খন্নরম্বনি, উকিল অতৈগুম্মা অচুম্ববু অরানবা ওইহন্নবা, অরানববু অচুম্বা ওইহন্নবা

আইনগী মরৈ-মরাং থিদুনা লাইর-ইনাকখুনবা থিদনা মহাকসু শেনগী শঙ্গোম শুমগনি। অদুবু মহাক্কী ব্রাখলদি খরা তোপই। অতৈদদি খঙদে, অকোয়বদা লৈরিবা খুংঙ্গংশিং অসিদা করিগুম্বা কেস-কেরাং থোক্লবদি মদু মহাক্না তাইশিন্নবনা হোৎনৈ। কেস তৌন্নদুনা শেন তিংবতা নত্তনা তাথি-য়েংথিনগদগী শরুকপুদি খরা খরা হন্দোক্লদুনা তাইশিন্নবনা ফৈ হায়বসি মহাক্না ময়ামদা হায় । খৎন-চৈনবা খরসু মহাক্না অসুম হায়না তাইশিনবিখ্রে।

ঙসাইতসু নুমিদাং-ব্রাইরম অমুক লাক্লুনা মহাক্না অমুক্তা ব্রারী শারম্বনি, হায়রম্বনি, "খুড়া অঙৌদসু ব্রারী কৃপ্না তৌরবনি—অতোপ্পা নত্তে, খুন অসিদা হৌমিন-কমিন্নবা ঙাক্তনি, খজিক খরাক হেন্দোক হেঞ্জিন তৌনরবসু থোইনা খম্নরুবা তৌদনা নুংশিননা লৈমিন্নবনা ফৎত্রা" ?

"মতম অদু হৌখ্রে।" ইবোচৌবদা হায়খি।

"হৌখিবা হৌখ্রে । হৌজিক ইনৌ-নৌনা তাংকক অমা হৌবা য়াই । খুড়া অঙৌদা অমুক্তসু হায়রুখিগনি । মামসু খঙবিয়ু।" হায়রগ্রগা ইবোচৌবা চৎখি।

খল্লকই, 'হৌজিকপু তাইশিন্নবা ! খুন্না বিচার তৌবা। খুনগী বিচারদদি ঐনা ফনা চুম্লবসু অঙাংনি হান্না খুরম্মু হায়রক্তনি। হৌজিকপু তা-ঙৌদা খুরুম্বা !'

ব্রাখল ময়ামগা ওন-থোইনা থোইনা নোংঙানখিবা খঙহৌদে। চরোইগী তে-তু মখোল তারকই। কয়া কুইনগী মতুংদনো ঙসি তারিবসি চরোইগী খোঞ্জেল ! খঙহৌদনা মপুক্লিং নুংওনহল্লকই।

হৌগৎলগা মাঙ্গোল থোক্লুনা নোংপোক ওল্লগা মখুৎ অনী লোন্নদুনা থোরক্লিবা সূর্যদেববু খুরুম্বা হেক লোইবগা মন্নি মন্নিদুদা তৌরাংবমগী মাইবা খরা খরা শাবা অহনদো শূমাঙ শমদুনা চৎপা হেক উই, হংই "কদোমদনো মামা ?"

"এ ইবুঙো, অ-ঙৌদো ঙরাং নুমিদাং দারিদগী ওহ্রে হায়বরা । লাইয়ে ওইরমাল্লে। পূংপং পঙথখিদুনা জ্ঞান তাদ্রি হায়। ঐবু কৌবা লাকপদগী চৎলিবনি।" থবলোগী মপুক্লিংদা খঙহৌদনা নুংঙাইতবা অমা পোক্লকই। থীন্দনা মচীন মখা শেংদোক্লগা লাইনা পুবদৌনা অঙৌখোয়গীদা মখোঙ অদো প্রপ প্রপ থাংলকই।

হোয়, অনাবা লোইরবা জাৎনি। লৈকাইগী পূংয়ৈবা ঈশৈ শকপা লৈরগ্লে। মাইবনা খুজেং পায়দুনা মিহুন য়েংলি, ব্রাক্ষণ পুরিতনা গোপাল সহস্রনামরা করিনো পাঠ তৌরি । মচী মচীদা নুপী খরা শুৎ-শুৎ তৌদুনা কপ্লি, নুপা খরসু ফন্নি। কনা কনানো থোইনা য়েংলুবা তৌদনা থবলো

চঙশিল্লকই। ফমদা তাদুনা লৈরিবা অঙৌগী মনাক্তা চঙশিল্লগা খুয়াদা মখোঙ তিংথোক্তুনা দগুবৎ তৌদুনা খুরমই, মচীন্দগী খঙহৌদনা থোরকখি, "তা-ঙৌ ননাওবু ব্রারৌগনুকো। ননাওবু ঙাকপিয়ু।"

অঙৌনা মুম্না য়েংঙকপগুম তৌরকই। হায়রিবদো তাব্রা খঙদে। মমিত্তগী মপি তরং তরং শিন্থরকই। নোংঙাল্লমদাই চরোইনা নুংশিনা খোঙলকই। 

-১৯৮১

